পরিষদকী

# মণিপুরী শৈরেং লাইরিক

সম্পাদন তৌবা

সর্বশ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহ
অমসুং
নোংথোম্বম শ্রীবীরেনসিংহ

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
ইম্ফাল।

অকোওবা ঃ—
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।

অহানবা খুৎনম ১৯৭২
কপি ১০০০




মমল লুপা ৮'০০


---

লাইরিক নম্ফম—
ভাগ্যবতী কার্য্যালয়, চূড়াচাঁদ প্রিন্টিং ৱার্কস,
ইম্ফাল।

# হৌরম লমায়

| শৈরেং মমিং | | অইবা | লাময়াং |
|---|---|---|---|

| ꯁꯩꯔꯦꯡ ꯃꯃꯤꯡ | | ꯑꯏꯕ | ꯂꯃꯥꯏ |
|---|---|---|---|

| শৈরেং মমিং | | অইবা | লামায় |
|---|---|---|---|

| শৈরেং মমিং | | অইবা | লামায় |
|---|---|---|---|
| ৯৫। অপুম্বা পেঙবা | — | নোংথোম্বম শ্রীবীরেন সিংহ | ২২৯ |
| ৯৬। সিনেমা | — | ,, | ২৩৩ |
| ৯৭। পামজৈনে ইমা আপত্তি লৈত্রবা পোংলুম | — | পুখ্রম্বম কুঞ্জো সিংহ | ২৩৪ |
| ৯৮। অরোম্ববা রা | — | য়ুমলেম্বম ইবোমচা সিংহ | ২৩৭ |
| ৯৯। নীংথায়রবা মুক্তি | — | থাংজম ইবোপিশক সিংহ | ২৪০ |
| ১০০। অনৌব থুংলবা জীব | — | ,, | ২৪১ |
| ১০১। খোঙচৎ | — | ,, | ২৪২ |
| ১০২। মীরেলশঙ | — | ,, | ২৪৪ |

চাওঙ্গাথম মধুরধ্বজ সিংহ

## পোক্লফম লমদম

নিংথিরবী

মুকাপী

ওক্তা শিবা লৈতেংগী,
সনা লিককাং মরক্তা,
অমত্তা থামবা মণিপুর,
নিংথিবা মকম লৈরিদা,
মালেম লৈকোয়ম্নুংসিদা।

প্রকৃতিগী শাম্লফম,
কজবগী চৌনকম,
নিংথিবগী তুংনকম,
মুংঙাইবগী পোকনফম,
হায়রিবা মকম অসিদা
অনীগুদে মালেমদা।

মীরৈবাক্তি অচৌবা
কজবনা তিল্লবা,
ফুরা দোলাম্না লৈতেংবা
সনা লুপা য়াত্তবা,
নিংথিবা দেশত্তা লৈত্তনা
কাউবা য়াদবা মকমনি।

অচৌবা নিংথৌ কনানা,
য়েংশিল্লকুনা মাঙোন্দা,
লান্দারকপা মতমদা,
মাবু ঙাকে নীংদনা
ইরায় লায়না থাদোকপা
অয়ম্বা কনা লৈরোইদা।

য়ুমগী রাখল তুংওইনা
মাগীদমক্তা হায়দুনা
লানফম ময়ায় থোকুনা
লান্দা থরায় থাবদা
চিংনবা করি লৈনদে।

মালেমদা অনী শুদবা,
অমতা ঙায়বা মক্মনি,
মাগী মগুণ অচৌবা,
থাদুনা ঙম্মোই কনানা
স্বর্গদগী হেনবনি,
হায়নরিবনি ময়াম্না।
থাগৎমল্লি হ'য়রগা
করম্বা মকমনো থিরগা,
হংভু হংভুবা থুদিংদা,
তাকচরক্নি থুদক্তা,
মীওইগী নীংনকম
পোক্নফম লমদম হায়দুনা

হিজম অঙাংহল সিংহ

# লমন

মুংশিবদগী মুংশিবা,
পান্ম্বদগী পান্ম্বা,
ইমা! ইমা! ইমাতনি।
ঐখোয় মুনা তৌকমনি,
ইমা ইপা অনীতনি,
মহোয় লমন তৌগ্নিবনি॥
অতৈ অশিংগী মরাদি
য়োকচবীনি অতৈ 'সিদি,
ঐগী মরীবু ইমানি।
ঐগী হৌকয় ইরৈপাক্নি,
অতৈ ইমা অরাইবনি,
পোক্কম লমদম ইমানি॥
মীওইবগী মপোক্কা,
শোয়রি রাহৈ থুদিংদা,
খোমলাং লমন শিওক্তমদে।
অচুম্বা মকক্ত নীংনদে,
মমা মশক থক্তনদে,
ইমাবু ইমা কৌনদে॥
মমা সেবা তৌদবনু,
শাগী শীংদা থানৈ মাবু,
মিংদা 'সি কম্না কোল্লিপে।

করি উপায় তৌহ্না,
থুবম করিদা লৈহ্না
ইমাগী রাবা কোকসিগে !!

ইচন-ইচেম লখা ’মনা,
নোংজু-মুংশাবু খাক্তানা,
চেংবোন কোক্তগী থাজ্রিবা !
থাংজেৎ মচি লাংহ্নবা,
ইকাই ইকি হন্দোকুনা,
থল্লু কনাইদমক চেল্লিবা !!

ইপা ইতোন কয়ানা,
লাজোন থুত্তা পায়হ্না,
কাওরেন তুংবু ইল্লিবা !
কক্ষৃত তিংগোই ফাকুনা,
তুমিৎ কাং হয়িং থাওহ্না,
য়েংউ কনাগী-দমক নোম্লিবা

ইয়ামবা ইনাও কয়ানা,
লোইবী-চীংথাং লান্দুনা,
য়েংউ মমিৎতা মপী তাজ্রিবা !

তেথাও ময়াং তাহ্না,
উখোং রাখোং হিল্লুনা,
হায়ু কনাগীদমক চৎলিবা !!

থল্লু ইফী ইথরাংদা শেৎলিবা,
ইশাদা পক্লিবা অপুম্বা,
নিপা কনাইহন্নাংমল্লো !

ইরৈখৎপ খোকচরিবা,
অহৈ অশিং শাজরিবা,
নিপা কনাই মপাম্বনো !!

ইহৈ ইশিংস্থ তম্ফামে,
মী' মীরক্ম তিনহমে,
অচুমবা অসি খনসিরা !

আইন কানুন খণ্ডদবনি,
সৌষ্টব-জীব অপন্তবনি,
সিতবু নৈ'না চাসিরা !!

ম্রেংঙ পম্বোনা খোংদাই শেংলিবা,
ইমানা পোমফ্রী থাংলিবা,
মখোয়গী চরৈ হোংসিরা !

কৈজোম গুপ্পা তাখৎসি,
লাইরাপাম্বী ফুক্তোকসি,
লাঙ হুমাংমন লমন শিংলসি !!

## "নওবু কৌজবা মণ্ডায়রে"

পুম্রি খোংবান কোংকুংনা মকম থুদিংমক লৈখরে ;
শম্বন উরি-তিঞ্জংনা, থুরক হাংবা লৈতরে ;
করি 'মতা উথিত্রে মায়কৈ থুদিং শীনখরে ;
নোংনা পুমকুপ কুপখরে শুক শুগুম মমখরে ।
নোংগী মরি 'মনা উতুপ উতুপমুক চাউখরে,
মুংশিংনম্ন শিংপনা মিংপাংবা য়াখিদরে ।

তিঙ্খংসৌনা খিনবনা খোঙকম হোংবা ওমদগে ;
নোংমাঙ্গিনা থুম্নক্কে চেম্বহনা তুপৌরে ।
ঊগী ইচেল লেপকদৌরে ইংবনম্থ লোইরে,
তিম্ফা কাকথৈনা য়োম্লে মিৎ য়া নাকোং খংক্নরে ।
তুক্তুংলবা লিম্নম্থ খোঙদা থুম্থ খোংঙরে
কমথি হাঙৈ মনম্মা স্বর হোনবা য়ারকতরে ।
অকি-অকি খোঙ্জেল নাকোং শেগাইগদৌরে,
অকি হংগোই তুক্তুংবা মিকুপ হাংবা লৈতরে ।
পম্লৌ গুণনা কনবনা 'হুস্ত মথা জরগে,
থাং থৈজে হায়'হু মঙাম্বগে কারমা লৈরবগে ।
তুমথৌরবা খোঙকমদা পম্লে নোংঙুম লাংরক্লে,
শক উংদি থমথরো খোদঙুম ফাংবা উদে
কার 'মত' ফদরে মঙান মথক থমদরে,
হৌজিক কদম তৌগনি হাতুনম্থ লাংরে
চহনা লম্থ খঙদরে হন্নোকপম্থ চুমদরে,
অমানবা ইরাংমা চাকো মাংনৈক তামথরে ।
অহিংসিদা অমথা থুদোংথৌনা এক্তরে,
উপায় লৈতা অতাম্মা নহুন্ন কৌজ মঙাম্বরে ।

## "থঙদবা"

কযাদি পাংমথে কয়ামদি য়াংমদে
লৈরক অংদি লৈক-মাম্নে
কোম্মো খুদিং লৈশ-মিম্বদে
লৈশ-কম খুদিং লৈশ গোম্নদে ।

হাম্না অমা চংলমই
হৌজিক অমা ওইরকই
ভোরেল অমা লাকনি
চয়ে' অম্মুক চংখিগনি
করম্বা মরম লৈরবনো !
অথাম্বদা কম্না অনকপদা লথা ।
হৌজিক থঙহনা ঙমগদবরা !
চন্দক্ থাংহনা লোংইগদরা,
করম্বা মরম লৈরবনো !
অখঙনা মাইনা কনবো,
অইহনা নিপা কনায়নো,
অচুম্বা পাংজি কনাবো !
শিরোইদনা কনা য়াওরিবা,
পেংক-ওইদবা কনা লৈরিবা,—
পাঞ্জি মমৌ থাইনদরা,
মাইবই—মচা শিদবরা,
শিগদবা মুমিং থঙবরা,
লংকদবা উবা মাওবরা
করম্বা মরম লৈরবনো ?
হাম্না পানবনস্তু হাম্না কেল,
কোম্না পানবনস্তু হাম্না কেল,
অরেম্বা কদাইদা লৈবগে ।
কনা কৌবা মাইবনা শিব-লায়না কোকপগে,
অথঙবমকস্তু চংলুদনা,
চংপরা তারক-উরকপা ।
অনাবনা লাইওং তাকতনা
কনানো লাই-ওং থঙবনো ?

মাস্থ নঙস্থ ঐস্থ অঙ্গানি
অঙ্গাগী অঙ্গা অমত্তনি,
উনা উনা থত্তদবা ঙাক্লি,
হোয় হায়না তৌদবা ঙ'ক্লি
করম্বা মরম লৈরবনবো !
অয়ো ফ লবা জৈঙ্কনা.
কনানো 'ইমা' হায়দবা,
অরাবা ত'রবা মী কনাগুম্বা
লৈরিত্রা মাবু নিংশিংদবা
অকল অসোংল অরাং য়া দ.-অঙ্গানি.
লাইরবা নিংথৌ মীনাই চপ মাদৈ
হৌবস্থ লোইবস্থ ম'ম্বরি,
পুম্নমক উনদনা লৈনরি,
অহুবু করিগী কাউরিবনো
করম্বা মরম লৈরবনবো !!

## লৈরাং তেংথাখোল

পলেম ইনেম্মা কাউকরে,
ইমা কায়নবা কুত্থকরে।

পলেম্ব, লৌখদরেদি থম্লুরে নচানবু
নঙবু কাউরে হায়তুনবে নিংশিংনবনে নতনবু !
কোরৌ অস্থপ কুইরবসে লৈবিরিবা অপুম্বসে,
ইমাদি ঙাক্লি হায়তুনা লেপচক্লরে ইবুকসে,
নঙগী কায়ন-মৈথুবুদি কাউরক্লবী নচা ঐনি,
ইমা মীমা নাইদনবু ইবুক লেপচরবী নচা ঐনি

কায়হনদৌয়ে ইবুক নঙনা নচায় চানবা শিংননবা,
নমোম ঐগী কাসিদস্থ করি অমুক নিংশিংবিবা!
অসিরনে ইমাবো!!

পলেম ইবেম্মা নহাকনা থম্মুং সৌরা তানখিবদা,
নমোম অচুম তুংওইনবা নচা কায়নবা মতমদা,
শম্লাং কোইককনখিদেদো নচা ঐনা কাউবনরা,
গুসি লাকপী পল্লেম নঙনা নঙগী লমজঙ লানবমরা?
ঐবু পোকচবা পম্মৌদি পলেমকাদা পায়মা চেংলি,
হল্লোপবা নুরা নঙবো পলেমদি মান্দে নৌমল্লি!
কনানোনে নুরা নঙবো?

হায়বা কৌবা তাদ-মথৈ পম্মৌ সংগাই পাংলহুনা,
মুঙা খোংকাম্ পন্দনা চঙলকপবুনে নহাক্লা,
মুঙাদি ইমাননবীনি মরুপ ওইসিবু লাকপরা?
পম্মৌ ইবুংঙো কয়ম্না,
পল্লেম ইমানি হায়বরা?

ঐখোয়বু পোকপী ইমাদি তোর্বান য়াংবী থকতুদবু,
পামেনদি থরা থাদা থা—চাঁদরা থকতা থমবু,
পাম্মুববী পলেম মাবু কাইয়েন কাইজাও থক্তা হাল্লে,
থাম্বী মৈনা চাকখিববু নমোমদি ঐখোয় উহৌরে।
থাজদে,

তাইবং মালংদি পানবদা নোংগাখয়বা মীনবু।
তাখিদরি কদৌঙৈদা অমুক হয়দি লাকপগু।—
পম্মৌ ইবুংঙো অচুরা,
ইপায় য়াথং—অথোইবনি।
পলেম হকচাং তংথাইদি পম্মৌ ইবুংঙো নহাক্নি,
নমোম্না নায়া ওইবগী শক থঙঙদবা ওইরিনি।
অচুকৈ,

পলেমনা লৈরাং ওইরিবৈ শমাংদি কোইককনরিবৈ,
নচাদি ঐখোয় উকদে নারা মতমনা ওইরিবৈ।
উজসমু হায়রুনা খোমলেন মঙবু ওইরবুনা,
ঙসি কৌবা কোরৌসিদা লাকপিরবোই পলেম মানা।
ইনাও খোম্লাংদি য়াইমবী পলেম ইবেম্মা হৌরক্লে,
ইমানা ঙসি লাপদা লৈপাক মীয়াম্না তিল্লক্লে।
লৈপাক্কী কুম্মৈ ওইরক্লে খোৌগল লাংগনস্থু শুরক্লে,
ময়েক নাইবিদি ইমানি পম্বৌগী মরুপ য়াওরক্লে।
ইমা ইবেম্মা নংতনা পম্বৌগী কাদা ওইরোইদো;
ইচেম্না অহল ওইবনা ইনাওশা মহু পুম্বা উহৌইদো,
পলেম ইবেম্মা নংতনা কনাগী মতিক লৈতেদো,
পম্বৌ কাদা ভাল্ল’দবা ইচেম মিত্তা উখিদেদো!
পলেম পম্বৌ অনীগীদি খম্মোইগী ঈচেন ভংলোইদো,
হোংফত্রবা খম্মোইনিদো নচেম ঐনা খঙহৌইদো।
পম্বৌদি ওইবা মহাক্না ইমায় তুংবু ইন্দবনি,
পলেম মমা লৈতবদা করি ইন্দবগে হায়নি,—
পলেম রাংপদা নংতনা পম্বৌসু রাংলে হায়রবনি,
মমোম ওইবিদি অহুমবু তুথি মাস্থি থোকখরনি;
অসিতগী লৈরিবনি মমোম ঐখোয় য়েংহুননি,
থাজজেদো নচেম ঐদি পম্বৌ গুণদি খঙভিবনি।
ইনাও য়াইমা তাবরা?
ইমা মশক খঙহৌবগী ঐখোয় ’নিদনা য়াবনি,
পম্বৌনা মীলম্লবরা মুন্না য়েংসি ঐখোয়নিদি,
ফুংভাইনিদা ঐগাক্তিনে ঐ’ইমা ওইরম্লবদি।
ইমা ইবেম্মা ফুংশিদা,
কাউক্রবা ফুমিং অদো, পলেম পম্বৌ ফম্মিতৈভেদো,
মচা ওইবী মুজাশিংনা অনী নাক্তা শাম্লবদো।

ওইরিদরা থাজসিরা ঐ ইমানি হায়বহুবো,
পলেম ইবেম্মা কল্লিনো ওসি তৌরিবসিবো ?
নমোমশিংগা কায়নথিবা ইমা নওগী নশক তুন্দা,
নচা ঐবু উজগেবা পম্বো মোংবা মরান-য়াইদা।
উদরেদো ইমা !
নচা লাইবক থীবী ঐনা নমোম ইথা অনীসিবু,
য়েৎকা ওইগা শম্মহুনা লীজগে ইমায় খোংগুনবু ;
ইমা ইবেম্মা।
কোরৌ নোংথোং হাংবিয়ুবা ইমায় নতুং ইল্লক্লগে,
নচানা কৌবা তাত্রবোইদো পলেম করি, খুমদবগে ?
ইনাও অনী য়েংবদা নমোম লাকসি লাকওমদরে,
ইমায় মায়থোং অহুবুদি ইনাওশিংদি কাওরমাল্লে।
অহল ওইবী নচা ঐনা চেক্লা চাবুদি ওইরহুনা,
পলেম ওইবী নওবু ঐনা চেক্লা শাগন ফুকাং য়েনা,
কম্বা লমদম পামেন থক্তা ইমা কোয়না থিজহুনা
লেল্লসিবা পুনসি অসে ইমায় খোংগুল লীজবদা,
মাওথ্রসিবা হকচাং অসে কনাগী লমদম অমদা।

# য়েৎথংবা লংথবানগী লৈহাও লৈরেন তুবা

১

লংথবানগী লৈহাও লৈরেন !
লৈরাং নওবু করম্মা কাউরসিগে মুংশিদা !!
ওসি কৌবা কোরৌদা পামেন পুজি লোইরবোই !!
নারন-কোজিল, লংথবান, চজিং মায়কৈ অনকপা

লৈরাং নঙগী লমদমা শিঙেন নঙগী নমিংবু—
চিঙয়া লৈহাও কৌনৈদো !!
খুরাই লাইরেন, য়াইস্কুল, খ্বাই, য়াংথৈ অতৈমা,
পোইরৈ পানা মরিনা হৈরেম খুল্লাম লমদমে,
চীংবুরোয়দি তম্মুরোই পোইরৈ মচা মথৈদি,
ভখেন ময়াও ফ'ওবগী মঙগী য়ারি শাকৈদো !!
"লংথবানগী লৈহাও লৈরেন"
হায়না কোলোই কৌনৈদো !!
লৈরাং নঙবু করম্মা কাউরসিগে মুংশিদা !
ঙসি কৌবা কোরৌদা শিঙেন পুক্কি লোইরবোই !!

২

লৈরাং নঙবা হৌবদি,—
লাইবু লাংদি থাকপগী পোইরৈতানা থিবদা,
হাইদোন তাম্না হাম্নবদা ময়ম লম্নেন লম্মুংশি,
লংথবাক্কি হায়ঙ্গনা কোলোই পাওমেন্নববু,
লংথবানগী লমদমদা লোকমায় খুদেং শাবদা,
লৈরাং নঙমা হৌবনি !!
লংথবানগী লৈহাও লৈরেন !
ঙসি কৌবা কোরৌদা লৈরাং পুক্কি লোইরবোই !!

৩

লংথবানগী চিংগোল্লা লোয়বী নঙগী নথক্কা
নরোই হাওমা তারিবা খোবুম লংথবান হাওখুম্নি !!
চীংগী চীংয়া নোংপোক্কা মালং ইচিক তাব-লম,
হৌরিবনি মহুদা শিঙেন চিক্কা লৈনম চাউ।
লৈরাং নখোঙহুদগী তমথরকপা নোংপোক্কা,
মায়োক্কনা লবুক্কা কৌনা শম্মাং য়াই য়াই লাউ।

ভুবং ভুবং লৈরিবা ! হানৌ ভুংম্নী লোয়নবা
লম্পাক, লৈতোং, পল্লিনা ষন ভুম খোয়ন-তা ॥
কুমগী লাইজ ইচুম্না হপ্নৌ ভুমনৌ তিংপোইগী,
ইখৌরাংবা কোল্লমই। কোমদা, লৌখোং, লিক্লমদা,
পিক্লা বোয়বা ইচেম্না, লুপা মহৌ চেনবগুম,
লুপা ভরানদৌগুম, কৌনালক্ক চেনসিন্নু
চাদ-লাংখোং থাক্লুদা অমুক ভম্না চেম্থোরক।

লমদম পুকনিং হুরিবা !!

পামেন মশক শেমনবা শকয়েং মি'সেন ওইরিবা,
লৈশাং ছিদেল লাইজমা নিক নিক, লৈরাং থম্বাল শাং
লৈশাং হিদেল তোর্কোয়া—
খোরাংলম্বা লম্বীনা ভোরোক ভোন ভুবং ভুপ !
কিপৈ অমা ওইনা তা। লম্বী লাইজা য়াংমদা ;
কিয়ামগৈ, থোংজু হায়না ; লিলোং কাওবা তাবনা ;
তংখাই কোয়বা লবুকনে—খুঙ্গংসিগী তাইনবা
রাতোন উতোন খুম্মোয়ে ইশং শংনা শমনবা,
লিক্লং শানা কোয়রিবা লমদম সিগা মায়খোং-ওই !!
ময়ম লমলেন লংথবান চবুংগৈমা লোইখিবা !
কাঞ্চিপুর লম্মহুন, তম্ফা কোলোই নিংখিবা।
অয়া মিতম থৌবগী পাপকী খুইত্তু মৈত্তেবু।
পোইরৈ কম্বিহৈয়কপা গম্ভীরসিংনা লায়নিংথৌ।
মপুই কোম্নুং ওইখিবা ! লমদম ওইনা শাংপনি !!

লংথবানগী লৈহাও লৈরেন !

শিঙেন নওবু করম্না কাউরাসিগে মৈত্তেনা,
লৈয়াং নওনা ভুবদি করম হায়মা য়েংসিগে ॥

৪

চীংম্না-লৈরেন য়াইকবী !

শিঙেন নওগী লমদমদি—কবিশিংগী মবুক্তা

পুশিনবদা চনদবা পাক চঙউনা লমদমনি !!
ভুম্বি, কলম অনীনা মাস্ত্রবনি য়েকপদা !!
নিংথিরবা মায়্বৈকৈনি সুংশিরবা মফম্মি !
বসন্তগী কোকিল্লা চিকপা পাখ্ব তাম্মানা,
নীংনবদা মকমসে ফংনদবা চৈংগোংমি ।
হৈরাং মবুক খোয়দবা মকু তিংখং পানবদি,
অথীবদি থৈবোঙবু নংঙনদি হৌদ্দবা
অতৈ হৈরাং লৈরাংনা ইকাইখৈনদো নহাকপু !

লমদমদি চিঙ্গা নদোম শাংপনি !!
"লংথবানগী লৈহাও লৈরেন"
হায়না কোলোই শকুবা !

লৈম্মাং নঙবু করম্মা কাউরসিগে সুংশিরি ।
ভসি কৌবা কোয়ৌনা পামেন পুক্ম লোইরবোই !!
অচৌবদি নশানা লোইবী চৈংথো অসিদা —
করম হায়না য়েংসিগে তারিগসে লৈরাংঙ !!

৫

তদা চাউথোইরবনি পামেন পুক্মিরবনি —
পোইরৈ লৈশেমচৈত্রদগী পামেন নঙবু মাঙবরা !
কুমশিং চাদি অসিদা অসিগুম্বা নিপানা,
থারম্বনি হায়নসে লেম্ম তন্মত্রবনি !!
হৈবোক চৈংদি লংথমান খোবুম চিঙনা থুদোকৈ,
রাইসেল লৈহ্না মরিম্মা চন্দ্রনদী তুরেল্লা
নরম তুরেন মচাশিং লৈরাং নখোঙ হায়জরি !
নম্বুল তুরেন মরিম্মা লৈরাং নখোঙ য়েংজগে,
খিজরকপদা নঙবু —

থঙদহুনা নথুদা চৌংজিন নঙুনা
চেঞ্জররি চৌংখোঙদা তুংশইননা নহাক্কী।
ইম্ফাল তুরেল অচৌবা মবায় মথা পাংহুনা
লৈরাং খোংগুম লীরকপা, ইরিন কৌবা তুরেলাং
শিঙেন নপাউ তাগেদি চঙলকপদা লিলোংদা
তুরেল অনী য়াত্তানৈ। নঙগী নগুণ অহুনা
লৈরাং নপাউ হ বদা শুম্লেদো অনীমক,
লৈরাং নখেংঙ চঙদনা থম্প নপাউ তাইরকই

লোইদাম কুইরে লৈরাংও!

নঙ্গন কৌবা তুরেল্দি চক্রনদী কৌরবা
লৈরাং মখোংভ হামমকপা, শিঙেন সংগ ভৌরকপা,
লৈরাং মনম চেন্নবা তুরেন মাগা ভিরৈদো।
হিয়াংথাংগী মথাদা নঙ্গল লাইবক কখিদো!!

লংথবানগী লৈহাও লৈরেন!

শিঙেন নপাউ তাবদা খোর 'দব' কনানে!
নডগা কায়নবসিদা ভাওনরেদো ময়ামসে!!
শিঙেন নঙবু করম্না কাম্ভগদগে এখোয়না!
ঙসি কৌবা কোরেদা শিঙেন পুক্তি লোইরবোই!!
পামেন নঙনা তুববু করম হায়না য়েংসিবা!!
লৈরাং নঙনা হৌবনা নিংথিবদি লমদমনি।
সনা কোম্বুং শেম্লেদো লৈরাং নঙগী নগুণনি
পোইরৈ লৈপাক অসিদা নঙগী লমদমনি মুম্বু
কদায়দম্ভ উদরি উররোইদো থাজদে!!

লংথবানগী লৈহাও লৈরেন!

লৈরাং নঙবু মুংশিদা কাউররোইদো মৈডেনা
ঙসি কৌবা কোরেদা লৈরাং কেংলোই মাঙঙবরা।

নপান নরা ফকুনা লোইবী চৌংখাই অসিদা,
ভুরিববু নচাক্না পামেন কৈদৌরববগে !!
শিঙেন মত্তৌ উবদা থবাক নৈঙুম শারেদা !
পামেন নঙনা ভুবদ। লৈপাক মাথরোং লৈত্রেদে। !!

৭

লৈরাং নঙনা কৌবনা -
লমদম সিনা নিংখিবা পামেন কার হায়সিগে।
গোবিন্দনা লেঙলকপা পোইটৈ লৈপাক অ'সদা,
কজনদি লমদম্ থিংকপদা অহ'নবা
থেংনম'মে হরিনা !!
শিঙেন নঙগী লমদমগা কৌরম্বদি উবদা,
পামথুক্না মহাক্না নঙগী মামবা থিহ্না,
কাইনা কৌবা চীহ্নগী লোকমায় খুদেং শাবদা,
মাগী তীর্থ শেমমায়ে নঙগীসিদা পাম্বু,
ইকায়খুম্না কাইন-দা হো'লোকখিবা মা'মদো !!
লংখবানগী লৈতাও লৈরেন !
পাম্মু ইদকো শিঙেনও ! পামেন পুন্সি লোইবযোই।
অচৌবদি নশানা লোকমায় থক্তা ভুনবু
করম হায়না য়ে'ংসগে !

৮

'চিকপা চৌংগী চীংয়াদা মায়ৈক ইশং-শাংবদা
সজিবু কালেন ৭থজগী উনা রানা পুন্না।
লৈরাং নঙগী নবা-না ইশং শা'গা মতমদা,
সনা মচু চমজনা চৈঙ'ড-ডাঙনা শাংপদি,

অমুবা কোয়ৌথক্তা
উয়রোইদো মতুংসে।
লৈয়াং নশক মানবনু লমদম কৈদা লৈবগে॥
\+ + + + + +

থ্বাইগী লৈহাও হায়বসে পুথুম শাংপা কৌবদি
পোমশাংনবা হ্য়রুনা মতমথিত্তা লৈনৈদো।
মথোন কারকপা হায়রিব। হুংশিবগী শককমদো,
ওাওই মথৈ পকচবা য়েংই মথৈ হুংওাইবা
তাওলবা মতাংদো কুইনদেদো থ্বাইগীদি।
লৈয়াং নওগী নওংদি হৌজিক শাংপা ওয়াংগী
ওসিগী পোমশাংনবা করি'মতা থেয়দে।
পোম্বোম পুম্বা তাবদি লৈনা মতা কাইদোকতে।
চমু শানা লৈবনা শিঙেন নওগী নওংনি॥
লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন-ও!
কাউপ্ররোইদো নও'দো লৈয়াং নওবু পাম্বইনা
ওসি কৌবা কোয়ৌদা শিঙেন পুন্সি লোইরবোই।
তুমবোইদো নহাক্কে॥

১

লৈয়াং শঙ্কা হেম্লগা শিঙেন ওম্না য়াংপয়া,
লৈরেন ওম্না হেম্লগা শিঙেন শঙ্কা য়াংপয়া,
লৈয়াং তুমু নক্তেদো॥
ঐগী পাপকী নাত্তোন্দা লৈয়াং নওনা থোকপদা,
ঐগী ইবুক অসিবু থুংহনবিদো নহাক্তা।
তক্তশিংনা নম্মগা তক্তি পোকনৈ অহুম্মা।
মথোন কাবা নাবানা নম্মবনু 'তুমও'ই!
মানা মানা নীংবদো থুংহম্মবিদো নহাক্তি॥

"কল্প বৃক্ষ" হায়বদো লৈরাং নঙবু কৌইদো।
খৌজাদ হৈবা হৱিদি ভক্তদগী লাম্বিদো !

হৱি মখোঙ খম্বানগী লৈরাং লৈনম অহূদি
ভক্তভনা খঙউদো—লৈরাং নঙদি খ্বাইগিনি !!

অঙাং কাওনা পাৱৈদো !—

লৈরাং নঙগী নত্তগবু করি হায়নি ঐহাকনা
লৈহাও হায়বা লৈরাংসি —
থাংল্লপ নম্ম ম্মংশিবা নকসিল্লগা ম্মংশিবা !
শিঙেন মরাক চাম্মগা লৈনম হোংবা ঙাক্তনি।
লৈরেন কোংলোই নিংথিবা চৈংয়া লৈরেন নহাংক্তি,
নক্ত নম্মে মম্মংশি থাপ্ন নম্মে মম্মংশি !!
কোরৌ শীবুব কয়ংনি চৈর থাদা থাক্তনা,
লুপাক ম্মুদা থম্ববু ভূসি শাংপ নদৌনা,
হোংদে নঙগী ননমদ, ওম্মেংকপনি লৈরাং-ও !!
শিঙেন নঙগী ননমদি খ্বাইগা ইবান মাপ্নদে !
লাইগী থুংলম লৈরাংনি চিঙ্ক মংনা থাবনি !

১০

ভোবা ঙম্বা কনানা শিঙেন মরু থুম্মুনা,
লৈরাং নশা কক্তনা নখোঙদগী কুক্তনা
লৈরাং কোংলোম শেমজরে। থারে শাংলে নম্মুরে
হাৱৈ ননম অহুবু ফংবা ঙমদে লৈরাংও !
অসিগুম্বা নঙ্গণি পাম্মুইদকো লৈরেল-ও !

লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন !

লৈরাং নঙবু ম্মংশিদা নঙবু কাউব মংপ্নরোই !
ওসি কৌবা কোরৌদা পাৱেন পুন্সি লোইরবোই !
কোরৌ থক্তা ঙাল্লম্বা ভলা পৌনা বাংনদি,

লৈয়াং মচনা চুংবু করন হায়বা য়েংসিগে !!
ঐখোয়দনি মাঙলোবা পামেন মঙদি লৈহৌনি
হায়নবনি ঐখোয়না লৈয়াং কৈদৌরবগে !!
ঙসি কৌবা কোয়রৌদা নপান নরা কৃকুনা
চুরম্বু মহাক্না কংলোইদবা করম্বা,
উরহনা "ঐহাক্তি চংহৌরগে" ত্তৌবরা ?
লাংখবানগী লৈহাও লৈরেন।

+ + + + +

ঐবু খঙম্রবরনে ? লৈয়াং শাংপিখোগবা।
ঐনা নঙবু কৌজরি। নঙবু খুমগ্ররোইদরা ? —
ঐনি লৈয়াং ভাবিয়ু,

অহৈডে —

শয়াং কোয়ককনরবী নঙগী নওং নলৌবা,
লৈয়াং পুম্বুম ভাজবী, থৃংজা এম্মায় পায়বিনি।
নুরাশিংগা লোয়নবা লাক-অম্বদো ননাক্তা।
শিঙ্কেন মনাক য়েৌবদা "লাকসি লাকসি" কৌবদো !
স্থয় খঙমথিবনি লৈয়াং নপাল হেকপদা !!
ইহান হানবা মহাকী নপাল অমতং ফংবা
মতমহৃদা ঐখোয়না পামগ্রহনা মুম্নৈদো !
"হেকই মখৈ মায়গনি! মুয়গম্থ ঙাইখোদা!"
হায়না নঙনা রায়েনবি। য়েংজবদা ঐখোয়না
"মাইম চুমই" হায়হনা তোকনৈ ঐখোয়না মোক্তুনা।
ঙসি কৌব কোয়রৌদা ঐগী ইশক খঙজ্রবোই।
ঐনা লাকমিয়রম্বা নুরাশিংম্থ ঙসিদি
লৈয়াং মরাক চামথরে, ঐদা নক্তে খোংখোংপা।
অহৈডেগী শককমদো মাক্রে হায়না কৌজ্রবোই।

ঐনা কৌবা থুমত্রবোই থুখিম্লনা লৈরেল-ও।
মৈতৈ লৈপাক অসিগী পোকখিবদি পোক্লিবা
পূম্নমক্না নহাক্তি থওনদবা য়াওদেদো।
লৈরাং নখোঙ অসিদা য়ৌরক্কবা য়াওনদে।
মরূপ য়াম্বা নহাক্না য়াম্মন্নুনা কাউবগ্না ?
লৈরাং নঙবু—ঐহাকনা—
ঙ্গংশিবৈদা! করম্না কাউরসিগে লৈরেল-ও!
ওসি কৌবা কোরৌদা শিঙেম পুংস লোইরবোই !!

১১

চোংলেল লিলেন-খাদগী ভক্ষা য়াইরং চান ওইবী,
লাইর-খাংপোক পুংদগী থম্বাল লাইবক খীরবী,
লৈরাং মথন করানা লৈরেন নঙগী নখোঙদা
য়ৌরক্কবা য়াওনদে। লৈরাং নশক উরগা
পুকনিং পেটৈ ঙ্গংঙাইটৈ। অনৌ তিজে য়াওরবা;
ভরা তিজে চিংথদা—য়াওরক্লবী নহাকনি !!
মপু কাদা মনাইনা, মনাইশিংদা মপুনা ;—
অপাম ঙ্গংশি, শাগৈ ও'ই—চন্থু নিঙোন খিবদা,
পলেম পাম্মৌ ওইবনা য়াওরবনি নহাক্তি।
লৈরাং নগুণ তাংঙনা ঙ্গংশিসঙ্গ থম্মুনা !!
লৈরাং নঙবু অমতং নাম্ম থক্তা থেংপদা
পাখং শকৌ তেংবাংলৈ। নুরা শম্লাং থকুদা
থেংনুরগা অচ্চকম্ভ শম্লাং, চেংলৌ ওাম্রৈ।
মীওং মীশক নাইদনা লৈরাং ইচন চম্রৈ।
লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন !
ওসি কৌব অসিদা পামেন পুনাস লোম্মবোই !

চীংশাং নাপোম নদোনা নউ অচোবসিনচ
তুরিবসে করম্না য়েক্লসিগে পামেন-ও।

১২

\+ \+ \+

——— মানি!

——— অচু ওইরেকো!

চুমই!

হৌরিকমকস্থ য়েংউসে। লেপইবা নুরা পাখং
ময়াম ননাক অসিদা নপাল য়েকে লাকপনি।
নঙবু তুরে হায়রুনা মিংঙা পিবু ভানরে!
করা অমা লাকহৌরি কোংলাই অমা হুমখরে।
নুরা পাখংশিংসিনা পায়মা নীংবা কাররিবা!

লৈরাং করম য়েংদগে!!

— — — — লৈরেন করি ঙ নোদা!

কোয়ৌ থৈকে নহাক্না ভুরকপদা নপাম্দি,
ভোইরে লৈরাং ওইদরে কদায় হেকউরদগে!
লৈরাং নঙনা তুরিবা নভৌ অসি উবদা,
হেকউপনি করম্না!! য়েংউ য়েংউ প'মেলও;
নঙবু তুরে হায়রুনা হনখিবনে, লাকপনে,
অশংবা লম্পাক থকসিদা মায়োক মায়োক লেপইবা;
মিংতা পিবু তাদ্রুনা নঙগী নপাও হংনরি।
পামেন নঙদি উত্রবোই মীনা পুমঙৌ ভোখরে।
লম্বী চংপা মথৈস্থ লেপ্লে লম্বী থকসিদা।
খবকস্থবা কাংবুস্থ খবকস্থবা থাদোক্লে।
লৈরাং নপাউ ভাবদা কাউবা মাক্লে নহাকপু।
নঙগী সংগ ওইবগী নঙগী লমন ভোনবগী

পোঁইটৈর লৈপাক কপরে !!

লাংথবানবী লৈহাও লৈরেল।

করম কায়নরসিগে শিঙেন নঙবু মুংশিদা।
ঙসি কৌব কোরৌদা পামেন পুনসি লোইরবা!
নরোই হাওগী মথৈনা পামেন নঙবু য়েংহুনা
লৈরেন ফুরে হায়হুনা ভৌরিবসি য়েংউদো।
পোম্বি চেক্লা কাওব্না ভাওনরেদো নঙ্গুংলাং।

পাম্মুইদকো লৈরা'-ও !!

১৩

লৈরাং মিংদি তারুগা শিঙেন শকতি উদবা!
স্বর্গ লৈকোন মুংহুদা শাংদি হায়বা লৈরাংদি
পারিজাতি কৌনবা লৈরাংহুবু নঙলবে?—
"ঐহু খুন্দাকয়নি বেরা ভৌবৈ পুরগে"
হায়হুনা মহাক্লা থৈরকপরা অসিদ'?
ঙসি কাওবা অসিদা লৈরাং নঙবু উরিবা,
উজখিবা পুম্বদো--লাইবক করা মৈতৈনি।
উরোইদবসিং লাইবক খৌবা মথোয়দো!!

লাংথবানবী লৈহাও লৈরেল।
কোলোই মপি থাম্ব-লৈ।

নঙবু করম কাওসিগে মৈতৈ ঐগী ইপোক্লা!
ঙসি কৌব কোরৌদা লৈরাং নঙদি লোইরেদে!!

১৪

পামেন নঙনা ফুবদা পোম্বা লোয়নরিবসে
মাঙকদবা নপাম্ন লোয়নথরো নচাক্লা।
শাংলুরোকো স্বর্গদা। শাংলবদি মথৈসে

তারসনু অসুম্না, পূন্য তুমি শেম্নম্।
লৈরাং নওনা তুম্না "শিগদনি" খওসনু,
শিজেন নগুণ শকচৌবা "মিংচৎ মাওদে" উসনু,
তাইবং পাউতাক উৎতুম্না মাওগ্রগেরা নহাকপো !!
পামেন নওবু হল্লকখো অমুক পোকমিন্নখসি
কাউগনুকো নহাকনা পলেম লমন শিংখিসি
ইমায় লমন লোইনবি—হল্লকখসি পামেল-ও।
পোকমিন্নবা নহাকনি ইমায় পুক্তা পুহনা !!
ইচিল ইনাও পুম্নগী মিংতা পিবু তাবনা,
নওগী নপৌ শঙ্গনু নর্ন থুদে রারোপু !!

\+ + + + + +

তৌবিমনদি খওম্নবা থমোই কনবা ঐহাক্তি.
নওগীদমক হায়জনা মিংতা পিন্ন তান্দরে.

রারোগনু পামেল-ও !!

অকংবদি কেসেংমে অমোৎপদি মুক-কনা
পোইরৈ থমোই লম্পাক্তা চেকয়া ওইনা য়েকচগে
নিংশিং মন্দির ওইসনু নিংজগেকো ঐগীদি !!
লমদম অয়াম্বা থাকচগে, মরল লৈবা মৈতৈনা
ইয়াম্বা ইনাও খিবিক্লা ঐনা শোকচদবদা,
নিংশিং খুদম ওইনবা নওগী মন্দির কৎসনু।
নওগী মূর্তি লাৎসনু নওগী লমন শিংসনু ।।

লংথবানগী লৈচাও লৈরেল !

শিজেন রারোগনুকো উগ্ররোইদো নওবুনে !
——— অমুক হন্না তুংসিদা !!
ঙসি কোরৌ অসিদা নওগী পূজি লোম্নবোই !!

১৫

নঙগী ওয়দা হৌজবা, লৈয়াং নথং ওইয়বা,
মপান মায়োইনজবা লৈয়াং পাম্বি শিমনা,
কপহৌরিবা অসিদি উঠ্রবোইদো নহাক্তি।
কোয়ৌ নোংগা মুংশিংকা শিনা পামেন নহাকপু
হুমদেকনি হায়বদি থাজদেদো অশিগু
অচৌবদি নথানা কোকতোন হেন্না য়াংমথৈ
পামেন নঙনা য়াত্তাবা নত্তিক চাদে থম্নিদা
নঙগী মুমিং শুয়বোই॥

শকাম লিশিং অমা চানিপান য়াংথৈ মাপনগী
শ্রেষ্ঠ ওয়া ওয়েৎনি। কালেনগী থাজ হায়বগী
কুনমাথোইনি পানবা নিংথৌকাবা মুমিংকী
মুমিং মুংবা মতুংদা পামেন পুক্নি লোম্মোদি
তমখ্রবোইদো বিথিনা॥

নপাম লমদম স্বর্গনা য়ৌয়বয়া লৈয়াং-ও,
মৈতৈ হায়বা লৈপাকপু লৈয়াং মুংশিজবয়া।
নঙবু কয়ম কাউসিবা মুংশিংকো লৈয়াং-ও।
ওসি কৌবা কোয়ৌদা পামেম পুক্নি লোইয়বোই।
পামেম শাংনা য়াত্তাবা ওনা মতাং ওইয়বোই॥

## "মিংচৎ থিবা"

মিচৎ হায়বা নহাকপু লমদম কৈদা লৈপ্রবা।
ওয়েৎসেঙ্গা তিংথুমা নঙবু কয়ম কংসিবা॥
মপু সনা কৈথৈন্দা মিংচৎ নঙবু থোকপয়া।
য়াত্তপাদ পুকৈদা মিংচৎ নঙনা লৈবয়া॥

অরাং' চৗংগী চী দোম্না পামেন থক, শাংপরা।
অমম'-লোকী লোক-সু'দা থৌচু নু'-শুম তাবরা।
সমক্ক লৈথাদা সুগু না লৈথরবরা।
রাংনা লাম্বা ফংদনা কোরৌথক্কা লৈবর ॥
মী কয়াগী ফনবা নঙগীদমক য়াওরকএ
মীগী মতেং কয়'সু হৌজ-হৌজ পাংতকএ ॥
ইথোদা মশিংলি ফংবা কৌবদি লৈতরে।
ইরন্দা মতিংতা অচুগী অচু মন্ডাইরে ॥
নঙগীদমক চেনবদা মালেম পূম্বা থুডকএ।
নঙগীদমক কোয়বু হ'চুবদা মতোকএ ॥
কাংগাং কাংগাং হন্দোকটে মুনা কয়াসু য়েংখৈজে।
'হুবু চেক্কা মচৈবী কনা নোন-না মঙাঙখৈজে।
হৈরাং পাম্বী থাবনা তাওজিং মহৈ চাখরে।
লৈরাং মউ শেম্বনা শিজেহন মপান চিনখরে ॥
মিংচৎ মরু হুনবদি তলা মহৈ য়াম্দরে।
পামেন চারা থাবসু তাওজিং মহৈ চাদরে ॥
পুকচেন চাওবা নিপানা থমোই সু'দা থমম্রবোই।
থৌজাল হৈবা মথে'ম্বনা থুহম চেৎনা পায়খ্রবোই
নঙবু ফংগে মীংবনা নঙবু ফংন হৌনজা।
নঙবু ফংজবাই নীংবনা নঙবু ফংন-হৌনত্রা।
ফংনি ফংজবাই থজদনা নঙবু থিবা থোকপরা।
ঐগী হায়বা থমজ্রগা নঙবু ফংবা তাবরা ॥
মিংচৎ পাম্বা নিপাও নঙগী শরুক থ'কপরা।
তাওজিং মাগী মহৈদো নঙনা চাগে থনবরা ॥

শ্রীখ্বাইরাকপপ চাউবা সিংহ

# মৈতৈ কবি

নারক্কা শাংপা লৈরাংনা
নমবিনবা য়াওদনা
অরেম্বদা কেনখগুম।
ঈয়াইদা লোংপা মণিনা
য়েংবিনবা লৈতনা
অরেম্বদা ঙানবগুম,
চীংনা কোইনা পনশাবা
হাওনা কোইনা পনঙাকপা
মণিপুর সনা লৈবাকনা,
অরেম্বদা ঙাল্লম্মি,
অরেম্বদা শাংলম্মি
খঙবিনবা লৈতনা।
রাখল অসি খনবদা
অহিং মুংথল অনীদা
অরাবনি ফুম্বংনৈ।
গোমুখিগী নাপোমদা
ভাগীরথী গঙ্গানা
ঈচেল ফাংনা চেনবগুম
থম্মোই লকা মুংহুদা
শিন্থরকপা লাইজনা

মিৎলুগী নাপোম থুমনরি।
নচাগী পাম্বোম চাউত্রিরৈভে
পলেমগী মুংশিবা থঙত্রিরৈভে
ইমাগী সেবা ওমলমত্রি
(পলেম শকপি ইমাও!)
ভোল্লবা নচা ঐথোয়না
থুজেং পালোইনহনা
য়াইকাইরোনবু থপ্পগে।
লায়ররবা নচানা
প্রেমগী ধারা নঙনা
কৎচনিঙাই লৈজদে।
থম্মোইগী লকা মুংহনা
ভক্তিগী আসন মথক্তা
লেঙশিনবিয়ু পলেমও।
পুন্সিগী মিৎকুপ থুদিংদা
থুয়া থাবু কাউদবা
পিনবিয়ু ইমাও।
লাইররবী ইরোম্নি
খঙদবনা হায়বনি
মীতৈ কবি লাকখিনি।
ইহুংশোরা তৈরকলে,
চীথ্বে ফিহুপ হুল্লকলে,
কাকী লাম্বাও শীল্লনি।
মুমিদাংরাইগী কাম্দুদা
তময়ানা কোরি চেনবদা
পুক্রিংগী তোর্বানথকুদা।

রাখলগী. আসন থাদুনা
ঈথক ঈরৈ খুদিংদা
পলেমগী ফজবা য়েংজহৌ।
থাবল্লা ইপোম হৌরবা
শংবানবা অহিংদা
ইমাগী নিংথিবা য়েংজহৌ।
পোম্বী য়েংই রাংতেদো
চেক্লা য়েংই ন্োংপ্তেদো
কবিনা রাংপা হৌমদে।
বসন্তগী মতমদা
পৃথিবীনা ভাড়ানবদা
অরাম্বা পোম্বী চেক্লানা
ফৈরাথক্তা কমদুনা
মপুগী কোলোই শকলিবা
কবিগী মিৎকম্বা য়েংজহৌ।
শরৎকী থাবন অরুবা
কালেন লৈরাং ফজবা
কবিগী হরাওনকমনি।
( পলেম নীংবা ইনাওশা ! )
কোরবাক মাঙদা থা
খোরজৈ খুৎতা পায়
পলেমগী নীংথিবা খোৎচিনহে'
মপুগী খোজাল কংলবা
অসিগুম্বা লমদমসে
কবিগী পোকন-কমনিদা।
ইচিন ইনাও পুন্নমক
নীচিং অমত্তা ওইদুনা

পলেমগী লমন খুমনবা,
লৌশিংগী থাউমৈ থাবসন্থু
ইমাগী সেবা তৌসন্থু
মীতৈ কবি লাকখিনি

## লোক্তাক মপান্দা

১

ঙসিদি পুন্সিগী, অনৌবা ঈচেন্দা
অনৌবা ঈথক্তা হৌরক্রে।
রাখলগী ঈপাক্তা, অরাংবা ঈরৈনা
খুঙ্গিংবু থুম্বংনা কারক্রে।
মৈতৈগী ঈপাক্তা, মাঙদা ঙানবগুু
ইমিৎনা উজবা ফংজরে।
মৈতৈ ঈপাক্তি মাঙদা ঙাললিবা,
ঐখোয়গী লোক-তাক হায়বসে

২

ঈয়াইদা শাৎলিবা ফজবা লৈরাংনা
উবদা মিৎকম্বু হোংঙবা,
মরক্তা তারিবা, নীংথিবা চেক্লানা
ফুংশিবা কোলোই শক্লিবা,
খুনগী পোম্বীগী, রাজবা পুকৈনি।
অয়াম্বা চিঙ্জাক্তা থল্লবা।
মৈতৈগী ঈপাক্তি, মাঙদা ঙাললিবা
ঐখোয়গী লোক-তাক হায়বসে।

৩

নামীবা মুংশিংবা, ঈথক্তা হুবদা
ঈথক্তা জগোই শাগ্নিবা।

হিথক্তা ভোংদুনা, খুনগী ইমাশিং
ঈনগী জগোই লৈগ্নিবা।

ঈথকা চাননা, মুংশিবা কোলোইনা
নৌগী তাম্বাবু পীগ্নিবা

মৈতৈগী ইপাক্লি, মাগুদা গুালশিবা
ঐখোয়গী লোক-তাক হায়বসে

৪

থাজগী খুগ্গাওনা, কঞ্চাংগী হৈকোন্দা
নীংখিবা হৈরাংনা গুাগ্লিবা

হৈকপী য়েল্লিনা লৈয়াংগা লোইনপ্পা
খুনগী 'কোইবদা শাৎলিবা।

অয়াম্বা চেক্লানা কৈরাগী থক্তুদা
মুংশিবা কোলোই শক্লিবা।

মৈতৈগী ইপাক্লি, মাগুদা গুাগ্নিবা
ঐখোয়গী লোক-তাক হায়বসে

৫

কুইনা নীংজবা পুক্লিংগী অপাম্বা
গুসিদি থুংজবা তারেদো।

হিক্তা তোংহুনা ঈপাক্তা তৌবগুম
নৌগী জগোইবু শাজগে।

নীংজবা থুংহুনা মিৎলুগী নাপোমদা
তরংগী লাইজবু শিম্মগে।

মৈতৈগী ঈপাক্কি, মাগুদা গালনিবা
ঐখোয়গী লোক-তাক হায়বসে।

৬

ঈয়াইদা থু'বদা, মপুগী নো'থিবা
গুণবু উজবা ফংদ্রনা,
ঈথকা লোয়ননা লৈরিবা পুক্নিংনা
মপুগী গুণবু খঙদুনা,
রাংলবা খোঙ্গেননা, মপুগী গুণবু
শক্তনা পুক্নিংবু পেন্নসি।
মৈতৈগী ঈপাক্কি, মাগুদা গাল্লিবা
ঐখোয়গী লোক তাক হায়বসে।

## থম্বাল উবদা।

শাৎচরো, লৈরাং শাৎচরো
গসিদি লৈরাং শাৎচরো!
লাইজ ইপান ফরিদ্রেদা
লৈরাং শাৎচরো।
সুমিৎনা চী'য়া থা ত্রিদ্রৈ
চী'য়া খেন্দোং লাংদ্রিদ্রৈ
তময়া কোরি চে'ঙ্গ্রিদ্রৈগদা
লৈরাং শাৎচরো।
খোইমু লাবা খ্বাংজেংবা
লৈরাং লৈনম্ খঙলবা
থম্বালগী লৈহি মিহৌবনা
লৈরাং তম্না লাংস্রমু।

ভরং ভরং ভংলহুনা
চীরোল হৈবা কমানা
অচৌবনা নপপগুম্
লৈশি লৈথোল-লসম্ন।
মীনা মপাল করিগৈ
লৈগী লৈহিনা রাত্রিদৈ
খোইমুনা লৈদা নপ্নগুম
মরুপনা তিনকম্ ওইগনি।
থম্বাল কৌবী লৈনুংশি
ঐখোয়সু নখোয়গুম্বনি
তাইবং ঈপাক থকাসদা
কেম্নবা শাৎপনি।
লৈরাং নঙনা তৌবগুম্না
তাইবং মীওইবশিংনা
পলেম্গী গর্ভ-মুংছুনা
নোংমা পোমদনা লৈরম্মী।
লৈরাং নঙনা তৌবগুম্না
খোমলাং অমৃত থকতুনা
তাইবং লাইজ ঈপাকতা
লৈরাং নঙগুমনা শাৎচরি।
তৌইগুম্বসুং লৈমু·শি
কেম্নবা শাৎপনি
শিননবা পোকপনি
ঐথোয়বু নখোইগুম্বনি।
পুনসিগী অয়ুকনা লৈরিগৈ
মুমিৎনা ময়ূম চঙজিবৈ
লৈরাং নঙগুমনা শাৎপনি

নঙনা তৌবগুম নোকপনি।

অরাবগী মুংশিং কয়াম্ন
খোইমুগী থৌগল কয়াম্ন
পুনসিগী ঈপাক থকসিদা।

লৈরাং নঙগুম্না নংলেদো।

পাজল য়েংঙি লৈরক্কা
অনীংবস্নু থুংলক্কা
হৈনীংবস্নু মাঙখিহ্ননা

নোংমা নঙগুম্না পংলনি।

মুমিৎনা চীংয়া থাংবদা
পুনসিগী মুমিদাংৱাইহ্নদা
লৈরাং নঙনা তৌবগুমনা

নোংমা নীংবা কায়রনি।

বিধি ব্রহ্মা নোংদম্বনা
অপাম্বা লাংবু থাক্কুনা
মৈরাম্বীনা তৌবগুমনা

ঙাইহাক পাইনবা শেম্বনি

থম্বাল কৌবী নহাক্না
পুগ্রীগী লৈতেং গুইহ্নমা
কুম্বি কালেন শাৎলবদি

নীংবগী মহৈ য়ানগনি।

তৌইম্বস্নুং লৈরাং-ও।
পুনসিনদি তেংলদো,
তৌগদবা য়াম্বনা

লৈরাং নঙগুম্না মাঙলনি।

শাৎচরো, ঙসি শাৎচরো,
লৈকা কম্না ঙসি শাৎচরো
লাইজ ঈপান করিঙৈদা

লৈরাং ঙসি শাৎচরো।

# ইঙেল লৈ

চীংদা শাংপা ইঙেল লৈ
চিক্কনদনা কেনখিবা
কল্লকই।

ঐনা কেনগে-কেনদেদো
মালংবনা তম্বগী
কেনবনি।

মালংবা ঐসু কৈদোদে
লৈরাংনা লৈখোক লোয়বগী
কেনবনি।

চীংদা শাংপা ইঙেল লৈ,
ঐখোয়স্থ নংগী নভৌগুম
পানবনি।

ঙাওবনা খোন শক্লবা
তাইবং মাল-পানসিদা
য়াওরিদো।

ভৌবা ওম্বা কয়াস্থ
নারক্তা শাংপা লৈরাংগুম
লোংলিদো

হরাও'স্থ শিং কয়ানা
পুন্সি'খম্বাংথকসিদা
হুমলিদো।

চীংদা শাৎপা ইভেল লৈ
মুমিৎনা থাদা লৈদরি
ভাইখো-ও।
ভাইবং মীবু উরগা
মুরাম্না অগোই শাবদু
নীংশিংভি।
মালংবসু কৈদৌদে
ইভেস্পানা ভেনবনা
কেনবনি।
নঙনা কেন্নবা শাৎপগুম
ঐখোয়সু থুনা শিনবা
ভাইবনি।
ঈপাক্তা কোঙ্গোল তাকপগুম
পুক্নিগী ইপাক থক্নিদা
তাক্লনি।

## মেরাগী থাবল

শরৎকী মেঙলবা থাবল্না,
মালেম চাংজো থুম্বদা
ঈয়াইদা কোঙ্গোল কাবগুম,
থাবলগী ঈপোম মরক্তা,
থন্বানমিচাক্কী পরেংনা,
নোংমদোন শীনবা থুংখরে।
নোংখিন লাবা অমোমনা
কৈরা'থক্তা ফমছুনা
কবিগী অমৃত মাজরি।

থাবলগী লৈরাং খিবিক্লা
মালংবগী ফৌরোই য়েংহুনা
মপুগী কোলোই থঙারি।

থয়ো কৌবী লৈরাং-ও।
মতম চাবা উহুনা
লৈকা ফননা নোক্লিবোই।

মতম ঈচেল অয়াঙবা
করিগী থাজবা
মাঙবা লৈয়োই নীংলিবোই।

পঙনা পানবা তাইবংনি
ঐখোয়স্থ নখোয়গুম্বনি
শিবা ভাইনবা হিংবনি।

মপুগী থৌজান কংলিডৈ
শাবিনা লৈপাম্নরিডৈ
লৈকা ফননা শাংচহৌ।

ইন্নুংশোরা তৈরগা,
চিথৈ ফিহুপ হুন্নগা,
অমুক নোকপা কংলয়োই

পুনসিগী অমম্বা অহিংদা
থাবলগী মায়া উবদা
ঐখোয়স্থ নঙগুম্না নোকপনি

ঙসি শিনি পাউচেন্দে,
হয়েং শিনি পাউভাক্তে,
মৈতান্না রাখৈনম্লিনডৈ
শিনি হায়বা কাউবনি।

চাংজৌ লাম্বা কংভ্রবা
থাবলগী ঈরৈ ময়ায়দা
রাখলগী হিনা ভাউথরি।

থাবলগী রাস্থ নীংশিংত্রে
লৈরাংগী রাস্থ কাউথরে
রাখলভনা ঈহৌরে।

হিনাউ শাবস্থ য়াওত্রেদো
চাংজৌ লাম্বস্থ কংত্রেদো
কনানা হিথুংকম ভাকনি।

ভাইবং ভূমখুন হুয়ত্রে,
খুন্তাক লানশিনবগুম
মীচিকনাচিখোন ভারক্তে।

মরান লৈত্রবা ক্কাকশিংনা
ইমুং ভাল্লে থন্দুনা
অচিকপবু থুগাইরি।

মগুণ খঙবা কনানা
ভামনা কৌবা চেক্লানা
পঞ্চম স্বরনা খোংলক্লি।

পেননাহৈবা কবিনা
মপুগী গুণবু উহনা
ভয়ংলাইজ শিন্থরি।

অঙানবদা শাউরংনবা
অমম্বদা হৈনরবা
মকুভনা ভেংথাব্লি।

মেরাগী থাবল উরপা
থম্মোইমুংদা পেন্দবা
অতৈ কনা লৈবগে?

পাপপু চেনবা কনানা
মকুগুম্বা থরনা
খোইরাং খোইশাউমবনি।

# লমগী চেক্লা অমদা

য়াঙ্গোই খুরুপ খোঁজুনা সুংখিল কোয়েৌহনবনা
নোংচুপ চীংয়া তমথরে।

লাঙ্গোল য়োংলম কাংলম্বা য়োংলৈ নোংখাং শারম্বা
গুম্বা মশিন থাখরে।

লাইজ ঈশৌ লাংবদা মলয়া সুংশিংনা য়ৈবদা
পুক্লিং হকচাং ইংনরে।

অঙানবস্মু লোইক্রিডৈ অমম্বস্মু লাকক্রিডৈ
কাওরেন কোজন মতমসে।

নাইতোম তাবা চেক্লানা গুক কাখোং খেত্নুনা
লৈনা জগোই শারম্মী।

পস্থো শুমাং ময়ায়দা বৃন্দাগী খুতম মনাক্তা
কোলোই মপাউ তারম্মী।

চীন্নাইদবী মরুপও ঙাইহাক্তস্মু ঙাইখোও
লমনাইদবা মালংনি।

কনাগী য়াথং ইন্দুনা কনাগী খুহুং লীহুনা
নপাম লমদম য়ৌগনি।

ঐনা হায়জবা তাদনা নাইতোম পাইবা চেক্লানা
মিৎয়েং কারন লাম্থোকখি।

ইমুং শোয়ানা তৈবদা ইমুং ফমজাও মথক্তা
খোমলেন য়াতাগে লাক্লখি।

তাইবং মালংস্মু লাক্লবা খোমলেন ভুমখুলস্মু হুক্রিব

অমুবৈগী কাললিদা,

থাবম্না ঈপোম হৌরবা শংবাম্নবা মালংদা

লাইগী লগোই শাবীনা,

চেক্লাবু তরাম তৌহনা মুংশি থুহলং কৌহনা

চেক্লা কাইদোংকম পীনখি।

নাইতোম তাবা চেক্লানা কৈরাথক্লা তোংহনা

কোলোই মপাউ তাক্লকই।

ঙসাইদৌনা না থিজ্জে ঙসাইদৌনা মকজে,

পঙনা পাল্লি তাইবংও!

মপুগী লৈবাক'মুংশিদা হৗরম থোদোক থুদিংদা

কনানা লমজিংনিবগে?

হয়েংস্থ শোইদনা মরাক্নে, ঙসিদৌনা পাইরক্নে;

মপুগী মগুণ তমলগে।

## চিপি-থাদোই

চেক্লা নঙবু কনানো?

লমদম কৈদবু খোংবনো?

মুংশিবা নখোন্দা তারিবা?

মাঙগী উইফেদা খোংবরা?

নোংমদোন থক্লা শকপরা?

শুক্লংলে মুংশিবা খোঞ্জেন্না

বসন্ত ঋতু য়ৌরক্লে,

মালেম নৌনা মালহৌনরে,

চেক্লা নহাক্লা থঙবরা?

অপাম মুংশি কায়নরবা
লাইবক থীবা কনাগুম্বা
পৃথিবী থুংনা কোয়ন্থনা,
নীংঙমন্ত্রবা খোজেম্না
হীক্লা নৌবা খোম্বাংনা
থাদোই কনাবু কৌরিবা?
পি–থাদোই পি-থাদোই
থাদোই থাদোই পি-থাদোই
কনা মঙংলাংগী তাওরিবা?
কায়না মৈখু লাংবা মীগী
মহৌশাগী হৌনবীনি,
মুংঙাইবা কলিদা য়াবা।
মলয়া মুংশিং নামিবনা
মালেম থুংনা হুম্নকপদা
থাইনা মৈরী হেল্লিদা
পোম্বীচেক্লা চীল্লোক্লনা
ফৈরাথক্তা খোংলকপা
য়ারবা থম্মোই চাক্লবনি।
খঙলে চেক্লা খঙজরে
কৌখো নপুক্লীং পেম্না
থাদোই থাদোই পি-থাদোই
নঙগী থাদোই পাম্মুবী
নশাবী পুক্লীং খঙদ্রবী
লমদম তাম্না চেনখরে।
লাইবক থীবী চেক্লা ও!
পৃথিবী থুনা কোয়ন্থনবো
থেংনবরনে থাদোইদুবো?

কুহীগী তেরা খাহৃদা
ইতৈ হায়না কৌবদুনা
তাউজিং লমন থুম্রবনি।

য়াঙ্গোই থোহুনা চেনথ্রবী
অমত্তা পোকপী থাদোই
অমুক মিৎজুনা উররোই।

থুমম ময়ুম স্নৌথ্রবনি
মশাবী মনাক তমথ্রবনি
থাদোক্লো উনিংবা আশা।

বসন্ত বসন্তদা থিহুনা
অঙাঙবা লৈরাংতা থন্দুনা
অস্তুপ কুইনা কৌরকপা।

কৌখো হৌজিকস্তু কৌখো
খোঙ্গেন রাংনা শকখো
থাদোই থাদোই হায়না।

ঐখোয়স্তু নঙগী নত্তৌগুম্না
থাদোইগী মরিক'মতং মুংশিবা
কাওরম্নবদিকো চেক্লা।

মালেম থুংনা কোয়দুনা
নীংঙমজ্রবা খোঙ্গেম্না
মুংশিবী থাদোই কনাবু

কৌরমগনি পেম্না পেম্না
শক্লমগনি লাউনা লাউনা
থাদোই থাদোই হায়না।

বসন্ত ঋতুনা লাকপদা
লৈরাং ফিজেৎনরে পৃথ্বীনা
নিল্লে চেক্লাগী কোলোয়না

ঐখোয়মু খোইরাং খোইশাউনরে
পুক্লীংসি তয়াং তশোইনরে
কৌনীংঙি (খণ্ডনা) থাদোই হায়না

থাদোই হায়বনা কনানো?
অমত্তা পোকপীনা কনানো?
ঐখোয়দি খণ্ডদে মুংশিবা।

খোইরেনভাকী লময়াইদা
পাম্বা কৈরেম্না শোক্লবা
আস্থা অচুগী মভৌগুম্না।

অতুমক্তদা প্রকৃতিনা
কৌহৌ কৌহৌ হায়না
ভাক্লি 'খোয়দা তোয়না।

মণ্ডলাক্লবা কনাগুম্বনা
ঙাঙবা ঙমদবগুম ঙাঙনীংবা
লাক্লরি কোণ্ডদোক্লবা গুন্দা।

খল্লা খল্লা রাখলনা হেল্লে
পুক্লীং রাখল পুক্লীংদা লৈরে
অথুম্বা রসদি কোণ্ডদোক্তরে।

নঙগী কোলোইনা ঙাওরবা
মরাইবক ফরবা কনানা
হোৎনরি নঙগী খোজুল লীবা।

খণ্ডলে চেক্লা খণ্ডজরে
প্রকৃতিনা থারকপনি নঙসে
তম্বীনবা বিশ্ব-প্রেম

কোণ্ডদোক্তবা মুংশিবা
থম্মোইনদি ভমলিবা
মুংঙাইবগী ঈরাতা

থিকনবিরে মালেম থুংনা
ইংহনবিরে মীপুম তিংনা
কংহল্লে থাদোইগী মুংশিবা।

## খোংজ্রে বীনা

খোংজ্রে ইমা ঐগী বীনাসে
ঐগী অচম্বা থুংখৎসিদদি।
খোকজ্রেনে অচম্বা ভাটিয়াল
ইশানা পামজবা ওসিদি।
পীবিয়ু ইমা অমেওবা মেজ্রাপ
খৎচগে খম্মোইগী তারদা
খোকসমু নামিবা মলয়া
ভাজগে নাকোংসি পেম্মা।

হিজম ইরাবত সিংহ

# স্বাধীনতাগী ঈশৈ

দেশ দেশ খুদিংদা লৈবাক্কা ওইরি জয়—
মুক্তি লাম্বন্দা পাইরেনে ফিরাল ;
স্বাধীনতা সুমিৎ থোরক্রে—
মৈতৈ মচা নখোয় কদায়,
রাবনা পুক্নীং হল্লবরা—
তাউ, জয়ধ্বনি তারো লাউ !

তারো তারো মুক্তিগী মন্ত্রী
বণ্ডীগী খোল্লাউ নিল্লেনে কৈশুমশঙ,
লেল্লিনে অন্নাবা অহিং—
মশেল খৎনবা উরগা
য়াইকবা লাক্লিবা নোঙদা হনগ্রদরা !
মাঙলে এখোয় অচুদি—
তাও, জয়ধবনি তারো তারো !

মণিপুর মুংশিরবা লৈখিদ্রবা অপুম্বা
মাতৃভুমি কন্ননবা
লাকুনা লোম্না লক্ষা লক্ষা
লেপ্লেনে পুল্লপ পুল্লপ—
নোংমদোল লৈবাক্ত কপ্লি সে
তাইবংদ তিম্ভ্রবস্থ শিরগা তিল্লিসে
থরায় থরায় চেৎনা পুন্নসন্নু,
বিচ্ছেদ মাগুহল্লু মরুক্কংন—
তাউ, জয়ধ্বনি তারো তারো

হৈমাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ

## খোঞ্জেল্

নহাকী নীংথিবা বাঁশীগী খোঞ্জেল্
তানরি তানরি জগৎনা তত্তনা।
পুন্সিগী যমুনা ঈচেলগী তার্ব্বান্দা
লেঙত্ৰবা উপাল কদমগী মখোঙদা।
মহাকী নীংথিবা বাঁশীগী খোঞ্জেল্
তানরি তানরি জগৎনা তত্তনা।
নহাকী অঙকপা বাঁশীগী খোঞ্জেল্
মালংবনু লাংহল্লি মালংদা তত্তনা।
যমুনাগী লাইজরেনবু তাস্থা খোঙলৈ
কায়হনবিদে শাহনবীদা জগোই শাহনবীদা।
নহাকী নিংথিবা বাঁশীগী খোঞ্জেল্
তানরি তানরি জগৎনা তত্তনা।
নহাকী ওস্থোকপা বাঁশীগী খোঞ্জেল্
কোরৌ মপুবু কোরৌ য়াওনহল্লি।
অতৎপা নৈতনা কোরৌগী মপুনা
লেপহন্দে লাইজবু শাইওনহল্লিদা।
নহাকী নীংথিবা বাঁশীগী খোঞ্জেল্
তানরি তানরি জগৎনা তত্তনা।

# য়াইফবা ঙাক্তনি

য়াইফরেম্বা ! নহাক্কী থবক্তি য়াইফবা ঙাক্তনি,
নহাক্কী থৌদাঙ্গ য়াইফবা ঙাক্তনি ।

থৌজালহৈবা ! নহাক্কী থৌজাল্লা অকিবা লৈতনা
পাথৌগী কাঙবুনা লান্দা য়াইবী মাঙনরি,
মৈথুংদা মৈরাম্না অথুকপা লৈতনা
মথরায়না পামজনা মথরায় থাবগুম ।
নহাক্কী থবক্তি য়াইফবা ঙাক্তনি,
নহাক্কী থৌদাঙ্গ য়াইফবা ঙাক্তনি ।

চামবিহৈবা ! মহাক্কী থৌজ'ল্লা পেল্লরি উটনা
তিংথংবু চাহুনা অহাওবা ওইনা,
হিংস্রুকনা লেল্লরি হিংসাজা তৌহুনা.
ডাকুনা মুংঙাইরি মীহাৎ মীপুন্না ।
নহাক্কী থবক্তি য়াইফবা ঙাক্তনি,
নহাক্কী থৌদাঙ্গ য়াইফবা ঙাক্তনি ।

মুংশিহৈবা ! নহাক্কী থৌজাল্লা ভক্তনা পেল্লরি,
নহাক্কী মিংলেনবু খৌরাংনা কৌরগা
হুরাওরে উরগা তুররিংবা লৌমীনা
পাল্লনা নোমজমন চহীগী চরোংবু ।
নহাক্কী থবক্তি য়াইফবা ঙাক্তনি,
নহাক্কী থৌদাঙ্গ য়াইফবা ঙাক্তনি ।

তুররিংবা । বিভুতনা যোগীগী নীংথিবা লৈতেংনি,
লৈখোমদা ওল্লগা উরোইনা পেনবনি,

কদায়না পাপনো কদায়না পুণ্যনো ?
অনীসি নঙোন্দা খেন্নবা লৈবরা ?
নহাক্কী থবক্তি য়াইফবা ঙাক্তনি,
নহাক্কী থৌদাসু য়াইফবা ঙাক্তনি।

## মতমগী ঈচেল

চেন্থরি মতমগী ঈচেল
অপনবা লৈতনা,
য়াত্তবা মতমগী লোক্তগী
ঈরম কয়া ওইনা।
চেন্থরি ঈরম খুদিংমক
পন্দবা ( লম্বী ) য়েংদুনা,
তান্নরি তুরেন্দা তিনবা
অতৎপা লৈতনা ;
খেংনরি অপনবা কয়া
( লম্বী ) নুংঙাওনচিংবা—
অকনবা মহৌশাগী পল
নমথায়বা য়ারবা।
ওন্মোইদা, ওন্মোইদা থিংবা
মহৌশাগী পল।
য়ারোইদা, য়ারোইদা খাঙবা
খুৎশেমগী চেকপল।
কয়াবা মতমগী ঈচেন্দা
খাঙনবা অতৈ,

লৈরবোই, কংলরোই অমা
রাহৈগী নাতৈ।
থিংজিল্লু অঙকপা পাইবনা
নমথাবনি ঈচেমা,
হেন্দোক্লা ঙকপা পাইবনা
পাজনবা ঈচেমা
থাঙলবদি মতুমক্তদা
খোকনি প্রপাত,
মতুনা হেন্নতুম ফজৈ
তাইবং কুম্মৈ থোক্লা।
হাপনীংলগা পলগী মপুন্সি
হল্লু হল্লু নাশিখোং,
ঈথিন কনবা ঈচেনসিগী
নাশিখোংদি লাওরল্লু।
অঙকপনি মতমগী ঈচেল'
অঙকপনি মপাঙ্গল।
লাকপা ঙমদবা ঈচেমি,
ঙম্নরোইদবনি!

## অনৌবা চহী

হৌগৎলো অনৌবা চহী
লমদাগী লুরবা থানিন্দা,
সুংতাইবনা নিল্লবা ধ্বনি।
ধর্মগী শেংলবা মঙান্দা।

চৌগৎলেদো অনৌবা চহী
লমদাগী লূরবা থানিন্দা।
চেকয়াদনি অমুবা লৈচিল
থুপচিয়া কিজনা লৈরম্বা,
শন্দোকথরে মায়ৈক্ষে শীয়া
মুংঙাইবা মুংশিংকৌ ঊহন্দা
চৌগৎলেদো অনৌবা চহী
লমদাগী লূরবা থানিন্দা।
মাঙহনগ্রেদো মুংঙাইবা থাবল
কুপশিনগ্রে লূরবা অতিয়া,
অমম্বঙনা ওইরেদো লৈতেং
মীংথিরবা পৃথিবী'সিগী
চৌগৎলেদো অনৌবা চহী
লমদাগী লূরবা থানিন্দা।
প্র প্র ঙা'ম্ল মচী মচীদা
বিজ্ঞানগী অঙানবা থাউমৈনা,
ঊনীংঙিদা পৃমঙাল ঙানবদো।
চৌগৎলেদো অনৌবা চহী
লমদাগী লূরবা থানিন্দা।

শ্রীলমাবম কমল সিংহ

# মৈতৈ চনু

মতমকুইনগী তুংদা,<br>
লেঙশিল্লক্লে ইমা মৈতৈ চনু,<br>
মৈতৈ সাহিত্য মন্দির মন্নুংদা ;<br>
য়েন্দাই থম্মা লৈহাপ্লুনা,<br>
কৎলুসি ইমাগী খুয়াদা।

লৈ থিননবগীদমক্তা<br>
নত্তে অথাপ্পা উমংদা চৎকদবা,<br>
নত্তে অরাংবা উপাল কাগদবা ;<br>
ইনকনকপদা, থুংনা লাম্বা ফংবা,<br>
থিকসি পুক্লিং লৈকোন্দা।

পুক্লিং লৈকোন্দা শাৎপা লৈরাং হেক্তুনা,<br>
লিংজেল মাম্নবগী লংনা লেংহ্নুনা,<br>
খাংবা কনবগী য়েন্দাইদা হাপ্লুনা,<br>
কৎলুসি ইমাগী খুয়াদা।

লৈগী মন্দির শারুসি ইমাগী,<br>
পাম্নদে য়োংকী মন্দির,<br>
মাঙগদবা কোহ্লিং কারগা,<br>
পামদে নুংগী মন্দির,<br>
লুপকদবা মতমগী ঈচেল মন্নুংদা

পান্নদে চেক্কী মন্দির,

রাংনা শাবপা অমুক্তং,

মন্থুনা লৈবা মতমকুইনা ;

শাক্লসি লৈগী মন্দির,

তাউখৎনবা মতমগী ঊথক মথক্তা

কংগ্রপা চোংলকপা অমুকহন্না,

অহুগুম্বা লৈগী চাররা,

মন্দির মুম্বী মুংলুসি ;

চাউখৎনবা মশা মরেং,

মতম্বা অসুম কুইরক্লগা।

কুম্বী কালেন নাইদনা শাৎপা,

লৈগী চার থিক্লসি,

থাক্লসি মন্দিরগী অকোয়বদা ;

মখোঙ ইংহনসি মিংকী পি ঊকুৎনা ;

কংগ্রবসু অমাওবা হকচাংনা,

লৈহৌসনু পুক্লিংগী লৈরাংহু।

শাৎহৌসনু তগুপ তগুপমা,

মাতৃ মন্দিরগী অকোয়বদা।

মাতৃমন্দিরগী লৈনম মুংশিবা

তপ্পা লিরি লিরি শিৎপা মুংশিৎনা

হুমথিসনু মৈতৈ লৈবাক খুদিংদা ;

তেকখৎসনু শিরুম নারুম্বা মৈতৈ।

পুক্লিংগী অশোংবা উমং ককথত্তুনা,

থাসনু তরু তরুবা লৈগী চার

মাতৃমন্দিরদা কৎননবা ;

শেমসনু নীংথিবা নিকুঞ্জবন।

অথাম্লদা লৈবা অনৰূপদা লৈবা

অচৌবস্থু অপিকপম্থু

নীংনসি মৈতৈ চম্নুগী মচানি।

লৈগী পরেং তম্নবা।

হে লৈবাকমচা মাতৃসেবক !

স্বার্থত্যাগকী শিদহিদাক,

থাবিয়ু মন্দিরগী অকোয়বদা,

পুনসিবা পামলবদি মৈতৈ চম্নুগী।

মাতৃমন্দিরদা হৌবা লৈপালগী,

কেল্লকপদা লৈরাং মখোক লোয়হনা,

পুখিহনা মতমগী ঈচেম্না,

তাউকুসম্থু সমুদ্র শীনথুংনা।

মাতৃমন্দিরদা হৌবা লৈপালগী,

চাউখৎলকপা মশামরেংনা,

আতিয়াদা থৎসম্থু নোংগী লম্বী ;

পোত্থারসম্থু মীরৈবাকী চেক্লা।

মৈতৈগী ওম্পাক্তা হৌবা লৈরাং,

থাকুসম্থু সমুদ্রু রাংশদম্থু

শাংলুসম্থু ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়দা;

করি ওমলোইদগে লৈ পরেংনা তত্রবদি।

## মৈতৈ কোকিল

### ( কনাগুম্বা কবি অমদা )

হে মৈতৈ লৈবাকী কোকিল।

মতম কুইনা তাখিদ্রে নঙগী খোল্লেল।

পাইগ্নগে নীংলবরা শাউহুনা,
নপিজা কোকিল লৈতে উহুনা।

লোৎপা য়ায়রোইনে হৌজিক্কি,—
নোংমা তাহৌরে নগুগী খোঞ্জেল,
নোংমা খোংখি নখৌ পোংনা,
মৈতৈ উমংগী উশাদা তোংহুনা।

নগুগী মিরবা খোঞ্জেল্লু তাগদবগী,
নাকোং থাজৎলে মৈতৈ কয়াগী;
পাইরকলো মৈতৈগী লৈকোন্দা অম্মুকহন্না,
খোংলরো নখৌ পোংনা হায়গুমনা।

লৈকোল কোকিলগী খোঞ্জেল তাজ্রিবা
তাজনীংবনা খৌরাংনা তাইজরিবা;
পঞ্চমস্বরদা খোংহুনা তাহল্লোবা
চত্তনবা মীরৈবাক্তা কোকিল থিবা।

কাইদোংফম উশা থাদোক্কুনা,
চাক্তাফম লম্মাং হন্দোক্কুনা,
করিগীনো য়োৎকী শারং পামলিবা?
ওমলোইকো হয়েং তুংদা পাইখোকপা।

কোকিল অমা খোংখি কুইগ্রবদা,
উজ্জয়িনীগী উন্নাপুংবা উমংদা
ইংহন্দুনা থমখি তারতকী লৈকোল,
গুম্মংখি পৃথ্বীপুম্বা মিরবা খোঞ্জেল্লা।

তামনা অমস্তু খোংখি থাইনতৈদা,
নোংচুপকী সমুদ্রবাংমগী চীংহুংদা;

চীংঙুং করা সমুদ্র করা লপোকুনা,
ইনিদ নিলহনখি নোংপোক্‌কী তোর্ব্বান।

উশা খুদিংদা ভারত লৈকোলগী
চেক্লা চামা চামনা তোংহনা,
খোংলি পুকনিংহুবা খোঞ্জেয়া;
পুকনিং ইংহল্লি মী লিশিং লিশিংগী।

মৈতৈ লৈকোলসে অমুক কক্করবা
ভারবদি কোকিলগী খোঞ্জেনতগা,
নীংথিজগবনো করাগী মতিক।
ইমিত্তা উরখিগত্রা দৃশ্যন্ত অমুক!

কোকিল লৈতবনা মৈতৈ লৈকোন্দা,
কেনথ্রে হৈনৌ ময়োল অরেম্বদা
তমাল মশা কংশিল্লক্রে অরেম্বদা!
ময়াং কাকনা চাথ্রে উহৈ অরেম্বদা!

মৈতৈ লৈকোলগী হৈনৌ ময়োল,
খোম্বাং হেনগদবনি চুপলবদি কোকিল্লা,
'খায়দা' 'খায়দা' খোংলে কাক্লা চুপ্তুনা
তাহৈল্রে খোংবসি 'পাহাড়ী' 'পাহাড়ী'।

কোকিলগী খোঞ্জেল তাজিমথৈ,
কোকিলগী মশক উজিমথৈ,

মেনশিল্লগে নাকোংসি লৈখোমনা,
ভূশিল্লগে মিৎশি য়েৎতুমনা।

কোকিলনা উহৈ উমলগা খোবোম থল্লা,
খোংলকই 'কুহু' 'কুহু' পুকনিং হনা;

কান্না মপুক থম্নগা অমুনবা উহৈনা,
ছন্দোক্লমই অমাংবা মৈতৈ লৈকোন্দা।

খোংলরো কোকিল নিলচন্দুনা চাংমুরসি,
শেমলরো নিকুঞ্জবন তম্পাকসি।
চেনহল্লো ঈচেল কংগ্রবী চন্দ্রনদীবু।
কৌশিল্লো উমংসিদা বীনাপাণিবু।

তাগদবগী নঙগী মুংশিবা খোঞ্জেল,,
পোত্থারি লম্মথাংদা নম্বুল তুরেল;
ভাইরি চন্দ্রনদী লেপ্তুনা ঈচেল,
পাইরকপ্রা য়েংলি হৈনৌপাম্বী চাংথক্তা।

অপিকপা তুরেল অপিকপা পাংকী ঈশিংনা,
নঙগী খোরাংবা কোকলোই থন্দুনা,
কাইদোংকম য়াংদে-পুকচেল নেমই নীংহুনা,
পাইরক্তবরনে কোকিল হোৎজিক ফাওবা?

অমদি চীংনা কোয়শিনবা লৈবাকনি,
লাংদা থুরবদি অমুক্তবু করিগুম্বদা,
পাইখোকপা ঙমলোই অমুকহন্না,
পাইরক্তুবরনে কোকিল রাখলসি ভোৎহনা?

কিগম্মু কিপম্মু কোকিল পাইরকউ,
লাং নত্তে—লালবগ্নি প্রকৃতিনা পীবা,
শম্বগ্নি মৈতৈ লৈকোল অসিগী,
কোয়শিল্লিবসে চাংলোল মাপন্না।

হে অচিকপা পাম্বা কোকিল!
নিলখোংবা তাংহনা মৈতৈ লৈকোলদা,

পাইরক্ত বয়নে য়োঙ্কিক কাওবা ?
অমুক্তদি খোংলখো নখৌ পোংনা।

ঋতুরাজ বসন্ত কৌবা মতমদে,
নঙগী চিরসহচরনি ইায়মা তাই ;
য়েংউ বসন্ত য়ৌরক্লে মৈতৈ লৈকোল
পাইরকপা মতম য়ৌরক্লে কোকিল।

# মাতৃ তর্পণ

অথাপ্পা মীরৈবাক্তা লৈহনা,
ব্রহ্মপুত্রগী তোর্ববান্দা লেপ্তুনা,
পোক্লফম লমদমদা মাই ওন্দুনা,
চেঙ থাইদিং কৎচরি ইমাগী খুয়াদা।
লৌবিয় ইমা খুৎথেংননা,
মিংকৌ পি মরিক মরিকা লোয়ননা,
ঈশিং খুজোক থয়া শোক্নুনা,
কৎচরি ইমাগী খুয়া থম্বান্দা।
সনা সুপা কয়া কৎচনীংই,
লৈত-লাইরা কয়াবু পীজনীংই,
যনবী কয়া দান তৌজনীংই,
করি অমত্তা ওমজত্রেকো লৈজদবনা।
ইমাগী নীংশিংনবগীদমক্তা,
সুংশিরবা মোংফম মথক্তা,
ওমজদরে স্মৃতি মন্দির শাগৎচবা,
ওমজদরে স্মৃতি সভা লিংথৎচবা।

মিংকী পিনা কংক্লিমথৈ,
কাউজররোই খুয়া থম্বান্দো ;
লাংচগনি নওগী প্র'তিমাদো,
ধর্ম'ইগী স্মৃতি মন্দির মন্থংদা।
অরেপ্পা নাইদনা চেল্লিবা,
হে ব্রহ্মপুত্র পুকচেল তপলবা,
কৎচরিবা হৈ-লৈসি নওগী গর্ভদা,
শিম্নবিরম্ম কে' ইমাগী খুয়াদা।
ইখুৎনা থিজবা কংজবা
লৈকোন্দগী লৈ সু থরদং হেকচখুনা,
কৎচরি ইমাগী খুয়া থম্বালদা,
লৌবিয় ইমা খুৎথেংননা।
ভোর্ব্বান ব্লাংমরোমদা লৈদুনা
মশেন মরাং উরিবা,
লৈচিল নোংফাই মরক্তগী
খুৎ তিং'থোক্লক্লবরনে ইমা!
থাপনা উরিবা চৌংয়া তময়াসিদগী,
উরে মশেন মরাং ইমাগী মূর্তিগুম,
তেংথাবগুম তারে 'ইমা লৈরি' হায়না,
খুৎ তিংথোক্লক্লমাল্লে লৈ সু লোগে হায়না
পাক-চাউরবা ইপাকথক অসি,
লানবা ওমলররোই থন্দুনা,
খৌরাংবা মিংয়েংনা য়েংদুনা,
ফ্রীং ফ্রীং চোংদুনা লৈরবরনে ইমা!
ঙাইরমখো ঙাইরমখো ইমা,
লাল্লকলগম্নু অসোমদা অমুক্হন্না,
অথাঙ্গদগী পাইথরক্লি হি অসি
ঙাইরগা মতম থরদং লানজরকে খুয়াতম্না

মী চিল্লবা লমদম'চুদা,
মীপ মচা অমতং থিচুনা,
শান্তি মন্দির অমতং লিংখৎতুনা
লাই নীংমিন্নসি ইমা ইচা।

হে ব্রহ্মপুত্র নঙগী ঈপাকথক্তা
স্মৃতিচিহ্ন ওইনা য়েক্লুনা
লৈহৌরসম্ম মতম কুইনা,
ঐগী মিত্তগী শিন্নরকপা পি'সিনা।

মীগী স্মৃতিমন্দির কয়া কয়া,
নঙনা থুদেকই তরাই তরাই,
মুথৎপিন্নুকো ঐগী স্মৃতিচিহ্নসি,
কংক্রিমথৈ নঙগী ঈচেন্না।

স্মৃতিসত্তা কয়া লিংখৎতুনা,
স্মৃতিগীত শকনৈ অয়াম্বনা,
ঐগী লকাপুংগী ফোংদোক্লবা স্মৃতিসি,
হনাবুস্থ খঙহন্দনা, তিনথ্রো নঙগী জীবন সঙ্গীত্তা।

লৈবাক কয়া লাম্হোক্লুনা,
চীংনাপোম কয়া থুগাইচুনা,
চেন্থখরো সমুদ্রতমনা;
অতিয়াদা তিলহনথ্রো নঙগী ঈশৈ।

অতৎপা লৈতনা শিন্নরিবা পি'সিগী,
অতৎপা লৈতনা চেন্থরিবা নঙগী ঈচেলগা,
ঈচেল অনী তিন্নচুনা,
সঙ্গমস্থল অমা শেম্বীয়
'স্মৃতিসঙ্গম' থোনজগে মচুগী মমিং।

পলেমগা খাইনরবা,
তীর্থ যাত্রিকনা কনাগুম্বা,
লুপলসমু মকম অচুদা ;
অরাবা থরদং কোকচগে মতম'চুদা ।

নওগী ঈচেলগী মশক ওইবা তারবদা,
পিগী মশক ওইবা খেজরাপনা থেংবদা,
থোরককসমু 'ইমা' 'ইমা' হায়না ;
অতিয়াদা পাইখৎসমু খোঞ্জেন্দ্র ।

কনানসু খণ্ডদবা পুকনিং স্মৃতি,
কনানসু য়োৗদবা লমদমচুদি,
তিনসমু কনানসু খণ্ডদনা,
'মাণ্ডদবা' ওইলমু মতম লৈবা খিবিক্তা ।

## চন্দ্রনদী

থাপনা উরিবা চীং অসি ওম্থোক্লা ফজেদা ।
নৌনা পুক্লিং হুনা নীংথিদা,
ইংমা নিক নিক লাউইদা ।
শংবানবা অতিয়ামকপুসু নক্সংলিদা ।

মসি শংবানবা অতিয়াগা শমনগ্রবরনে ?
অমুক্তং য়েংঙুরবদা,
মিংকম হোংবা য়াদেদা ;
অদুবু অওইবমক মসি মাগী মচুরনে ?

নত্তে,—মখোঙদা চওঙ্গবদি উবা ফংগনি
শেংলবা শা কৈনা থল্লবা,
নারকনি, তিংখংভুম্বো হৌবা ;
তিংথৌ হৌবা লৈতেম মান্নবা লম থরভনি।

অৱাবনি অনকপা চন্দ্রনদীগী দৃশ্যদি!
তোর্বানস্থ নারক ওইগ্রে,
মন্নুংস্থ নাপীনা থনগ্রে,
তৌইগুম্বস্নং ইতিহাসকী ঈচেল চেল্লি লৈম্নুংদদি
মতম অমদা মহাকী অকনবা ঈচেন্না,
হৌজিক্কি কন্থ গঙ্গাগুম্না,
লাইজা ঈচেল থাদোক্তুনা,
পুক্লিংগী অথুপ্পা মফমদা, মন্নুংদা মন্নুংদা,
অৱাবগী ঈচেল চেল্লি লোম্না লোম্না।
অচুগুম্বা ঈচেন্দা কনাস্থ উবা ফংদেদো!
কাঞ্চীপুরগী অৱাবা পাউবু পুখিদুনা,
অহিং মুংথিল নাইদনা
চেন্থরি অমম্বা সংদ্রু তম্না।
লোত্তাকলোমদা তম্নমই, লাইজ ঈচেন চেল্লিতৈওদদি,
মপাল নাইদবা অমম্বা সমদ্রু তমগ্রে হৌজিক্কি।
কনানো শকহেনবা মীগী তোর্বান্দা লেপ্তুনা
ঈরুজগে থৌরাংলিবা, থৌরাংবা মিংয়েংনা য়েংদুনা ?
ইরৈপাক্তস্থ ভুরেল লৈ, ঈচেল কংগ্রে থল্লিবদু,
তৌদুনা য়েংসি অমুক্তা, য়েংসি থোরকপা লাইজদু ;
লুরবা লাইজ কংগনি, ঈরুজরবদি ঈশিংদুদা,
ইংগনি পুক্লিং হকচাং, কয়া মুংঙাইগবা পুক্লিংদা।
লৈ-স্থ থাসি তোর্বান্দা, য়ৈসি হিদেম্না চেকী থাক,

ভমজরনি ঈরুজবা অশোন মনা পুন্নমক !
পোক্লকম লমদম থাদোক্তুনা, হাপ্তুনা থরায় খুবাক্তা:
লনত্তানবা চৎনৈ খুদোংথীরবা মকমদা ।
ইরৈপাক্তী মঙ্গুংদস্থ মিংচৎ মমল য়াম্নবা
কুমহুনা লৈরি লৈমুংদা, তাম্লুসি শকহেনবা ।

## চীংয়া-লৈহাউ

মোইরাং লায়জীদা কাঞ্চীগী
য়াংলবা লৈচিন খেৎনা,
মখোঙদা চীং নাপোম অমগী
পাম্বৌ'নি হৌরি খাৎরাংনা ।
পরিজাতফুল্লা অমরাবতীগী,
শীঙেলসি মমিং চৎলি ।
লৈকোম্দা কাঞ্চীপুরগী,
'লৈহাউ লৈরেন' শোন্নরি ।
লৈহাউ লৈরেনসিদি,
হাকনা চাউদে হাল্লা পিক্তে ;
চুপ্রবদি কোকতে মনমদি,
য়েংবগী পেনবস্থ নাইদে ।
লৈ-না পুম্নুম তারিবা,
লৈখোক মনা'ম য়াওবা
লৈনম চুপ্রবদা কোক্তুবা,
বিধাতানা করম্না শেমলম্বা ।
লেপ্তুনা চীংয়া ভময়াদা,

অরেপ্পা নঙ্গে মুঙাইবা,
খঙহল্লি লম্বী চৎপদা,
পাউতাকসি মমল য়ামলবা।
মতম অমদা থুৎলাই পায়বনা
ভাকলমই লৈখোঙদা,
অপোম্বা লৈ অনৌবা মনা
মাঙহল্লমদে অরেম্বদা।
হৌজিক্তি লৈপাল অসি,
মতমগী ঈচেল হোংবনা,
হোংগ্রে মুংঙাইবা পুন্সি,
য়েংবিহৌ পুক্নিং চঙনা!
শাৎকায়বা লৈ'মগীদমক
অপোম্বা তরা মাঙনরি;
ফজবা মনা'মগীদমক,
মশা তরা থুদেকপিরি।
মনা, মশা, অপোম্বা লৈনা
ইচাই চাইরে লৈখোঙহু;
লৈহেকপা লাকইবশিংনা
নেথৎলি কেল্লবা লৈশিংহু।
লৈশাৎপা মতম য়ৌবদা,
ফজবা হেনগৎলি খ্বাইগীদি,
কপ্পু কপনীংই খল্লুবা,
অরাবা মতমনি মহাক্কীদি।
খরনা পোমশাৎনবা,
য়েংজরি মূনা মূনা
মরুমদা উনা পূংবা,

হেক্কনি হায়বগী কিবনা।
মশা থুদেকমনখিবনা,
লৈপালসি মনা পুংবা
পুংকোক কোকলে য়েংবদা,
মত্তৌ মাল্লে মরু কোকপা।
কিবনা মীনা নৈথংপা,
লোৎলমলিবোই চীংয়াদা।
—ঙম্বগে কয়া কুইনা লোৎপা?
মীনা থনখ্রেনে লৈখোঙদা
পামলবদি মীগী কান্নবা
থাংগদবনি মীনা ঙংপা।
কনানা কান্নবা তৌখিবা,
খাংখিগদগে মীনা ঙংপা।
কংলো কংলো লৈহাও লৈরেন।
মিংচৎ উরোং খিল্লমহুনা।
থাদোকলমলো অরেম্বা তাইবংপান,
হৌরুরো শান্তিগী লৈকোন্দা।

## নিৰ্জ্জনতা

মুমিদাংরাইরম য়ৌরক্তুনা
সনা অহিংবা মশেকনা,
উতোল রাতোল লৈতেংহুনা,
পোথারকলে অঙানবা নোংচুপ্পা।

পোম্বী চেকলা অন্নাম্বা,
পাইরকলে মহুম তম্ন
য়ুমশা, যণ শগোম্নচিংবা,
মমাই লৈনথ্রে থুম্নকতমনা।

ব্রহ্মচারী অমসু কনাগুম্বা,
থাদোক্তুনা তাইবংমীগী অপাম্বা,
'পুকনিং তপনা লাইনীংগে' হায়না
চণ্ডথ্রে অচিকপা লমদম তমনা।

উখোঙ অমদা ফমহুনা,
য়েংলকলে মিৎ কুপ্তুনা,
অচিকপা লমদমগী ফজবা;
থম্নকলে পুক্নিংদা মণ্ডল মণ্ডল।

হৈনম লৈনমনা চুরবা,
মলয়া নুংশিৎনা টংলবা,
শিৎলকলে তপনা তপনা,
য়াচণ্ডবগী অমম্বা মরক্তা।

উনা রানা লৈ-মু খিবিক
হাইহুমলকলে তপনা তপনা
নুংশিবা খোঞ্জেল অমথক,
পোকলকলে উমংহুদা।

খোঞ্জেন্দুগা তিন্নহুনা,
মিরবা খোঞ্জেল অমা,
তারকলে শেংফাত্তুনা,
ব্রহ্মচারীগী নাকোংদা।

"তাও ব্রহ্মচারী ওসিদি
'কোংদোক্লগে' বা পুক্রিংগী
'অচিকপা' কৌই টঁম·দি,
মবেম্মনি লমদমসিগী।

ঐদি সহর অচৌ অচৌবা
লৈরক খুল্লক মী তাবা,
লমদম মীয়াম তিনবা,
হয়া ঙেংদে থাপনা চেক্লোকই।

ইতিহাস নিংথৌরেল খুদিংগী,
য়ারী অকন অথৌশিংগী.
থাবল চোংবী শাবী শানৌগী,
তাংজনীংদে তাজনীংদে।

ইংলবা উমং ময়াবদা,
চিকলবা চী য়া·তময়াদা,
শোঙলবা নারক শীংলক্তা,
লৈকমনি লাইবকথোকবীগী।

হৈ-রা হৌবা হৈকোন্দা,
লৈ-স্নুা লৈতেংবা লৈকোন্দা
অচৌবা চৌংগী চৌংদোন্দা,
শামকমনি পাজল শোনবীগী।"

"মণম্নতা হৌরক্লপা,
কংজখিবা মথম্নতা
উরী-য়ারী-লৈ-স্নগী পুনসিনা
পুনসি-লৈ-পরেংনি ঐহাকী।

সমাজগী ইতিহাস,
মপুংকাদে মপুংকাদে।
খুল্লক্তা শানবা ব্রারী,
মরীক চুমদে মরীক চুমদে।

তেংথাহুনা কপ্পতনা
থম্মোই শোক্কে থম্মোই শোক্কে
তুমিন্না লৈবতনা,
ব্রাদবা নত্তে ব্রাদবা নত্তে।

মীওইবগী লাইবক থীবনা,
ফোংদোক্কবা অরাবা থওবিদে কনানা
মরোল থোক্কবা কনাগুম্ববু,
'উকং'ন' থক্লি মীওইবনা!

থজিক্কং শোকপদা তিংথংবা,
কপলিনী তেং থা নাওইহুনা,
হুপীসিগী ব্রারী ব্রাথোংদি,
শকনা শোন্নথে মী থুদিংমা

লৌনা মপুরোইবা থাইনরবী
ইকাইখীবনা কপাখত্রবী,
লকাম্নুংদদি ব্রামৈ চাকলবী,
শকনা শোন্নগে কনানা?

মশক থীরবী লাইরববী,
মরোল থোক্কনী লৌশিং থেল্লবী
মথরায় পাঞ্জবী নীংবা থুদনা,
শকনশোন্নবগে কনানা?"

"তীর্থস্নান তৌরিবা চহী খুদিংগী
পুণ্যগী ৱারীদি মুপা 'সিগী
নিম্নরগ্রে লৈরক খুল্লক্তা
শকনা শোম্নগ্রে মচৌ মচৌদা।

অহুগা মপি তরং তরং চেন্দুনা
'তীর্থ দর্শন ফংগ্রে' হায়না
ফমুংদা লোংনা হিপ্তুনা
কপলিবা মুপাসিগী ৱারীদি,—

মীপুমতিংনা হংনুহনস্থ
'থওই' হায়রমদে কনানস্থ,
চেনা খুদিং হাইদোক্নুনস্থ
য়াওরমদে ইতিহাসতা।

মিৎকুপ পূজা খুদিংগী
পাক-চাউরা তাইবংসিদা
অৱা অনা কয়া অস্থুম তৌনা
মাঙগ্রবনো থওহৌদনা !

কাব্য কয়াদা ইনরিবা,
পুনসিহুদগী হেন্না ৱাবা,
হৈদোকখ্রেনে পুনসি কয়া
মী উদবা লক্কাংদা !

ইতিহাসতা শীংথানরিবা
অকলঅথৌশিংহুদগী
থোইনা হেন্না কনখৌরবা,
কেমগ্রে থওহৌ উহৌদনা !

জাতিগী ইতিহাস হায়বসে
মিৎনা উহৌবা, নাকোংনা তাহৌবা
মরীক চুমনা ইবতনি য়ারী থয়া।
কোংদোক্তবা পুকনিংগী য়ারী
করমনা খণ্ডগনি মহাকনা

কাব্য হায়নরিবা অসিস্থ
উহৌবা, তাহৌবা, কল্পনামা কংবা
হিরম খরদং লৈতেং হ'গু্না
ইজবতনি পুকনিং হুনা।"

"বিজ্ঞাননা মমিৎ তাংলবা
ইতিহাসনা মনা পণ্ডলবা
হিরমশি ড়ু অচুগুম্বা
তাদবা উদবা লৈতে এহাকনা।

হে ব্রহ্মচারী নৌমা লাকইবা!
পোৎকী মমলবু অচুম্বা,
খণ্ডহৌবা, উহৌবা, তাহৌবতনা
লেপনবরনে চাতমনহুনা?

অচুমনা চৎনরবদি সমাজদা,
ফরে—চেকী সিঁড়ি মথক্তা
গামলা মথক্তা লৈতেংলিবী,
লৈরাংসে ভার্ব্বিনা কৌবী,

মথক্তনি শকফজবদা,
মথক্তনি মনমহুংশিবদা;
অচিকপদা শাৎপী কেক্তুকাসি
অরেম্বনি মাগী পুন্সি।"

"ইথক্তা অতিয়াগী মকোয়দা
নোংথাং কয়া কুপপ্রবা !
নোংমৈ শীংজং কয়া ভাপ্রবা !
নোংশা কৈ কয়ানা কোয়প্রবা !

ঐগী চিৎলবা ভম্পাক্তা কুন্দুনা,
লাইনীংবা সাধু কয়ানা
ঈশ্বরবু উপাসনা তৌজহনা,
সিদ্ধি ফংপ্রবা নীংবা থুংনা !

মুংশিহৈত্রবা মীহাৎপা কয়ানা,
মীগী মকোক পুশিলকুনা,
লোৎলরিবা ঐগী ইরুমদা
তুজুংইদকো খল্লুবদা !

"ইচিকহল্লকলবা অহিংদা
মীনা তুমনহিপনপ্রবদা
ইংলবা থাবলগী অঙৌবা ফিজংনা
কয়া কুপপ্রবা ঐগী ইথক্তা !

ঐনা য়ারী অমতম্থ লৌথোক্তে ।
কনাদস্থ পুকনিং কোংদোক্তে ।
মী থঙহন্দনা মরুমদা লেপ্তুনা
হিরম পুমনমক য়েংই মুন্না মুন্না ।

ঐবু শেম্বিরম্বদা বিধাতানা,
শীবিরমজ্রবোই কাউদ্রুনা,
পাম্বৈদি পুকনিং কোংদোকনবা ।
পুকনিং শীবিরমই খল্লনবা ।

মীনা ঐবু হেক য়েংবদা
নীংনৈ শান্তি লাইরেম্বীনি
অহুগা কনাগুম্ব। অমনস্তু
থনৈ অরাবা লাইরেম্বীনি।"

ব্রহ্মচারীনা হায়রকই,—
"মীনা শান্তি লাইরেম্বী কৌসম্ব
অম্নাবা লাইরেম্বীস্তু হায়সম্ব
ঐগীদি ইমা শকপী লাইরেম্বীনি।

ইমাগী তম্পাক্তা তুম্বগুম
তুমজগে নঙগী তম্পাক্তা।
শান্তিগী মশক ওইবা অমৃত
চুপচন্থনা হিংজগে য়াইবী থরায়।

লিকলাগুমনা থমনাথক্তা পকপা
পুনসি তয়াংতশোইবা
থমনা খেঙ্গোংনা-ঙামথবা মতংদা
তিনজগে মরক্তা পুকনিং পুথ্রীদা।

সমাজগী মরক্তা লৈবস্তু
লাংতকনরকই পুকনিং য়ামনা,
পাইনিংলকই ইশা পাম্বনা,
তেংথানিংলকই লোল থোকতুনা।

হৌখিবা শরুক্তা ইপুনসিগী
পাক্ষরে ইতিহাস সমাজগী
লেমহৌবা পুনসিগী শরুকসি,
পাজগে নঙগী জীবন ইতিহাস।"

# কাঞ্চীপুরগী লেমহৌবা মথাক

( থাইনগী কোম্নুংবা হোংখিবা অমম্নুং হৌঁজকী
অনৌবা কোম্নুং শেমত্রিভৈগী মরক্কী অবস্থা।

চীংনা কোয়না ফিরুক খুমলিবা,
হাওনা কোইনা পনঙাকলিবা,
ঋতু তরুকনম্নু লৈতেংলিবা,
মালেম পৃথিবীগী লৈকোলগুম্বা,
মণিপুর সনা লৈবাক্কী লৈময়োল্দা ;
থমচেৎকুম থম্বালগী মম্নুংদ',
শালগ্রামগুম লৈপরেং মম্নুংদা
ঙাম্হৌহৈরি থায়নগী কাঞ্চীপুর। ·
লৈময়োলসিগী নীংথিজবা মিংচত্তি,
মতমগী কল্লবা ঈচেল ঈরৈনা,
অহিং মুংথিল নাইঙ্গনা পুথোকখিহনা
লুপখিগদৌরে অমম্বা ঈপাকথক্তা !
মুংশিল্লবা লৈগী লৈনমনা,
মুংশিৎকী মকোয়দা তিনবগুম ;
চীংমুংদা খোংবা তামনাগী খোঞ্জেল্লা,
পাকলবা ম্যভিয়াদা মাঙখিবগুম ;
মনম মুংশিল্লবা কালিন্দীগী ঈশিংনা,
য়াক্লবা থুমহৌদা তিনখিবগুম,
নীংথিজবা মিংচৎ কাঞ্চীপুরগী,

কাউশিল্লকলে নোংম-নাংমগী।
অমদি কাঞ্চীপুর লাইরেম্বীগী,
মরাইবকথীবা মরমদগী,
মবুংঙোম্ন মাই লৈথোকপিখরে,
পাউতম্বীনম্ন লৈরকতরে।
অমদি অরা পোখ্বানবা য়াবা,
মচাম্ন য়াওরে তৌবিমল খঙবা;
ঈরাকনরে চিন্তাগী ঈপাকথক্তা,
'হা ওইজরে নুং অনিগী মরক্তা'
মচা ফাগ্রবী শঙ্গী অমোমনা,
মৈচাক খাং'বগুম চেনচোংহনা,
উনাথক্তা তা'গুম অহিং লিক্লাবা,
অরাবা পি শিঙ্গ'রি ওম্না থোইনা।
শঙ্গদগী চিথহৌরবী তেমরাগুম,
মীচিক-মীরাওথে'ল তাখিহ্রবা,
উমং-উখোং রাখোংনাক্তা কমহুনা,
অরাবা ঈশৈ শকচরি মথম্নতা।
থৈবোং, হৈনৌনচিংবা হৈপাল,
লৈহাউ, শি মাইরেনচিংবা লৈপাল,
মশাগা মশাগা লোনশিন্নহনা,
অরাবা ফোংদোকপি তুমিন তুমিন্না!
উরীরৈ, কুন্দাংলৈ, বাসন্তীনচি বা,
উরীগী কাংলুপ্না মরী চৎপা,
থাদোক্নুনা তু নফম হৈপাল লৈপাল,
ওক্সেং'ইরি, তৈদ্বনা উপুল রাইকুল।
লংখুম্ন লাংমৈনচিংবা উচেক,
তেংথারি কাঞ্চীপুরগীদমক,

মনাপুংবা উশা থুদিংদা তোংহনা,
তৌবিমল খণ্ডবা চেকলাগী কাংলুপনা।
হৌজিকফ ওবা কালিদমননী,
পিকলবা ঈশিং ঈচেল অহুনা,
চীংগী চীংখোংদা ভা-থেংহনা,
চামথোকলি খুয়াখম্বাল কাঞ্চীগী।
কাঞ্চীগী মহৈকোল লৈকোন্দা হৌবা,
হৈ-লৈ পাম্বীগী মরুপ খিবিকনা,
নীংথিজবা মহৈমরোং লৈ-স্থ কত্তুনা,
পুকনিং কাজিল্লি কাঞ্চী লাইরেম্বীবু।
মভা কাঞ্চীগীদমক রাবনা,
শ্রীরাসমণ্ডল খুথ্রী অসে
লৈতেংখরে অমেংপা ফিজেৎনা
লু হেন্দরে মহৌশাগুমনা।
অহুম ওইনমক চাকতারবি,
তানুথজোংনচিংবা চেকলানা,
হুমিদা রাই য়োরে হায়হুনা,
পুকনিংগী অরেপ্পা কায়দনা।

## বিশ্বপ্রেম

হে পাখংশা। বিজ্ঞান হৈরবা,
করিগীনো মন্ত্রবু থাজত্রবা?
পাল্লবদা হুংশিগী মন্ত্রনা
মিৎ তাংগনি পাংনা পাংনা;

ন্না পঙগনি ভানা ভানা ;
পঙগনি লৌশিং থৌনা থৌনা।
লৈনম হুক্নস্থ মলয়ানা,
"মুংশি" "মুংশি" হায়নবগুম্না
পুক্লিং হুহুনস্থ মুংশিবা
মখনগনি 'মুংশি' 'মুংশি' হায়না।
তিংথং পাল্লবস্থ কেতকীনা,
মনম মুংশিবগুম অহোইনা,
নিঙাই চাউরা চাউরগা মুংশিবনা,
"মুংশি" মখনগনি থোইনা হেন্না।
চৈ থাংলবস্থ মুংশিবা মীনা
হীদাক অথাবা চাবগুম্না,
হেন্না ভেথংকনি নশাহু,
হেন্না মুংঙাইগনি পুকনিংহু।
নাউথী শারে মমুংশিনি ;
শুগংলে নোকলকলে নীংগনি।
শনরিক পরেং মুংশিবগী,
হক্লোক্তুনা মুংশিবগী ওকশমদগী,
য়েক্লবদা শিবিবা ওমলবা,
প্রেমিক কৌই মুপাহু অশেংবা।

শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহ

# য়াকায়রোল

ইমা, ইমা, হৌগৎলোনে ইমা,
মিকপ্লোনে ইমা,
ঙসিদি ওইন-মঙলান্দা।

মতম কুইনা য়াহিপ্লবী,
নচা লৈনা চানংলবী,
নম্না খোঞ্জেল তাক্লবী,
ওইন ঈয়া-কংক্লবী,
তৈথোক্লোনে ইমা,
ঈরাদি মিৎস্না থম্বান্দা।

মীতম্বাক্তা চাউরবা
মীয়োম্নীদা তাংলবা
পলেম চেংলৌ খঙক্রবা
নচানিদা তোল্লবা
কৌরগেনে 'ইমা'
ঙসিগী কোয়ৌ হুমিত্তা।

ইমাদি থুম্ন' মিজৌনা,
নোংথক-নোংখা 'নী ফাওনা
হৌরসম্নু ইমা,
নচাগী হীক্ল' লকাদা।

ইমা, ইমা, হৌগংলোনে ইমা,
মিকপোনে ইমা,
ঙসিদি ওইন-মঙলান্না।

## তাইবং শজি—

ঙমলি মীকুপ্তা
লৌনম্বা বাঁশীনা—মালংগী
তারি রাবদা
তাইবংদি শজিনা- পংবগী
ঙংলি মাঙদদি
মীকলবা লৈম্মনা,
লেপলি ভুংদদি
কৌরবা বিরাটনা,
শনক্রে য়েক্তদি
ঙকলবা ঈপাকনা,
থাকক্রে ওইদদি
রার' হাইগংলাংমা,
তারি রাবদি
চেন্নবা মাইকৈদা,
নংলি রাবদি
চোংলুবা খুদিঙ্গা।

# মপুদা

নঙগীনি হে পুনসিম্ন,
নহাকনি হে মিহুনম্ন,
— হকচাং শীম্না চেন্নিবা—

নয়াথংনি লাকপম্ন,
নহাকথংনি লৈবম্ন,
করিনো হে লাপলিবা।

লৈপান্নি হে নহাক্না
লৈরাংনি হে ঐহাক্না
লৈকা য়ামনা পোমলিবা,

ঈপাকনি হে নহাকনা
কোজোম্নি হে ঐহাকনা
করিনো হে পামলিবা।

শত্তোকউ হে চৈথন্দি
ঐহাক—কৌবা—লমথন্দি
নঙগা ঐগা খারিবা,

লৌথোকউ হে কীজংদি
মমলবা হে মালংদি
নঙগা ঐগা খল্লিবা।

# নোঙ্‌ময়কখোদা

য়াম্বা অছেবা - চৈজিং খুমাবা,
নোঙ্‌মীংঙাই ওইদবরা
নোঙ্‌ময়কখোদা !

"হাদা সনা পুঙভয়োল
পল্লেম খুংশি—কোলোয়মু"
তেংথানীংঙাই ওইদবরা
তেংথারখোদা !

"লৌবুক লমখাং শংবানরায়
লোইবি–চুম্বং থজরায়
মালং-কোরোই-ঈপোম্নাং
কর-শরা থোঙ্গমু,
হাদা সনা-পুঙভয়োল
কোলোয় খুংশি মণিমু"
শৈরাংনীংঙাই ওইদবরা
শৈরাংরখোদা

"পায়ম খুংগী থৌজাম্না
খোম্নাং-লাইজা ঈহৌনা
ইম্ফাল-নম্বুল-শিঙ্গমু,
পারী মোমমু-ওকচমু,
হাদা সনা পুঙভয়োল

পলেম লোংবি-খ্লাঙোয়মু”

চৈজিংনীংভাই ওইদবরা

চৈজিংলখোদা !

পারী-যোমমু-চাঞ্জমু

পলেম হ্রমা পুকফমু

কোলোয় মুংশি-চীখৈমু

অশৈ নঙবু কাউবরা !

য়াকায়নীংভাই ওইদবরা

য়াকায়রখোদা !

নরোয় নঙগী মুংবংরায়

নমাও নঙগী লোন্দৈরায়

চৈজিং নঙবু কৌজেয়ে !

শৈহয়ীংভাই ওইদবরা

শৈহয়রখোদা !

চেক্লা কায়দোং-কায়নরাই

মালং-নোংলম-লম্ম্ করাই

পালোইনীংভাই ওইদবরা

পালোইরখোদা !

রাংটৈল পুঙোয় অমদং

মির’ চৈজিং লোয়নরাই

পলেম’ মুংশি মিঙোরোল

“হাদা সনা পূঙুয়োল

পলেম লায়েক-ভরেংমু”

থৌগয়নীংভাই ওইদবরা

থৌগয়রখোদা !

নরোম্ন-ননাও খিবিক্লা
পলেম-খোম্লাং-রাম্ননরাই
খোম্লাং-লম্মল-শিংনিঙভাই
য়্মাংদো লম্বী চিংনরাই
নিংশা নীংহল ফমদেংনা
য়াম্ব' খোলুল মাজৈয়ে !
লমজ্ঞীংনীংভাই ওইদবরা
লমজ্ঞীংলখোদা !

"হাদা সনা-পুঙভয়োল
য়োহ্লো-অভাল পাম্ভোইম্নু"
মিজৌনীংভ'ই ওইদবরা
মিজৌরখোদা !

য়াম্বা চৈজ্ঞিংবা—শৈরাং খুমাবা !
মালংনীংভাই ওইদবরা
নোজ.ম্লকখোদা !

## কমলদা

নোঙভাল্লমদাই তাবা চেক্লা কয়া
ভারিরি মুংখিল নোংমায় সিদগু-
কোওয়াও রাতোল ফষৈনা
খোংলি তে-ভু চরোইনা,
পামেল উরাং উকোম্না
হেক্লি নেং নেং হারিনা।

নত্ত্রি মখোয় সীদম্ —
কৌজেং হারৌ শাগৈনা
নোংজা য়াওল শৈরাংবা,
ঙাংলি নিং নিং মিরবা
কোয়ৌ মাওল ঈরোয়না।

শালি কুম্লাংনা কুমওনবা
ভরানিপান্না ওইওইনা
নিফুগা তরুক রায়রকপা
মৈতৈ সাহিত্য জগৎস্থুং
কুম্লাং চনী মম্বর্' তুং
নোংনা ঙানফ্‌দা ভৌমরাই
অমমম-অঙাল শিন্নরকপা
মৈতৈ ইমারোল য়াওনৈঙ
চেক্লা কয়ানা শৈরাঙৈ
মখৌ পোঙনা শৈরাংখিবা
মুংশি খোঙেম্না লোরবা
কাঞ্চী-কোনমুংদা লাঙ্গোনবা
কলায় কমল চেক্লাদে!

কাঞ্চী-কোনগী চেক মুংশি!
তারো খোংলি খৌবোংনা
নপাং কয়া কয়ানা
নোঙঙাল্লমদাই ভামিন্নরম্বা—
মখোয়গী খোম্লেম-খোনরাং ঈপোম লাং
মৈতৈ-মালং ঈওল্লক
উপাল রাপাল ঈয়ৈ চা
ঈওল মাগী ঈপোম লাং

হাইনা হুয়া শৈহন্নি।
কৈদৌরিবা নহাক্কে।
ওঃ—কাউক্রেকো র'রৌম্নু....
নথুরায় কৎনা ছৈরাঙৈউ
নথম্মোই নঙগী মীরী চেল
পাথখি,
নহক্চাং নঙগী ইরোয়না
চেম্থখি,
নোংনা ফুংদা ভাল্লকপরাই
নথরাই ংক্রা খং-গে'ম্না
পাইথোক্খি,
কোয়া ইংনা মালংনা
মিকুপ খুদিং শৈশকপা
"মতম কুইনগী ফুংদা
লেঙশিল্লক্লে ইনা মৈতৈ চনু
মৈতৈ-সাহিত্য মন্দির-মন্ডপদা;
য়েন্দাই থম্না লৈহাওনা,
কৎলুস ইমাগী খুয়াদা।"
ওঃ ডাক্তরেকো রারৌম্নু
শৈশক নঙগী শৈদাননা
ননা মৈতৈ চনুনা
য়াওল পৌগল ওইনম্বাই
মীরক ভারক য়েংদুনা,—
মীডার'দি থাক্মৌ'ন
মাগী মীংবা কাররনি—
নোংনা পুমম্বাদ ভাবিরৈ
খড়ঙি চেক্লা থেমদোকখিবনি।

শিদা ঈরা ইন্দুনা য়োকপনি।

ইমাগী য়াওল থৌগনবা।

নপাং চেক্লা কয়ানা ফংজনি।

কাক্কী চেক্লা য়াইফবা।

য়াইফবদা শরুক্লৌ।

নোকনুকো পঙুভিদা

মুংঙোল ইপাউ ভাবদা।

অয়াবনা ঈরৈনা।

মুত্তাইবনা ঈহয়া

ইথক ভরংনরবা

মালং য়াংমা খুভম্বা

ভেংবান-মপু মরুও

ভাইবং মুংঙোল অরুবা

মিহৌবনিকো কাউগনু।

অপাম-পামদ-নাইত্রনু

থরায় কৎনা লৈরাংবা

লৌবিবনিকো নীংশিংভু।

য়াইফৌ চেক্লা য়াইফবা,

কাক্কী-কোনগী চেক-মুংশি

## অশৈবা অমা

অশৈবা অমা

পুদে মাদি লুগী ভোংগী হকচাং,

কোয়রি ঐগা পুন্সিগী লমশাং।

লোয়িন্নি হায়সি
নত্তে ঐদি নিংথৌন্নু
নিংথৌ সনা লিকথাওন্নু
মরুপ্নি, হায়সি
কোলোয়নদে কদৌহুং,
পাউমেন্নদে করিহুং ;

নত্তে কৌবা খল্লসি
থাওমদে মিকুপ'মা,
তৎনওমদে শর্ষ্ফে'মা,
অহুনিদা অদানি
খওদে করি অমত্তা,
হংনরুদে নোংমত্তা ;
খওভি মাগী হায়ববু অশৈবনি সিমত্তং—
শকই ইশৈ পোত্থাদে, লেপ্তে মিকুপ অমত্তং।

ইশৈদা শকই,
মাদি ইশৈদা শকই—
হরাউবগী শৈরোল, কয়া কয়ানি,
শৈথাংনা অমুক, কয়া কয়ানি ;
মুংঙাইবগী শৈশক, কয়া কয়ানি,
শৈহেক্ল অমুক, কয়া কয়ানি ;
অন্নাবগী শৈওং, কয়া কয়ানি,
শৈদানা অমুক, কয়া কয়ানি।

মুংশি মাগী শৈশক, ফজে মাগী শৈহেক—
তাবদা মুল্লি, মুল্লি হেক্ত তাবদা।
খওবদা রাগ রাগিণী মপা লৈতে কনা'মা,
তালগী লয়গী মরমদা লৈতে কনা মপা'মা।

নত্তে নত্তে লাক্লেনে,
য়াপু অমা শোয়রেনে—
রাগ মাগী শায়োন্নি, লাংঙোন্নিদো রাগিণী,
তাল মাগী খোঙবুনি, লয় মাগী খোঙলৈনি।

তমেংলবা ইমুংগী চেক্লাখোন্দি লোরবা
ইচেমবা লাইজগী লাইজখোন্দি মিরবা,
নোংজা কোইবা কনাগী বাঁশীখোন্দি মেংঙবা,
য়ৌবা নত্তে কদৌনুং,
ফংবা নত্তে করিনুং—
অচুক তমজবদনি—অকানবনি অকানবা।
মুংশি মাগী শৈশক, ফজে মাগী শৈহেক—
তাবদা মুন্নি, মুন্নি হেক্ত তাবদা।

জগোয় হৈতে হায়নৈ ঐবু,
শাবা লৈতে নোংমতবু—
অরানবনি অরানবা,
অরানবনি অরানবা—
পেনা লুদি থাদা থোং
চৈজিং য়েৎনা খিংন চিং
ওয়না তন্না খোম্থাং হাপ
অশৈ মাগী শৈশক তা
চোংঙুই জগোই হেক্ত পা।

শারক্লে জগোই কয়া কয়া পুস্বিনুং—
পলেম কৈরা তাঙ্খীন লাং
খোম্নাং খোমজীন চরৈ হাং
ওয়না খোমজিন মৈনা নৈ

য়েৎন কিদোন চিংনা চিং
শারক্লে জগোয় কয়া নাউরা ওইবা মঙলামুং।

শীঙেম্নিবু হায়সিরা,
লৈরাংনিবু কৌশিরা।
মুংশি চেংলৌ মাঙদা থা ইশানৌগী পাম্মুবা,
শারক্লে জগোই কয়া থংলেল ওইবা পুন্সিমুং—
করি নোংদা নোক্না নোক
করি নোংদা কপ্না কপ
শারক্লে জগোয় খোঙকম কয়া পুন্সিমুং।

মুংশি পুক্নৈ চেংলৌশিং— থরায়নবা হংগী লাই,
শানৌ মুংশি মখুদোল— থম্মোই শিবা হংগী লাই,
শমু মাঙদা থানা থা
শারক্লে জগোয় কয়া পম্লৌ ওইবা পুন্সিমুং—
করি নোংদা মোমোন নোক
করি নোংদা পিরাং চেল
শারক্লে জগোয় কয়া পুন্সিমুং।

লেপ্তে মিকুপ'মত্ত—
শকই ইশৈ মহারু
চোংখি জগোয় ঐহারু।
কায়দে স্নুর মাগী 'মুরু,
শোয়দে খোঙথাং ঐগী 'মত্ত;
হোদে তান্সু মাগী খিত্ত,
নৌদে খুথেক ঐগী 'মত্ত।
শৈইন শাবা জগোয়মি, করি করম হায়সিবা।
জগোয় ইম্ন শকপনি, করি করম থন্সিবা।

শকই ইশৈ মহাক্ন — ইশৈদা পঙশক্তা শকই ;
চোংঙি জগোই ঐহাক্ন—জগোইদা পঙশাদা মশাই।
মিংশুক্নদে কদৌম্নুং,
থাজিক্নদে করিম্নুং—
শারক্লে জগোই কয়া কয়া পুন্সিম্নুং।

শীংঙেল লৈরাং শাগৈনা লৈরাং লৈশাৎ তম্না তম
লৈরাং লৈকেম্নজবা উরবনি কয়া ঐ ;
তাউজিং হৈরাং পূম্বনা হৈরাং হৈমুন্ তম্না তম
হৈরাং হৈকেম্নজবা খঙঙবনি কয়া ঐ ;
তূম্মা পাইবা চেক্লাশিং য়াংদৌ শমজি তম্না থাই
পোম্বী থাশেৎনজৈঙে মথম্মোইদি কায়না কায়
তেংথা নাওইনজবা তারবনি কয়া ঐ ;
খল্লুদেদো নোংমত্ত য়ানি নোংম ইশরুক
মিৎলু্ ঙরং ঈয়া হৌ লুরেল ইকোক তম্না লুক
কাঙাওনবা জগোয়দা লূপখিবনা ইথয়ায় ;
অশৈ মাগী শৈশক্ত শুমখিবনা ইথম্মোই।

লৌরক্লে শৈরোই ঙসিদি অশৈবা—
য়াচঙঙে য়েংঙু কোরৌ অঙানবা,
য়েংনরে কায়দোং শাগন্তফাংব,
খোংঙক্লে হারি খম্মিন শৈরাংব,
য়াচঙঙো নঙস্থ পারি নহাবা
কৌরক্লে নঙবু পলেম নমানা,
যুগ খুদিং পলেম চান্ম শায়োনবী,
কংলৈ থোঙজিন য়ৈনা নাওরোই খোম্লাংবী।
তূমথুল্লুরো হৌজিক্তি পারি নঙবু নহাবা,
পলেম ফৈরা তাঞ্জীল লাং ;

শায়ে ওক্লে জগোই ঐপা ফনা য়াম,
শক্লে ঐস্নু ইশৈ নঙ্গী ফনা শাং,
পোত্থারুরো পোত্থারো, পন্নিনিদা নহাবা,
পলেম ফৈরা তাজীল লাং।
কৌরক্লে নঙবু পলেম নমানা,
যুগ খুদিং পলেম চাম্ম শারোনবী,
কংলৈ থোঙজিল য়েনা নাওরোই খোম্লাংবী।
য়াচঙতোদঃ য়'চঙক্তো পারি নঙবু নহাবা।

করিনো জগোয় অমুক শাখিগদবা!
কাউরে খুত্থেক শমু খুৎ
কাউরে খোঙথাং শমু খোঙ,
মুংবঙনরে উনবি থম্মোই,
পিরাংনরে শম্মু মিৎ,
করিনো জগোয় অমুক শাখিগদবা!

পন্দে মাদি অশৈবা—
শকথৈ শৈরোই পরিং অতুম হ'ন্নগী মতম।
ঐদি কদায়, কদায় ঐদি—
চোংঙি জগোয় ঐস্নু অতুম হ'ন্নগী মতম
হায়সিবা করম!
চোংস্রে অমুক শৈইন ঐদি হান্নগী মতম
খন্সিবা করম!
লৈখোক লোয়বা লৈরাংন তরোই শবোই লৈকা য়াল
য়াচঙ ঈরা ঈকুজিন মতুনিদা পোন্না পোন
মালং তান্থা পুসি কদায় পুঙমদা
পুরমুসি কদায় অমুক ঙমজদা

ঈশ্বরগুম তরোই তরোই তরোইবা মহকচাং
লৈশক্লিসু তরোই তরোই,
লৈচুনিসু তরোই তরোই,
লৈখোক্লিসু তরোই তরোই—
হৌজিক ঐগীদি
তরোইবা জগোই, তরোইবা জগোই।
পিরোয়নবা তরোইবা জগোই;
খুংবগুনবা তরোইবা জগোই।

কদায় মাদি অশৈবা।
শকথৈ পন্দ শৈরোই অচুম হায়গী মতম—
অশৈবনি মহাক্তি—
ইশৈদনি মাগীদি
নৌরে ঐগী জগোয়না কায়দে করি মাগী কা।
শারে জগোই ঐহাক্ত মাদি অচুম শকপনি,
লেপ্লে জগোই ঐগীনা মাদি অচুম খোংবনি।
শৈরোই পেনা থাদা খোং কেল্লপ্লিনা লৈদা চিং
শৈরোই চৈজিং কাইদা চিং শৈরোই শরিক মিনা খিং
শক্লি শৈরোই হিক্লা হিক থম্মোইনিদা খোন্না খোন—
থবিমা তন্না মমি শাম থবানা মকা তন্না লাম
ওক্লি থরান শাগৈনা পরেং পরেং মৈরানিদা চম।
চঙঙে থোগল কৌজেং হারৌ খিবিক্ত পেনা লাং,
য়াচঙঙে, নঙসু য়াচঙঙো, শান্নরে পারি কনা শাং
পোংথাক্তরো নহাবা পলেম কৈরা তাজৈন্নিদা লাং—
মুপ্লি মদোম ইশৈদা
মুপ্লি মদোম শৈরোইদা।
অশৈবনি মহাক্তি,
ইশৈদনি মাগীদি—।
শকই ইশৈ পোথাদে, লেপ্তে মিকুপ অমত্তং।

অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহ

# ইরৈপাক

ইরৈপাক ইরৈপাক উজদ্রি নঙগুম্বা।
নঙগুম্ম মুংশিবা পুক্নীংগী পেম্নবা॥

নোংপোক্কী কোরৌ খেংঙথাফম ভারতকী শর্মজ লংদাইকম
প্রকৃতি ইমাগী মুংঙাইবা শাম্নফম।
চাক্নবা থম্মোইগী অরাবা কোক্নফম॥

কুংন পানবা মহৈ মরোং চুম্না শাংপা ফৌগী চরোং
মিৎয়েংগী লম্বীদা অহৈংবা পিনবী।
নচাগী রাত্তনা চেংজেন্দ হুল্লিবী॥

কুঞ্জ কুঞ্জ খুদি মক্তা চীয়া তমযা পুম্নমক্ত
পোম্বীনা চৎলানা নগুমদো শকচরি।
শান্তুগী অচিৎপা ঈরাদি শিন্থরি।

পুৎচেন তপ্নবী নঙগুম্বী নপংবী লুনা তোজবী
শামানবী নত্তাবোই কনাদি লৈবগে।
নঙগুম্বী ইমাবু কদায়দা য়াওবগে॥

অকনবা ময়াম পোৎচবী অথৌবা ময়াম য়োকচবী
বীরেন্দ্র টিকেন্দ্র নাংশারেন নপারী।
ভারতকী পূয়াদ মমিংদো শোম্নরি॥

চিংথংলেন নিংথৌ অথোইবা ভক্ত লৈরাংলেন লূহেনবা
সনাগী মুবতি জয়সিং নিংথৌরেল।
মাতৃগী থৌদাংদা থোজংবা থৌবুরেন।

ব্রিটিশ লমথাই পম্লেংদা নিপা থোক্লনা লাম্হোংদা

মিংচৎকী শিদউ থারম্বা নোংশা'নি।
গম্ভীর নরসিং লাইপোক্কী মচা'নি॥

লৈপাক্কী রায়েল লাংলোন্দা    য়েক্কবা-য়ৈথাই লাল্লোংদা
প্রজাগী পেন্নবা থৌরমদা লাইরোইবা।
ঈশ্বর কোল্লোয়না কোরৌগুম ঙানথিবা॥

মিংবু ফানগে চন্দ্রকীর্ত্তি    নিংথৌশিং কোকথক কীরিত্তি
বৃটিশ সম্মানবু লৌশিংনা লৌখিদো।
অরাংগী থরানগুম মাংদনা ঙাল্লিদো।।

অসুম্বা নচা পোক্কুনা    নমান্ন' মাংজিং থাদুনা
অয়ুক্কী শজিকুম মোমোন্দি নোক্লম্বী।
শক্লেনগী মিরেম্না 'তিল্লাদ তারম্বী॥

কম্ববা মীচা কনানা    কল্লকপা মৈমা চুম্থনা
তাথিরা হায়ত্তুনা ইমাবু চেম্বরে।
ইমাগী ফিনাদা অমোৎপা তৈররে॥

নৌনা হৌরকপা নচাশিং    ইমাগী থৌদাং কাউবশিং
অসুম্বা ইমাগী মিংথৌবা লৈরিবা।
কোকহনগে নীংদবা কয়াদা পণ্ডলিবা॥

মপারী নোংশা থিবিক্তি    চণ্ডখরে কালগী থায়াত্তি
মচুগী দমক্তা তেংথারি ইমানা।
থন্দরে মাত্বু লৈহৌবা নচানা॥

মৈতৈ মিংলেন্দি কৌরগা    মাতৃ থৌরাংদি কাউরগা
নাপনগী ঈরাংন ফিজোন্দ তৈরিবা।
নরক্কী লৈখোম্না লাইবক্তা থিল্লিবা॥

পণ্ডলব নচা মম্নামসে    লৌশিং শোইনাইবা পুম্বসে
লাকখিনি অমুক্তা ইমাগী তম্বাক্তা।
তোখিনি থৌদাংদা ইমাগী দমক্তা॥

ঈশ্বর পোকপী পলেম-ও নরসিং য়োকপী দেবী-ও
মিত্তগী ঈরাদো অমুক্তং তৈথোকখো।
থায়নগী মীনোক্কো অমুক্ত নোকপিখো॥

# নহাকপু কদায়দনো ?

( ১ )

বসন্তগী অহিংদা
লুপা মহীনা লাক্‌পগুম্ লংলবা থাবন্দা
খাদগী লাক্‌পা মুংশিৎনা লিরিনা ছুম্বদা
তাইবংমীরাউখোন তাক্রবা চিক্লবা মতমম্‌দা
মহৌশাগী শৈশক নঙগী নগুণ থারক্‌পা,
নহাক্‌পু কদায়দনো ?

( ২ )

ওলাংথাগী অয়ুক্তা
মালেম্-লাইজ ঈপোম্না অহিং চুপ্পা চাম্‌থিবা
লৈনাশয়োম্ মরক্তা লোম্ন' কিনা লোৎলিবা
মালংইহুন্ ফংবদা তনিক্ তনিক্ হাইরিবা
পোমশাৎনবা লৈরাংনা নঙবু য়েংনা নোক্লক্‌পা
নহাকপু কদায়দনো ?

( ৩ )

নোংজুথাগী মুংথিন্দা
অতিয়ামকোই থম্না কুংনা শুক্লা পায়ত্তুনা
তরং মালং কুপথিবা নোংদোন্ লাইজ মপৈনা

মালেম্ অসি ভম্ভুনা খেক্লা ঙংনা চুহুনা
নঙগী য়াথং পুহুনা পাপ্কী মপৈ চাম্থোকপা
নহাক্পু কদায়দনো ?

( ৪ )

শরৎকী মুংদাংয়াইদা
নোংচুপ্ চিংয়াপথৈ্ধদা পক্পা কোয়ৌহনবনা
হায়রপ্ ঙাঙনা চাইরক্পা লৈচিন্ফিঙৌপরেংনা
ময়ম্পমচু শংলক্পা শংবায়বা লৌবুক্লা
নঙবু খিব চৎপদা খোংকাপ শফু কল্লক্পা
নহাক্পু কদায়দনো ?

( ৫ )

নিংথম্থাগী সন্ধ্যাদা
কুম্গী উন্থৈ ফংবনা উনায়বা অপূম্বা
মালংইথাই নংহুন মথৈ ফংনা কংলবা
উপাল্লাপাল্ খিংক্ল কায়ন মৈশা লাংলবা
নঙগী মাইকৈ য়েহুনা প্রেমগী ধারা শিন্থক্পা
নহাক্পু কদায়দনো ?

## স্মৃতি

য়ারবা পুক্নিংসিনা মুনা মুনা য়েংলম্মী
মতম কৌবা ঊপাকী নুংনা কোয়বা খোঙবান্দা
শীক্লা শীক্লা হক্লিবা ময়েকলাবা ময়িদা
মশক্ খঙগে ভান্দুনা মুনা মুনা য়েংলম্মী।

চেল্লি ভংপা নাইদনা ঈপোম্ চাউনা ঈচেম্মা
কম্মা কম্মা ঽয়েরম্মী নুংপাকশিংনা ঽলেবদো,
লাক্লৈ হোৎনৈ মুথংকে ময়েকশিংনা ভাবদো,
শুকমুং মুৎলু য়ারমদে হেল্লি থোইনা লংবনা
হুম্মুক্কুং য়েংন্থনা ময়েকতুনা লাউরকখি
খোঙ্গেন্দুনা হৌবনা ঈরাউখোনবু নক্কংখি
''মীগুইপোক্কী লাইশিংগী অক'থোগী মণিনে
মাঙকত্রবা ফম্বান্দা খিল্লম্বা উরোংনে।
বিশ্ব ভাইবংপানবনা কপ্পা কপ্পা লোইখিনি।
নুংদা ইবা ঐখোয়না নোক্কা নোক্কা ঽলেহৌনি।

শ্রীরাজকুমার শীতলজিৎ সিংহ

# লীলা

নঙনা য়ৈরকপা পুংয়ৈ নঙনা থারকপা তাল,
ঐনা থরায়না তাবা পুংয়ৈ—তাগনি ;
নিনিগী পুক্সিদা অপান্বা মশক্ থায়রদে,
নঙগীতবু নীংবা থুংবলবদি—ঐনা নীংজবা অথুবনি ।
খোঙথাং থুদিং নতুং ইগ্গে,
শকচগে শোঙগে নঙগী কোলোয় ।
য়েক্লবা লিশিং লাক্সমু,
নঙতবু লৈরবদি করিস্ত তৌরোই ।
অয়াবা কোঙ্গাই লাকসনু,
থেংনগে শক্তি পিনবিউ ।
নঙ থক্ লাকপিনু কম্বিবা,
ননাই মতিক্ চাই হায়হম্বিউ,
কায়নবা লিশিং থায়নবা লক্ষা লাক্সনু,
মতুগীদমক্ পি-তাদবা শেম্নবিউ ।
মতুগীদি কপ্লোই নোক্তমক্ নোক্চগে,
ঐগীত ওইহন্নিবা নঙবু ফজ্রগা কপচগে ।

# কিক্লন্থু

কিক্লম্থু,

করিগী কিহ্না চেল্লিবা
নগাদো নচাম্থ নম্বনা
স্থুগীদো নঙগীস্থ নম্বনা,
কনানা ঈপানো,
কনানা ইমানো,
ব্রহ্মানা কল্পরূপা মপোক্‌
নঙগী নম্বরা ?

# প্রেম হাপ্পা

ইবুংঙো,

প্রেম নিঙ্গিবরা,
পিদনা য়াবরা।
লেঙঙকুউ তাইনং মীয়ম ওইনা
পিজনি হাপচনি ভিক্ষা শোয়দনা।
প্রেম্‌ নিথোক্‌ নিংশন্‌ তৌনসি
রাধা মপোক্‌ মচৈ য়াল্‌হন্সি।

# রাধা পুক্নিং হুনবা

রাধা পুক্নিং হুনবা

      খোংবা বাঁশী সুরদা

ঐগী বাঁশী অসিনা

      থাজনবা পোক্লেদা

হুশি মথেক চংশ্নি

      পাংথনরবা ঐহাক

ঙম্মোইদৌরম্লেনে

      হম্মিযুনে নহাক্না

নন্দগী মচা কৃষ্ণনা

      লোংলমংলদো মথেক্কি

মানা ওজা এইদ্রদি

      তাকপিনবা লৈতেনে

মপুং ফানা কনাস্থ

      ভখিবনু ঙম্মোইনে

চঙজরগে মভোন্দা

      কংসগেনে পুন্সিসে—

লাউজরগে কম্নবু

      থৌজাম্নবা ঐহাকসে

শ্রীশঙ্গেবম নদীয়া সিংহ

# নঙতনি ইমা মালেমদা

কয়া অমা লোইশ্রে কয়া অমা লৈরি
কয়া অমা চৎখ্রি কয়া অমা লাক্লি
মিংকুপ পূংজা কোরো নোংজ —
লোইদাম পাজ কুংওপ কুমজা—
ওসি ওরাং হয়েং হংচৌৎ মশেম মরো মরোল মরোল
চেন্থখরে মরী মরী, মতমগী ঈচেল মথং মথং—
শক্লোন কয়া থৌদাক কয়া তাউথপরে লৈনা লৈনা
পুন্সি পনবাল লান্দুনা অকাউবগী ঈথক ঈরৈনা
মম্না মহাবিদ্যারগী হোম্নাইদ্রবা লোক্তুদা।
কদাই উজ্জয়িনীগী হৈকোল লৈকোল
কদাই বিক্রমাদিত্যগী রাজ সিংহাসন
কদাই যক্ষ প্রজাপতিগী অলকাপুর কুবেরগী কোন্নুং। সনা লনগৈ লুপা
লনগৈ।

সনাগী লৈহাউ সনাগী থম্বাল সনাগী থয়ো থারীকথা?
কদাই কংসগী কারাগার কুবলয়াপীর চান্নুর মুষ্টিক?
কদাই রাবণ লঙ্কেশ্বর লাইয়াম লোইনা লাকওম্বা
কদাই নন্দগ্রাম কদাই যাবটগ্রাম বংশীবট কদম তলা।
শ্রীদাম সুদাম বসুদাম রাখালবেশ নটবর বেশ…?
কদাই কপিলগী অভিশাপ কদায় সোমী দূর্ব্বাসা।
জ্ঞান যোগী ধর্ম্মযোগী কর্ম্মযোগী সন্ন্যাসী।

কদাই ভীষ্ম কর্ণ দ্রোণ ভীম অর্জুন সাত্যকি ?
অতিরথী বীররথী মহারথী সারথী ?
অথোৎ অনৌ অকপ অথৌ অক মুণ্ডাই অস্তোনবা
মালেমদগী তাম্ন'শতাম্না তথাং তশোই তাউথরে !
করম্বা মতীক ময়ায়না থিংবা ওমগনি কনানা ?
থম্মোই লাইয়ুমদা তত্তনা মমি তাহৌবা !
মুংশি মুংওস মুংওননা নীংশিংবতনি লৈহৌবা
খণ্ডপ্রলয় য়াউরক্রবী মহাপ্রলয় নংলক্রবী
যুগ যুগ কয়া শতাব্দী কযা ধ্যান ব্রত কৎলক্রবী
বেদ ঋচা তপস্যা স্তোত্র মন্ত্র লোয়নবা
হোম জপ যাগ যজ্ঞ পূর্ণাহুতি পীরক্রবী !
অশ্ব মেধ গো-মেধ নর মেধ যজ্ঞ নংলক্রবী !
রাজসূয়যজ্ঞ কয়াগী মঙ্গল অভিযেক তৌরক্রবী
সতী-দাহ যজ্ঞ কত্তুনা সতীগী সম্মান ওাকথরবী !
হে পুর্ণ্য চেল্লবী ইমা ইবেম্মা ভারত।—
নওদি লেওদনা লৈহৌরি চেংলো শককম হোদরি—
বসন্ত শরৎনা লুচিংবা ঋতু তরুক্না লৌগল্লি
মচু মমেন ময়াম্না মমুং মপাল লৈতেংলি
সুর ছন্দগী ঈপোম্না থম্মোইয়ৌনা সৈনিললি
কায়ত্রি নওগী কাব্যগী লৈকোল
তেকত্রি নওগী সংস্কৃতিগী হৈকোল
সখ্য দাস্য বাৎসল্য অদ্ভুত করুণ ভয়ানক
শান্ত হাস্য রৌদ্র বীর মধুর শৃঙ্গার-রসনা
চোল্লবা হৈরাও লৈরাং ওাক শাৎলি পাল্লি চরোং চরোং
তদেক তদেক তনৌনা !
সঙ্গীত-কলা নৃত্যকলা শিল্প-কলা কয়ানা
ভারত নওগী থম্মোই থম্বাল লৈহৌ লৈনম লাংজবনা

মালেম মৈশা লাংনা-লাংনা মাৱখোং মকা লামজরি।
স্বার্থ ত্যাগকী নীংশিং খুদোল মালেম থুংনা য়েন্নুনা
সত্য শান্তি ভক্তি মুক্তি প্রেমবু পীনবীরিবী!
নঙগী খোঙ্গাল ঈচেলনি গয়া গঙ্গা যমুনা
গোদাবরী ত্রিবেণী ঈরাবতী কাবেরী—
তীর্থ লৌশীং লৌশীনা নপাউ তম্না তাইবংদা
নতীক নয়ায় তু শিল্প ভরত মহাসাগরদা
অহিংসা সত্য প্রেমগী লাইজ ইরাং হৌহনা
অহিং মুংথিল অমীদ নিল্ল নঙগী পাউনিলখোল!
সাগর বংশ লান্নবা স্বর্গদগী লোকবা
মন্দাকিনী গঙ্গাবু মর্ত্যলোকতা চেপহনবা
পাতাল তান্না পুডস্থা পূণ্য চলনা ভগীরথ
ভারত নঙগী নচানি ভগীরথীনা সাক্ষীনী
ভক্ত সাধু সন্ন্যাসী যোগী ঋষি মুনিগী
মতীক চাবী মমানি মরোল অহুমগী মহুংদা।
যা চন্দনবু তরু তরুগ মনমত মুংশিনা লেনবগুম
নীংশীং নীশীংলুরগা নগুণনা নংগী নক্ষৎলে
জগৎনা পূজা তৌনরিবা ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর
রাম কৃষ্ণ নারদ ভরত নঙগী নচানি—
দুর্গা লক্ষ্মী সরস্বতী সীতা শব্যা সাবিত্রী
কুন্তী সতী গান্ধারী ইমা নঙগী নমোম্মী
ভাগবত গীতা উপনিষদ বেদ শাস্ত্র বেদান্ত
কাব্য কলা সাহিত্য পশেমগী পুক্রং পাউরোলনী।
সমাজ লৌশী লৌশীংগী ধর্ম লাণীং লৌণীবু
সত্য প্রেমগী লৌচিংনা চেংইহন্দনা চিংলিবী।
অরানবা কয়া মাঙখিনি লোনম কোঙ্গায় লোইখিনি
মীনম শোরি মুৎখিনি

কল্লক মিহৌ য়েক্লবা হাৎনা পিল্লা খৎনবা
মরু ফংনা মাঙখিনি
লৈহৌগনি লেঙদনা অচুম্বদি শোয়দনা
তক তনান তশোংনা তরং তরং তাংহৌনি
মসিনি ইমাগী অহৌবা মসিনি ইমাগী অরোইবা
পাম্দফম পলেপফম পম্থুংফম।
নঙগী নতৌক নগুণবু করম্না শোংথাবা ঙমগনি
তেল্লবা তাইবং পুম্নিগী তাংহৌরবা কাচিন্দা
পীক্লবা পুক্লিংদবুদি নৌংশোং নৌংশোং ফুংগৈগে।
বাল্মীকী কালিদাস জয়দেব চণ্ডীদাস
তুলসী খোনা লীলাবতী ভব-ভূতি বেদ ব্যাস
নচা অমাবা কবিশিংনা ফুংশি কোলেয় নপাউখোল
থম্মোই থম্বাল লৈকা হাইদোক হাইদোক থিজনা
পুন্সি পৌরোল পম্লুং পনবাল হানা হাংনা লেংজবা
লোমাইদনা লৈরম্লে লোইরমদনা লোমখরে!
রাহৈ অকুম অসিদি ময়েক্লানা য়েক্লম্লে
"সত্যম্ শিবম্ সুন্দরম্"
কল্লক য়েংথৌ ঈপাক ঈয়ায়দা চন্নাহিরেল হোল্লিবী।
লাংলবা মালেম মীয়াম মরক্তা শান্তিগী হীরী কোল্লিবী।
নপাল্লি নমোম কয়া কয়াগী বলিদানগী ঈখেং ঈয়ায়দা
ফুগায়ননা শাৎলিবী মায়থোং থম্বাল লকাগী
ফুংশি লৈনম লাংলকপা মালেম শীননা থুংখরে!
মালেম মীয়াম মপৈগী পায়মা পুক্নীং খোইমুনা
ভারত থম্মোই থম্বাল লৈহী সত্য শান্তিগী রসবু
চুম্নগী ঈথৌ লাংবনা খোয়রাঙননা পাইনরি
অথাঙকনবী লাম্দবী পুক্নিং চাকচা ফজবী
অচাল মীরায় নাইদবী খোয়খা লিনখা থাদবী

পুকচেল খোয়জেল চঙখোনবা মমুং মপা'ন নাইদবী
যুগকী ধর্ম্ম ভাকপদি ইমা নঙতনি মালেমদা।

# থিবা

ওলাং থাগী লৈরাংনা
নোক্লা নোক্লা য়েংলিবা
নিংথমথাগী লীক্লানা — কপ্পা কপ্পা থিরিবা
মালং মপাক্ত ফংবদা — মুক্কম মুক্কম শোন্দুনা
বসন্তগী উন'না — লৈরে-লৈরে ভাঙনবা,
কদাইদা লৈ নহাকপু ?

ঈঙা থাগী মোংলেম্না
খো'না লাওনা কৌবদা
লাংবন থাগী মুংশানা — থমোই চাক্লা হুংবদা,
মেরা থাগী থাবলনা — অচিকপদা থিবদা,
চীজোয় নপাল ভমদবা — চেংলৌ নশক উত্তবা,
কদাইদা লৈ নহাকপু ?

লোইবী চীংমুং মামুংদা,
ভমগী উমং রামংদা,
কোকিল, পিথাদোইনা — ভাম্না কৌবী চেক্লানা,
অ'হুং মুংথিল নাইদনা — ভাম্না ভাম্না কৌরিবা,
হীকহৈরবা খোঞ্জেম্না — মেঙ্না মেঙ্না শোল্লিবা,
কদাইদা লৈ নহাকপু ?

লোইবী চীদোল লোকচপ্তা
পোকপা ঈঙো ঙুরেন্না,
তম্পাক ওম্না লাক্লগা — লাইজ ঈরোং কাংহুমা
থারম পাংনা চেন্দুনা — কপ্না লাউনা তানবনা,
থাম্মী ওমথৈ পম্বেংদা — লমদম অমা তোপ-তোপ্পা
লৈরবনে — নহাক্কী ?

পূকচেল তপ্পী মালেমগা,
ফিশং শেৎপী পলেমগা,
তাওজ্জী হৈরাঙ্ কোকথোংবা— শীঙেল লৈরাং লৈয়োম্না,
লোম্বোক্কবা নোংমদোন্দা — ফোঙ্দোক্কনা য়েংহুনা,
তাওজ্জীং হৈরাঙ্ কৎচবা — লৈরাং লৈহুন ওমজবা
লৈবরনে অতিঙাদা ?

নোংঙ'ম্লমদাই শজ্জীক্লা
কোরৌ ঙাইনা মাঙ্খিবা,
ঙুমিদাংবাইগী থবানা — থাজতম্না পাউদম্বা,
লৈচিল নোংফাই মপৈনা — মালং হকথেংনবদা
লৈমায় থক্কো চোইজ্জাইনা — লীক্লাগী পিরাং শিন্থবা ;
কনামশুং লাংগীনো ?

ঙুমিদাং থাজ থানিলনা
থরো লৈশাং ওম্মনবা,
ঙুংথিল কোরৌ হনবনা — ইম্বাল লৈকা ফলহনবা,
লৈরাং মাগী লৈরীক্লং — শীঙেল মাগী লৈয়োম্লং
লৈরাং' লৈহী তুংফমদা — লৈনম লৈনিল লাংকমদা
লৈবরনে নহাকপু ?

শীল্লবা নম্ন পুক্লিদা
নওবু চাওয়েং য়েংবদা,
তাইবং পুবা মালেম্না — লৈন লৈন কোয়বদা
তরঙ্ মালঙ মকোয়দা — মচুগী ঈথ্রক ঈপোমদা,
য়াল্লা ঈনিল পুন্দুনা — কোকোয় নপাউ ভংলিবা
কদোমদনো নহাকপু ?

থরনস্থ হায়নবি —
অরাপ্পদা লৈবনি,
কয়ানস্থ শোন্নরি — অনকপদা লোৎপবি ;
নহাক্কীবু লৈকমদি — শওই ঐহাক্তি লোম্না।
তরক্লবা চে লোঁদো — তত্তিক তনিক ভানবদো
উরি ঐদি হৌজিকস্থ !

অরা অনং শিনিক্কী
ঈরীক্লুংদা হুমাংগী,
তশেংলবা নহাক্কী — তথক্লবা কুচু লৈ।
মিংলু নাপোম অনীগী — ঈরোম্নুংদা পিরাগী
উঙমথ্রবা নহাক্কী — উনীঙ্লনা নন্তাল লৈ
উরি ঐদি হৌজিকস্থ —

চাক্লিবশিংগী মচিন্দগী
থোরক্লিবা ঈশৈদো
নীঙ্বা কায়রনা কনাগী — মুংশি মুংওল মপাওদো।
কান্ননা মৈশা লাংবগী — অহীক্লবা খোঞ্জেলদো।
অরা পোৎলুম্নবগী — অতোইনবা খোম্থোক্কো।
নপাউ খোম্নী নহাক্কী।

ঈথক পম্বেং কনবনা —
শমুগী কায়াৎ কায়রবা,
পঙ্কিরমদাই য়োৎহনা — অয়ো পান্দম লাক্লবা,
নমু ভাইবত্ত মীওইগী -- চৌক্লবা থমোই' উমংগী
পায়মা পুম্লিং লৈকোন্দা— চৌক্ল শাবা লাইশঙদা
শোয়বজ্রবা নহাকা
লেঙকজ্রবা লৈবপ্নি । —
খঙলোইদবোই নীঙবরা ?

শ্রীখুমন্থেম গৌরকিশোর সিংহ

# কৈদনো পন্থৌ

কৈদনো পন্থৌ অপোকপা নপারী নমোম শেৎলম্ববো ?
ঙসি নংগী কাইনা মৈশা লাংবদা মপী কাইনরবা যম্লাউগুম্
নৌনা হৌরক্লবা মৈতৈপারী চম্নুশিংনা খুদাং পিকম তৈরি,
হিক্লা হিক্লা কপখিবনা থমোই লাইয়ুম কায়নরি।

কল্পতরুগুম মৈতৈ পোইরৈ লমদময়াইদা লেপ্পুনা
লম্মুক্লরবা নচাশিংগী লম্বী তাকপিরম্বা,
আঃ পন্থৌ খোদাং লোইরে খনবরা,
খুচ্ছম নংগী চারশিং শিন্নরম্বগে কনাদা ?

মরিকচুম্বা হৈপাল উপালনা লৈমাই লৈশি লৈখোনবগুম
লুকক্লবা নংগী তাংজ মাইখোংনা লৈতেংলম্বা
মৈতৈ সাহিত্য লৈকোনগী লৈরাংনা খুজোক কাজরি
অপোকপা নঙদি উরিনি, লৌবিউগব অঞ্জলি।

নঙ নত্রনে অপোকপা নোংমা অয়ুক য়েন্দা অঙনবদা
খোর্জে লাঙ্গোল পায়রুনা, রাখল কাওরেন মাংদা থা
উবিত্রবা মৈতৈ সাহিত্য লৌকম লৌফাৎ লৌ-নিল্লম্ব'দো।
হায়য়ুগবা শিন্নরম্মি কনাদা মৈতৈগী লৌরি য়ুম্ফমদো ?

"থাইনগী লৈরাং" চায়োকলৈ মল্ল মল্ল লৈনুংশি নাপ্প খুদিং থেৎপিখিবা,

"মধুমালতী" মুংশি লৈপুম্ন' মৈতৈ থমোইবু পুনথিবা,
'কিদম' ফিজিমুংদা য়োমম্না ছ'ত্রশিংবু য়োকপিখিবা
হায়য়ুগবা পম্মো অপোকপা, করম্নবু লমন শিংশিবা ?

কুমশিদি পাকচাউরবা মৈতৈ সাহিত্য লৌকমগী কুমগাংদবা
লৌরাংসিমম্নু শিংলেংদা, য়েংউদো মৈতৈ পারীচম্নুশিংনা
চরাম চদৎননা. মশম মনা কানা, মমাই মাইথোং লাংশিন্না
লৌরি লৌরিদা চত্তনা, পম্মো নঙগী খুনাম তাত্রা য়েংত্তিনা।

কপ্লিভেদা অমুক মাকপ মপুং কাহল্লসি মতাগুম
তেংথারিভৈদা তেংথাগুরম শুহল্লসি শরিনগুম
মহৈ লৌশিংগী বক্তি অমা মুংগ্রে হায়না সেবকশিংনা,
নাওরাগী শোক্লবা স্নরনা হৌনা হৌনা কপ্লিনা।

আঃ হরি হয়া মিথৈরেন চুম্নচুমক শোন্নুনা,
প্রেমগী লৈরাং খুজোক পিরোইনা কৎপগে ?
পিহৌরি করি "লৈত্রে নচা চাউবা, কপ্প ইমা য়াইথিবী"?
খংদবরা, তেংথারোল খোঞ্জেন তাবদা থম্মোই ফিবুক কাইনরেনা।

নঙ্গে, চুম্নি, কপ্প — কপ্পতনা তাইবং মীগী লৈতেংনি,
মিৎলু ইরাংনা, থমোইলকা শেংনিংঙাইনি, কদাই মৈতৈ লৈমা,
পারি লক্তগী অহেনবা নচা চাউবা রত্ন ছেৎনববু করিগী কপ্পবনো ?
কপ্প তৎপা নাইদনা শিম্বরকপা ঈরানা পোইরৈ লমদম থুমহৎলু।

কদাই লাঙ্গোল লাইরেম্মা হৌজিকফাও নিংঙাইদনা লৈখোক্লি।
নঙ মত্রা ভম্মীখিবা অহুক্তৈ নচা চাউবদা মুংদম্নোন,
কদাই লম্ফেল লাইরেম্বী, নথাদগী নচা শৎখিবা করিগী
উহৌদবনো ?
খঙদবরা নপারী চাউবগী য়ারা খোঞ্জেন অমুক তাবা ফংলরোই।

নোংমন্থুদৈ লম্ফেল নাওরা কে স্বীরৈগী নাতে কাংলবদা
নমা নচানা চেজ্ঞেৎ কোয়না নাপ্প চিক্লা রারি শাখিবা
খঙঙু অমুক হুন্না লাক্লরোই, অমুক রাথুপ কাংলররোই ;
অন্থুদি কপ্পু লাইবকথিবি, মচা কাইনবী যণবীগুম মাইগৈ শিন্না
তেংথায়ো।

কদাই সেবকী তঙাংলবা চিনবান্দগী হরিনাম মিথৈ তাবদা
তিঙক তিঙক্লা, লুরুক্লনা, মুন্না মুন্না য়েংখিসি কনানো ?
মানি, ইমা নচাসি—মচাশিংগী মতুং ইল্লিবনি,
তাকপিরি জানগী পনথুংফম চৎলা চৎলগা লাপ্পনি।

চুম্মি ইমা কপকন্থু, নচাগী মীরেন হৌজিককাও লৈরি,
তাকপিউগবা নচানা করি রাকন্থু চিথহৌবনো ?
লাও মৈতৈ মচাশা, মাংদা সাহিত্য লোকম তাহুনা লৈরি,
চিংজিল মতম লাকপদা লাঙ্গোল পায়হুনা শিন্দমসি।

য়েংউ ইমা ঐখোই কপত্রে। পম্মৌ পোকপী নঙগু কপকনু,
কপকন্থু লম্ফেল লৈমা নমোম কোস্বীরৈ মঙলান কাইপনি,
নিকুঞ্জদা খোংবা বীণাগী মেজরাপ নচাশিংনা ফংজরে
পম্মৌ খুনাম তুংহন্না কোস্বীরৈ লৈরাং হৌদোকচরগে।

## ঙাইখোগবা চেক্লাও !

মপুগী অশংবা অতিয়াগী নোংদোনকোন্দা,
শজিবুগী অনৌবা নোংগী মরক্তা,
ননীং তন্না তুপ্পাং খপনা পাইরিবী,
লমদম কৈদা পাইবনো, ঙাইখোগবা চেক্লা-ও।

কোম্বীরৈদি লৈচুংশি লৈরাং শক্তমজরক্লে,
পাংকী থরো থম্বালস্থ ঋতু মায়থুম হাংদোক্লে।
সঞ্জীবনী মলয়া মুংশিংনা হুম্বদা
হৈরাং লৈরাং পুম্বা য়াকায়রকলে।

হা চেক্লা ভাইখোগবা অমুক্তস্থ পাইথরকখো,
সনা লৈবাক্কী অনৌ-অপেন অমুক্তস্থ য়েংলখো।
মতম নক্রি পম্নদ্রিবা শাবী শানৌ কয়াগী
অনৌবা চহী লাকপগী মুংশি য়ারী তারখো।

মনাপু:বা পালেমথক্তা আ চেক্লা তোংলখো,
হৈরাংনা হৈজিং ফাদ্রিকাও, লৈরাংনা লৈকা ফাদ্রকাও,
সনা লৈবাক্কী লৌবুক্কা কৌ চরোংনা চুমদ্রিকাও,
হা চেক্লা ভাইখোগবা, অমুক্তদি পাইথরকখো।

করিনো চেক্লা তাদবরা অহোইনচুম লাপথোকখি।
হায়য়ু করি নীংবা থুংদবা করিগী নপুক য়ারৌবা।
ইমা মৈতৈ লৈমগী লনগৈ শোবু হাংচুনা,
ননীং তম্মা শেৎ-চারগা ইমাগী গুণবু শকসি লাও।

নত্তে নত্তে চেক্লা! কলক-কঞ্জাও য়েংথীনবা,
য়াক্লবা মীকপ-মীরাওখোম্না তৎপা নাইজবা,
পীক্লবা সমাজ অসিদি চেক্লা নঙনা পাক্ষম থোক্তে;
পাইয়ু চেক্লা ননীং তম্মা য়াংনা পাইয়ু।

আঃ চেক্লা নঙগীদি মফম পূম্বদা য়ারেকক্কমনি,
ভাইবংপানগী মহৈমরোংনা নঙবুতা খৌরাংলিবনি।
যুগ যুগ খুদিংদা কুম্বী কালেন থায়দনা,
পাইয়ু য়াংনা চেক্লা তপ্না ইংনা পাইয়ু।

খঙলে চেক্লা নহাক্তি স্বর্গগী স্বাধীনতা কুংবীনি,
ভাইবংগী পিক্লব দেশভক্তিনা নঙবু পুনবা য়াবা নত্তে;
চৎথি চৎখিবা মকম্না নয়ুম নরূপ নপীজা ওইরি,

পলেমনা নংগী প্রকৃতিনি পম্বোনা মংগী মপুনি'

লুপানা মহী চেন্নবা মেরাগী নীংথিবা খাবক্সা,
শজিবুগী অনৌবা নোংগী মরক মরক্তা,
নত্রগা ইঙাগী কু লবা লৈচিল মরক্তা,
ঈশ্বরগী মগুণ শকখোনবনা নংগীদি ধর্মকর্মনি।

হাঃ চেন্ন' তম্মুগবা, নংদি খঙতিনি,
অমরকবি কালিদাসকী উজ্জয়িনী অযোধ্যা
নত্রগা নোচুপকী গ্রীস, রোম, অলবিয়ন
হায়যুগবা বদাইনা হেন্নি মৈতৈ সনা লৈবাকা।

চেন্না করি মতৌনো অহোইনহুম লাপথোকখি।
চুম্মি, রাংনা পাইখংলু, অপঙবা রাহং খুম্ফদে।
ঐগী মীগী নাইরগা ঐনা চোয়চাং ওন্দুনা,
তাইবংলাং থাল্লুবা, নঙোন্দদি তাশোম্মি।

অহুদি ঐহাক রাশক্কে, ঙাইখোগবা চেন্না-ও,
চেন্না নহাক্নুম্না ইনীং-ইথা তংজহুনা,
অশেবা সুংশিং মরক্তা তাইবংকোঞ্জন লাংহুনা,
জগৎ শীনবা থুংন পাইজগে নতুং ইন্দুনা

তম্বিয়ু চেন্না পুন্নরে বিশ্বপ্রেমগী মন্ত্রদো,
পুন্নগে তাইবং পুম্ববু প্রেমগী অশেংবা লংহিনা।
মালেমগী মকম খুদিংদা ইয়ুম ইশাইগোন ওইজগে,
তাইবং জীব পুম্বগা সুংশিনা রারী শাজগে।

অহুবু থম্মোয়গী রাখলসে থম্মোয়দা অহুম্মক লৈরেদো।
আঃ চেন্না নহাক্নুম্না ঐগী ইশা পাল্লমবদি
শিন্নঙদা মপু খঙদনা মখেলালিবা তাইবংসে
শান্তিগী মহামন্ত্রনা কনবা ওমদোবোই নিংঙিদো।

হেঃ সুংঙাইবা য়াইফবী, মপুগী থুংশেম চান্নবী,
নঙনা 'স্বম পাইরক্পদা মহাকবি মিলটনগী

স্বর্গলোকী অমৃতধারা, হোমরগী মহাকাব্যরস,
নোংপোক ঙমখৈদগী বৌদ্ধ মহামন্ত্র পুরকই।
লোক্তাক্তা অহিং অমা চেক্লা য়ারেকচরম্মু।
হেঃ তীর্থযাত্রিক মান তৌরগা পূক্নীং হয়াওনা
খম্বা থোইবী অমরগীত তারগা, পুক্নেমখো
লৈচন অমা, থানবা বিশ্ব সাহিত্য লৈকোন্দা।
বসন্ত রাসকী জগোইদা চেক্লা নঙন্না রাওরখো।
চৈশে শক্লা জগোই শানা অমুক তম্না পাইজখো।
পাকচাউরবা ভারতবর্ষ য়ৌরগা অরাংবা দর্শন পুহনা,
শৈরোন্দা শান্তি হাপ্লগা নোংচুপ পাংনা পাইজখো।
উগানি, মণি মুক্তাগী মিং থক্লবা অরাংবা দলাল,
ওকনি, পূক্নীং লাংতক্লরবা উবদা মমুংদা ময়াম,
নঙগী ইংনা থুম্নবা খেংজেলনা থিক্লম্মু, শান্তি-ঈরা,
তাকপিরম্মু মন্দোক্লবা থরানমিচাক্নুম অতিয়াদা।
ওসি নঙবু য়েংলুবদা পূক্নিংগী অমম্বা কোক্লরে।
হেঃ বিশ্ব প্রেমগী অগ্রদূত, তাইবংগী শান্তি প্রচারক,
থঙলুক্রে অমুক কুইবসি ঐদি নহাকী নপাউদো,
লাও চেক্লা পাইরকখো, তম্বীরখো, মন্ত্রদো।
চেক্লা মতুং ইঙ্গনীংবা পাইওমক্রেদকো।
পঞ্চভূতনা লৈহৌরবস্থ চঙজরিবা ঐগী আত্মাসে,
চেক্লা নঙনা পুবিয়ু; উহনবীয়ু বিশ্ব জগৎ অসে
অনৌবা নঙগী মিংথমদা তাইখোগবা চেক্লাও।

শ্রীরাকুমার ঝলজিৎ সিংহ

# অমর কবিতা।

মমাংঙৈদা অহৈঙ অমম অঙান শিন্নৈঙ
নুপীম্না খোংথি থম্মোইগী বীণা
মমিৎ তাঙবা অহল অমা
কোয়না চৎপা শৈশকপা।
চীং তুরেন লান্নবু চোরকোন পাম্বী মরক্তা
চৈঙ খুত্তা পায়দুনা
ইশৈ শকপা ফজবা মুর্ত্তি
ফজরেদা ওম্মোন্না!
থাপ্না লৈবা দৃশ্যনা
লৈচিন নোংফাই লোয়ননা
থোইনা পুক্লিং হুবগুন,
হৌ-খ্রবা নঙগী কবিতা
পুক্লিং হুরেদা ওম্মোক্লস্থ!
হৌথরে কয়া কয়া শতাব্দী
মুৎথরেনে কয়া কয়া সম্রাজ্য
নানথোকপা ঙমদ্রি মীওইবগী পুক্লিংদি
নঙগী কবিতা লাংদগী।
নানথোকলরোই ঐথোয়গী পুক্লিংসে
লৈরিবা মথৈ পুক্লিংনা;
নানথোকপস্থ পামদরে, হে শৈশকপা অথোইবা
নহাক্কী ফজবা লাংদগী।

থরগী মতম লৈরপা
অমসু লাকথি চুপা অমা
লাউরেতগী লুহপ উপ্তুনা।
অম্লম চৌংগী নাপোমদা
শাৎলিবা লৈরাং ডাফোত্তিল
চিম্নদনা কেনবদি কল্লকইদা কবিনা!
থাইনা মৈচাক থাওহনা ইরম্বা লুংশি কবিতা
মতমগী ঈপাক লান্নবু

ওসি কাওবস্ত সুংশিরি।
নিংথৌ কয়া নবাব কয়া
কয়া কয়া নিংথৌরেল
লাক্লম্মগা মুৎথরে মওদা উবা মূর্ত্তিগুম।
তৌইগুম্বহুং নহাক্কৌ কশিতা
কায়নবা শুৎনা ইরম্বা
মুৎকনি কৈদৌঙৈ নীংশিংবগী লামাইদগী?

মমাঙৈঙদা নোংমসু ইঙাগী অহানবা সুমিত্তা
কনাগুম্বা যক্ষ' অমা উজ্জয়িনী কোম্নুংগী
থা-খি মাগী মেঘদূত পুক্লিং হূরবা রাইহনা।
চৎথ্রে ওসিদি কদাইদা মালবিকাগী 'দক্ষ'
সুংশিগী মৈচাক্লা ঙাওরব।?
চৎথ্রে ওসি কদাইদা
মমিত্তা উরম্বা নোংগী মপৈ?
অহুবু মাওগনি কদাইদা
মহাক্লা থারম্বা মেঘদূত?

লৈপ্রে কপাইদা কবিতা
হৌজিকী নিন খোংবা মরক্তা ?
মমথরে অতিয়া কারখানাগী মৈথুনা
লুপথরে সহর
ট্র'ম বসকী অনিনবা মরক্তা।
মতুং ইম্না মতমগী তোরৈ
তাউথরকলি হাপ্পু মপৈ মপৈ
মতমগী ঈচেল মথক্তা।
থনপ্রে অতিয়া অমোংপা মনমনা
থনপ্রে দৃশা অমোংপা মপৈনা।
অদুবু, অমোংপা পূগ্রী মরায়দা
শাংপগুম থম্বালনা
খোইনা হেন্না পুক্লিং হূনা,
শাংলি অমর কবিতা, শিফত্রবা কবিতা
অতংপা লৈতনা মী ওইবগী পুক্লিংদা।

শ্রীএলাংবম সোনামণি সিংহ

# মাঙখিদে থমোয়দগী

হে ইমা নিঙ্গা
ঙকপ্রেদা ইমা
মায়া অসে নহাক্কী—।
মতম কুইনা মাঙখ্রবা
অমুক ফংলরোইদবা
মুঙাইবৈ শকওং অমা
উৎপিরে নঙ্না. ইমা—
"থাপ্পা লমদম অমদা
চৎলমইনে ইভোমতা,
মকমদি খঙহৌদনা
মাঙ্দা লাকই মহাক্না,
কনাগুম্বী ফজবী
মুংশিবোইবী শকহেনবী;
মাগা লোয়নরকপনা
হায়রমই পুখো হায়না।
ফজরস্থু মহাক্তো
নীংথিরস্থু মভোদো
মরম্না পামজদবা
ইল্লমদে মানা হায়বা
হায়রমইনে পুক্নীংদা—

পামদবগী মনাক্তা
চৎনীংদে কদৌমুংদা।
পামদা নাক্তা চঙৌ শরুক
পামদা কাদা লৈদৌ শরুক
মঙ্দা কির' শরুকয়া
পামৈজেনে কিছনবনা।"
রারম অসি হায়জুনা
নোংচুপ পাংনা ওন্দুনা
হল্লকই সাইকল থক্তা
তম্লহুনা মূম নাক্তা।
থনমলে সাইকল য়ুমদা
চৎলমইনে স্কুলদা
পায়জুনা লাইব্রিক শ্বরা,
চৎলমই থরা থরা
খঙ্দবা মফম'মদা
চঙ্লমই হোটেল'মদা।
খোইরুম লাইগী নোংদমদি
নিত্রা মাগী মায়াদি
অঙকপনি থনবদা;
হোটেলসিগী মনুংদা
শরুকং অমা ফজবী
পুক্নীংবু শুম্মৎলব্বী
সংসার মিথৈত্ত মাঙ্গ্রবী
মতম ফুইনা লোৎপ্রবী
ঐগী পুক্নীং লমজীংবী
মূর্ত্তিদো কাউওমদবী
মাগী'মাওগা লোয়মনা

হয়াও য়ারী শাহ্না
লৈয়মইনে মুঙাইনা ;
ভুজুংলমই হয়াওবত্তনা
মাগী মশক উবদা ;
থল্লমইনে পুক্নীংদা
মুংনী'কাই' মুঙাইবনা।
লৈরমইনে ভুমিন্না
খোক্লমদেনে রাঙাওবা ;
নংলমজ্রে কুইমা লেপ্পা
ঐপী ইত্তৌ উত্থনা
কৌরকইনে মুংশিনা —
"হাদা তামো মুংশিবা
মনুংদা চঙলকখিবা
লৈরমলিবনি কিহ্না
হনমিন্নসি লোয়ননা।"
মাগী পুক্নীং খৌগৎপা
তাবদা রা সিগুম্বা
ভুজুংলে হয়াওবনা
কংগুমলে স্বর্গ থুৎনা।
ওক্ল' মুংশি মায়ানি
ময়োলমু খোক্তবনি
অরা মুঙাই পুনবনি
মাদি মমিৎ তাঙবনি।
কোংদোক্তবা 'রাবদি
তাইবঙ থাঙওমদবনি
মুংশি রাঙাঙ থুদীংদি
অমৃতনা থনবনি,

ঙুংশিবগীদমক্তি
থয়াম্ব পাম্মুদবনি।
চাদৌ থরা চায়গা
হোটেলগী বিল পিরগা
থোরকলে নোক্লহনা
মুগুাই রারৌ শাহনা;
চৎমিম্নরমই মাগা
লেজোম্নহনা ঐগা।
নোংনা খিংলি ভাবদা
মাগী মাইথোং চোৎপদা
রারহনা থমোয়দা
ছাটিন য়াওদবনা খুত্তা
পায়রি ফিনা কুপ্থনা।
চৎলমই লেজোম্ননা;
মাগী মোত্র হকচাংনা
ঐগী হকচাং থেংহনা
মুভাই' পোকপা পুক্লীংদা
হয়াওবদি মঙোন্দা,
স্বর্গনা কৈদৌক্লনি
লম্না চীংমুক লৈ'বুদি
পামজৈনে সিনা হেম্না,
(ঙুংশি) লাংদা থুবা মীভনা
থঙলমগনি শোয়দনা।
ইকাইহনা মহাক্লা
লৈথোক্লগা 'ঙোন্দগী,
ঙুগাইবগী পান্দমদি
হেনগ্রেনে অমুক হেম্না;

লীংথা' ওমজ্রে রাইহনা।
মরিক চুপ্দ' রাইহনা
হায়রমইনে চিক্পক্লা
“তারিবরা সুংশিবী !
সুংশিথোইবী শকহেনবী
নঙগী নতৌ ঊরগা
কন্দ' নওং য়েংলগা
থাঙজমদেনে থমোয়সি ;
সংসার সমুদ্রসি
কুইনা তাঙগনি হায়বা
থাজদেনে রাখলনা ।”
অসি রাবু তাবদা
“থজদেনে সুংশিথোইবা
করিবু থোক্লগবা ;”
মেঙলবা খোঞ্জেলদুনা
থুমকইনে তত্তুনা।
“হাদা তামো সুংশিবা !
লৈনিংদরা পাম্মুবা
শান্তি লমদম হায়বদো ;
ঐদি লৈজনীংইদো।
মসিতনি পামজবা
পামদরনে সুংশিবা ?”
মিরবা খোঞ্জেন্দুনা
হংলকই তপ্পা তপ্পা।
“নহাক্কবু পাম্নবদি
পামজৈ ঐস্ত সুংশিবী,
নঙনা লৈনীংলবদি

ঐনা কেন্না লৈনীংই ।
নহাক্কবু লৈর'দি
নঙগী লোইম্লিন ঐগীদি
স্বর্গনিনে মঙ্গনা ;
তিনপনি সুঙাইবনা ;
শান্তি লমদম হায়রবদো
করম করম তৌবনো,
সুঙাইরবনে সুংশিবী
হায়বীয়বা পাম্মবী ?"
"হাদা তামো সুংশিবা
সুংশিথোইবা শকহেনবা ;
শান্তি লমদম হায়রবদো
খংনা চৈনা লৈতেদো ;
ফজবগী তুংনকম
নীংথিবগী তিম্নকম
শারদ ঋতু থৌগনবা
ইশৌ লাংবা লৈরবা
মফমনি পুক্নীং হুবা,
লৈরুসিবা পাম্মবা ।"
"ঐগী খমোর মবেম্মা !
পামজপ্রেদা মফমদো
শিররস্থ থরাইগা
লৈগনিনে মঙ্গদা ;
(অদুগা) ঐবু ছন্দে'ক্লমহনা
লম্মাংনবা সংসারদা
চংখিন্নুকো নত্তোমঙা ।"
অসি রাবু তাবদা

"হায়না করি বাবোদা
ইথমতা চৎপদি
কিজৈ হায়রগঃ ঐদি।"

+ + + +

মতৌ অসুম তৌহুনা
চৎলমইনে মুঙাইনা।
থরা চৎলে হায়রগা
পোৎফন অমা য়ৌরগা
"ভাবো চপ্প্রা হাবীয়ু;"
অসি বাবু হায়হুনা
মাপী থোৎলা থুস্তুনা
পিরকইনে থুৎসিদা
লাম্লকইনে ঐভোন্দা
থুৎকা থুৎকা শিমনা
লৈরমইনে নোক্নুনা।

+ + + +

খোজেল অমা ভারকলে
ঐগী আশাহু কায়রে,
নিত্রা কৌবী ইমানা
ভাদেক্রে মচা ঐবু
লৈরমলে ইথমতা
লাঙলা ভাইবঙ অমদা।

+ +

মহাকী পুনসিংসিনা
ঐচাকী মুঙাইবনা
মঙদৈ হেন্না তেল্লঁবু

তাইবঙ মিতৈ মাঙথ্র'সু
মপান্নোংদা লোৎখ্র'সু
কপ্পা কপ্পা খাঙল'সু
মহাক্কী সুংশি থম্মোয়দি
মাঙখিদে থম্মোয়দগী
মুৎলরোই বাখলদগী।

শ্রীখুমন্থেম ইবোহল সিংহ

# কোম্বীরৈ

ফজদরা।

লম্ফেল কৌবী লমদমসে
মালং ইপোম লাংতুনা হানৌনা লেং লেং চৎপনা
মালং ঙমদাই ঙমত্রবী শকহেনবী কনাগী ফিজিনা
    লৈনা লামা থাংবদা অটবা কনা য়াওরগা
        কাওত্তাওননি থনবমা তাশিন লোইশিন লৈবগুম
        পুময়ান য়েংলে ফজবী চোইনা য়েংলে মুংঙোল্লম
লাঙ্গোন ওংবী লম্ফেম্না নমোম শম্লাং কাইদ-নান ফৈরাথক্তা পমজরি ॥

তাওদা

লোক্তাক ওংবী নম্বুলসে
লোংনা ম্নাতাবী নুংরাদা নৌমনখিবা মশুংলাংগী
চরৈনা ঙমদাই ঙমত্রবী টরগা কল্লকখিনি থল্লবী
    পুমন্নান থোংবা ঙমদনা ইকাইবগী কোমগোম লৈরবী
        চরৈ কোমগোম্নবী থাবোম্না নিংশা। অগোন খুদিংগী—
        কাইদা নাশোন পিক্লা চরৈনুংদা তপ্লা লেঙবগুম
টচেল নাশোল পিকথনা লৈরাংগী অম্না' পাউজেলবু মৈত্রবাক্তা তম্লিয়ে ॥

য়েংঙ্দা

লম্ফেল নাওম্না লৈরাংসে
পলেম পম্বৌ কয়াগী পাইমা থাবা মহাকথং
ওইন-চাউবী কয়াগী লৈরংনবা মওংলাং

অপাম-মুংশি মকাদা খোংহাক্কবা মহাকথং
মদোম থম্মোই কায়বনা নৌনা পুনসি কেয়বা
পাম্মু-মুংশি তেংথালম মঙারক কানবী লমদমদা
লৈরাং চিংনা য়েং মাইখোং থুম্না অহৌরুববু শীঙেল কল্লিমুংগীনো ।।
মুংশিদরা
লৈরাং মাগী মতৌসে
রাবনা কের লাওবা খম্মাংচৌং থুম্ন' মিস্না তাবা লুরুকচৌং
তাইবং চেংজেল খুমচৌং থমমুং লম্বী চৎনচৌং
থমমুং ককোই লৌওনবী হৈনা ফিজি পায়নচৌং
অপাম মুংশি থুদ্রবী শাবী শানৌ রাশরুম
পাম্মুহে-মুংশি তেংথালম মকোই মুংঙোল খোইরাংলম
শীরোইননা—মুংশি রাশরুবা মশানৌ থমমুং হৈনা ইরুকপরা থুবাক
লাইখল য়েংলিবোই ।।

তেংথারিদো
শীঙেল লাইবক চাউবীসে—
কারবা শম্নাংনা কুপ্লবী টৈরা থাংলবী মিস্নানা
কুমগী লাকয়েন লাকপদা মিৎলু লাইজ তৈথোক্কনা
শীঙেল মাগী মশানৌ লৈনা লাকপরা য়েংলমদাই
মুংশি চৈথেং থঙজিবী শাবী শানৌনা হেকলমদাই
অপাম-মুংশি থুংজদ্রি লৈরাং ঐবু হেকপিমু
হেক্লরনি কিবনা মরামথোম্ন—শীঙেন হীকনা তেংথাবা শাবী-শানৌ
তাত্রবোই ।।

আঃ— হেকপিনুদা
কাইনা মৈশা লাংবীসে
অপাম মুংশি থুংদবনা থম্মোই মৈবা চিংনঙৈ
তাইবং ঈশৌ লাংজরোই রাশক কোজোই জক্লকলৈ
অমন কায়দি শীরোইনা মঙারক কানবী য়োনঙৈ

লৈরাং ওইনা থুংজগে মুংশি ভাইনা শাৎভৈদা
শীঙেল অতম হেকপদি করি পুকচেল্লো হায়ওমদা
লৈরাংগুম অপাম-মুংশি থুংদনা শীঙেল লাংঙোন ওইনা ভাইমিল্লসি
পাউথংনল্লি ॥

শাৎলন্নদা

লৈরাং তেংথাখোম তাঙমদরে
কুমলাং চুপ্পা কপ্পগা মুংশি থুংপাৎ শাৎচবা
মুংশি থোজাল য়ৌত্রিবা অপাম্না মুংশি শাল্লিবা
মুংশি চৈথেং খঙজ্রিবা নুরা-পাখং অভাওবা
মুংশি খুদোন তম্নবা লৈরাংচিংগৈ হেকপদা
থম্মোই শোকনা হেকপিন্ন খামজবা নুরা-পাখং তাবিদে
লৈরাং নঙস্নু শাৎলন্নু শাবী শানৌস্নু হেক্লরোই শীঙেল তেংথাস্নু
তাররোই শাৎলন্নু ॥

## শীঙেল লৈরৌক

য়েঙঙুনে
শানৌ নংবু মুংশিবি,
লৈশা থক্তগী লৈরাংসে।
কেথ নৌথ হৈবীনা মশানৌ তম্প্যাক ফমহনা
থংলেন মাবু মায়োক্লগৈ মোমোন' ইরাং হৌবনা
অপাম মুাশি থরক হুন্নগৈ মুংশি চাল্লা কোল্লুনা
তাথরকপা খজাইগী নাপোম অনী লেংঙোল্লা
ভোইনা চুপ্লিংবী শানৌগুম
শীঙেল লৈকা ফল্লিবসে
শানৌ নঙগুম অপাম মুংশি থুংজগে লৈরাং ভাইনা শাৎপনিদো ॥

কল্লকত্রনে

শানৌ নংবু মুংশিবী

নৌরবী লৈরাং' মতৌসে।

মশানৌ তম্পাক ফম্বদা তাশিন লোইশিন ওমদবনা

চৈরৈ কোমগোম হীকথৈ থম্বাল্লৈকা কুচু ওমজবী

হৈরাংগুম তাল্লাং অহাননা কল্লক মিতানবী শক্তম্না

মশাবী থম্মোই কল্লক মুংশি মালহৌনহুনা

খোইনা চেৎনা কোন্না চুপ্পনা

থম্মোই মুংশি মালহৌনবগুম

লৈরাং লৈকাদা শীঙেল লৈহি থনবসে অপাম মুংশি মহাকথংগীনিদো॥

য়েঙঙ্নে

শানৌ নংবু মুংশিবি

লৈরাংগী লৈরিক পাইরিবসে।

খজাই লেংঙোন চুপ্পবগী থম্মোই মুংশি হৈহৌনবনা

শম্বুলদা থেৎপি লৈরাংনা শীঙেল লৈমন চম্মুনা

লৈরাং লৈপোপ কাইনা শীঙেল চোইনা হিকথবগুম

পাইথোক পাইশিন ঙংলগা লৈরাং লৈনা হাইদোকহুনা

ওইনচাউবী শীঙেল লৈয়োন্দগী

খোইমু লৈহি চুপ্পদা

পেঙ্গরহুনা রারা নীকথরকপা শীঙেল লৈরিক্না খোইমু' শাগল পল্লিদো॥

হেক্কম্বসিকো

শীঙেল লৈরিক চুম্না

লৈকা ফন্না শাৎলিবী লৈরাংসে।

মশাবী খোইমু মুংশিবা থংলেন মহাকথং শাৎপনি

শানৌ নুঙগী নুঙংলাং পাখং ইহাকথং নস্তেদো

লৈকা তোংবা খোইমু তান্দুনা লৈরাং মাবু হেককরোই

অপাম মুংশি খুঙদবা লৈহেকপা কয়াগী মকমদা

লৈরাংগী তেংথা তমলুসি

খোইমুগী থম্মোই পাওদমসি

হেক্লম্নুসিকো শানৌ লৈরাং খোইমু থম্মোই পাওদমলুসিলাও হেক্লম্নুসি

শ্রীরাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ

# ভক্তি—অঞ্জলি

( শ্রীমা সারদামণিগী লাওোন-তিথিদা কচ্চবা। )

মালেম-পোকপী-লাওোন্দা তাইবঙ-চম্নু-শায়োম্না
জয়রামবাটি খুল্লঙদা কুমজা চামগী রাংমদা
থমোই-পাম্ব থম্নবু শান্তি-লাইজ পুহনা
ওানখিবদাই নোংমা লায়র ব্রাহ্মণ থাংপোকশঙ্‌।
চেনখ্রে ইমাগী থৌজাম্না লাইরৈবাক্কী অলকানন্দা
মরুদেশ কয়া কাওহনা মালেম-থমোই হাংহনা।
অমরাপুরগী ভক্তি-থম্বাল শাংখরে থমোই কয়াদা
স্বর্গগী শোইজ পায়রিবী ইমাগী অমৃতনা শোকপদা।
ভক্ত রামকৃষ্ণগী পূজা-অঞ্জলিনা লৈতেংবা
ইমাগী চরণ অনীনা নেংপীখি চাক্লবা তাইবংদি।
মীরমলেম্নদি কোলোয়নৈ ভক্তগী তালোই-মুজা ওই'—
ইন্দ্রিপোনগী মুপীহু ইমা নঙদি নত্তেদো—
চহী কোটি কয়াগী লাইনীং-পরৈনা শেম্বনি।
ভারত-সংস্কৃতি লৈকোন্দা নোংচুপকী মুংশিং শীংলকঙে
নচা বিবেক নত্তনে নোংচুপ মায়কৈ থুংনবু
ভারত খোজেল নিনখিবা—মখো পোঙনা খোংখিবা।
মহাকনিনে কনাখবা ভারত সংস্কৃতি-লৈপানবু
নৈহংলবা মতমদা অকনবা মালঙগী শহুম্না;
বিবেক মাগী খোজেলদো ইমা নঙগী খোম্বাঙনি।

মমা ওইবগী থম্মোইনা তাইবং-শকক্ষম লাকপীখি—
সাধু-পাপী, ভক্ত-চণ্ডাল, তোল্লবদগী তোল্লবা
লায়র-চাকনি' কয়াবু মচা ওইনা উবিখি।
লাইরৈবাকী লাইরম্বৌ হকচাংগী মূর্ত্তি লৌখিবী!
নঙগী পূণ্য-মণ্ডাম্দা ঙাম্মোক্লে ঙসি তাইবংসি—
'অপাম্বা' কৌবা লিনথাক্কো তাঙজ লৈখুন চণ্ডখরে—
নঙগী য়েক্লবা কয়াস্থ মায়থীক্লনা হনখরে।
নাপী খুদিং তিংথৌ খুদিং ঈরাঙ হৌরে ঙসিদি
কনাগী চরণ ফংনীংবনা—উরীং খুদিং লৈরাং খুদিং
হৌম্লিবা শকী ইপোমসে কনাগী নীংথিবা শকক্ষমনো?
লাকলো শান্তিগী মণ্ডাল! মালেম-থমোই হাংজরে—
ঙসিগী পূণ্য ভূমিত্তা চামথোকপিরো অমোংপা খিবিক,
নচাশিংগী থম্মোইসে অশেংবা তীর্থ শেম্বীরো—
তিঙ্গরে ইমাগী চরণদা ভক্তি কোক্তা হাপ্তুনা।
থমোই কোটি কোটিসে অমতা ওইনা তিন্দুনা
মহাতীর্থ শেম্লগা থাজপে আসন ইমাগী।
জয় জগদম্বে মহেশ্বরী মহাকালী!
মহালক্ষ্মী! মহাসরস্বতী! খুরুমজরি ইমা!!

## অনৌবা কুমগী কুমদমথোন

হে রুদ্রবীনা!
নঙগী য়াকায়রৈবী রাগিনীনা খোয়রাঙলবা ছন্দগী ঈহৌদা
অনৌবা কুমগী কুমদমথোন
নিল্লরে মালেমগী থোঙজিন্দা অরি-অনৌ লৈপুন্নখেন্দা
যন্ত্রমন্ত্রগী ময়ায়চেনবা মৈগী ভেঙ্গে লীশীংনা

মতমগী মপাউখোন্দগী পাইরক্লে ভংনা ভংম্না
অনৌবা লানবাউ পুদুনা—
অনৌবা চহীগী লানভম-ফীরাল হায়রদুনা নোংদোন খেৎনা
খৌজিল্লক্লে লানগী দোলাই
নোংশা-তেজোল মায়োক তম্না
হেনৌ নানৌনরবী কেথাং মৌথাংনরবী বসন্ত মলয়া
থুপথরেদো মিপাইনা
উথা উরুম থিদুনা শজীবু সুংশা কিবনা—
তিংথং লৈরাং কুসুমলৈ লৈরিমপাল পামেল্লৈ
পাৎকী লৈরাং কোম্বীরৈ পুল্লৈ নাম্র যাইপল্লৈ
মালহৈ হৈরী নোংগাংহৈ
অকনবগী খুদুং ইন সুংশা-মচাক তেমশীংনা
খোইমু চীঙ্গেং তুংওইনা অরা' খোংনেৎনদুনা
খোঙদারক্লে লানকমদা।
হেদৌহেরাউনরবী হেলাংথাংবী শানৌশিং
সুংশি-সুংভম্নবদা খোয়মুম্নবা পাথংশিং
য়ুমগী পৌরোল লোম্দুনা সুংদাউনরি সুংঙাইনা,
মায়কৈ অমরোমদনা
উফুল্লাংবা মালঙদা চাক্লবা সুংশা মরক্তা
মরুভুমিগী লমদংদা
মশাগী ঈবু থকতুনা উটকী পরেং পরেংনা
যাত্রীশিংবু নমদা হাপ
জয়গী শরীক খীংলিদো।
অপোম্বা অশাৎপা অকেনবা কেন্দবা
কোরোশীংবুম পরেংনা
হুকচখরে লৈপুন-লৈরেং অনৌবগী ভমশমদা
অরিবগী সুংশি খুদোল

পোক্নগনি অকনবা মপাংলৈত্রবা অথৌবা—
পুথ্রী জগোয় ঈরোনজুং
মমুর মখোঙ মথাদা হিংচাবীগী কাগোক্তা
থুম্বা থম্বা তম্ফায়াই লৌরুরনি শোরদনা
তাইবং য়োংকে থৌরাংবা হিংচা—শাগৈ তরুবু
মতুপ মতুপ কক্লুনা
ময়াই বল্লবা খুংলাইনা।
অনৌবা চহীগী অয়ুক্তা হুন্নগনি মায়কৈ খুদিং
তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা—
ফংলগনিদো ফংদ্রিবা,
চরাম্নরবী মাংলেমদা চেঙ্গ পূকৈমক্লনা
মখোঙ পাম্না চংলনি লৈররোইদো অম্নাংপা,
লাইরবা নুপ্রামচাগী ইংখোল-চাইগোয় মজুংদা
সনাগী ঈজ্রী শীত্তুনা যঙ্গোমগী পুথ্রী ময়ায়দা
সনাগী থম্বাল শাংলনি
ওইথোক্তবা অঙকপা উরগনি তাইবংদা
ওইথোক্তবা মঙলৈবাক:
হুগী বন মজুংদা অমৃত ঈরেন চেন্ননি—
মুংশি খঙদবা থম্মোইদা থৌজালগী কাস্ত শেমদুনা
মুংশি ঈরম ফাংলনি,
অম্না অনং অপুম্বা চেনথ্রগনি হয়েংদি
অয়বু শকসি মুংঙাইনা অরি-অনৌ অনীগী
তাইবঙ মীত্রুং মিংশেন্দা অওইবা শকলোন উরনি
ওইদবনা কোল্লিবা,
অনীংবদি ময়ামনি পুথোকপস্থ কোঙ্গায়নি—
মীত্রুং ময়াম মরক্তা তম্ফাখুদোপ য়াইওইবা
মহাক্তনি অরেপ্পা।
লৈপুন মুমিং অসিদা কনানোনে হায়রিবা—

'চংগ্রগনি' অরিবা
মাঙগ্রগনি কংহুনা,
নোংলৈ-মুংশিং লাকপদা হুমদোকগ্রনি অকংবা' ?
হৈরাঙ হৈজীং ফারবা অরিবগী মমুংদা
মহী মচু মনমদি লৈরি পাম্মুনা থুপ্পুনা
মুংশি-খুদোল ওইনবা অনৌবগী মকাদা—
লৈতে লৈতে কায়নবা তাইবঙ মালংপানসিদা
কায়নবগী কুয়োমনা
তিন্নববু কোনবনি।
কনানো হায়রিবা 'থীংদোকথরো অরিবা
থীংজিল্লক্লো অনৌবা'—
'নোংও চুথরো হন্নুবা হন্নুবী তাউথরো
লাংজীং মতোন থুম্মাংলো' ?
অনৌবগা কুমদমথোনসিদা থীংদোকখিরোই অরিবা
অনৌবা তিন্নবা অমুক নৌমিন্নখিনি,
অনৌবা কুমগী নোংলেন্দা হন্নুবা হন্নুবী তাউখিরোই
অনৌবা অমৃত থক্কুনা পাখং লৈশাবী ওইখিনি
নৌনা লৈপুন্নখিনি।
অরিবনা নৌনা নৌনা লমথেক লমথায় হোংহুনা
অনৌবা কয়াগা তিনখিনি,
অরি-অনৌ অনীদি কোম্মনা অচুম লৈখিনি
তোর্ব্বান অনীনা তিন্দ্রিফাও
অনৌবা কুমদমথোনসিদা থীংদোকখিরোই অরিবা
থীংদোকখিরোই থীংদোকখিরোই,
অনৌবা কুমগী নোংলেন্দা হন্নুবা হন্নুবী তাউথখিরোই
তাউখিরোই তাউখিরোই

# বাঁশীগী থমোই ঈহোরো

য়াহোং কয়া কোকিল কয়া খোংথরে মোয়না নোয়না
অমরাবতীগী অশংবা চেক্লা শকথরে তোয়না তোয়না—
অমম্বা যুগতগী হৌদুনা নিল্লক্লি মপাউ লাইরৈবাক্তী
চাক্লবা তাইবং-মরুগী চাক্লবা লৈকোল মনুংসি।
উজ্জয়িনীগী লৈকোলদগী অত্থৈতে শকথিবা খোঞ্জেলনা
লৈরি নিন্দুনা ওসিকাওবা পৃথ্বী লৈমরোন কাওনা।
নোংচুপ লৈকোল উকৈন্দগী যুগকী খোম্থাং অনৌবা
য়োরক্লি নোংপোক কাচিনকাও মতমগী তোর্ব্বান তোর্ব্বান্দা।
হিন্দু পাণ্ডল অনীবু পুনখি মমাঙতৈদনা ভারত-নিংথৌ অমমা
মাগী থমোইদে হৌরকপা কবিগী ছন্দ-মন্ত্রনা।
পোকখ্রে যীশু মহম্মদ বুদ্ধ-পোকখ্রে গান্ধী মহাত্মা কয়া
খোকখ্রে মঙাল কবিগী সুরদগী—পীখ্রে পাজল মহাক্কী কলমদগী,
উহল্লে ফজবা—পীনরে মুংশিবা, ফংলে থন্নাই—লৌরে থমোই,
শকখ্রে ঈশৈ যুগ কয়াদগী যুগ কয়া কয়া লান্না।

⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮ ⋮

ইমাঙদা উরি অত্থমক্তদা—শন্নগী ফুরা, চাক্লবা পৃথ্বী।
কদায় শান্তি—কদায় মঙাল—কদায় পাঙ্গল—কদায় থমোই?
সভ্যতাগী কারখানাদা তকথায়গ্রবরা উফুল তানা?
যুগকী খোঞ্জেল ওইরিবা কবি নহা খোঙ্গৌবা।
করি শক্লি করি খোংলি উরুম লাংলবা কুণ্ডদা—
ব্রজগী ষণশেনবা কহ্নাইগুম গোপী থমোই হুনীবয়া?
ব্রজগী অঙাং মহাক্তি গোবর্দ্ধন খুত্তা হাপ্তুনা

গোপ গোপী কনখিদো শোরায়েনগী মায়োক্তা।
কৌরব শাগেগী নাপল্লা মীক্লবদা ভারত লৈময়োন
প্রেমিকী বাঁশী থমলগা পাঞ্চজন্যবু পায়খৎখি—
গোপীশিংনা কপচবা হন্নমক্তা য়েংদনা
কুরুক্ষেত্র লানকমদা সারথিবু ওইখিদো।
কবি নঙগী পুন্সিদি লোইরগত্রা মন্ত্র পীবনা ?

: : :    : : :    : : :

নত্তে কবি থোরকউ মঙলৈবাক্কী মপান্দা,
লৈথোকনু তাউহুনা ইশৈগী ঈপোমদা তোংহুনা।
হৌগৎলু য়েংউ—য়েংথোকউ অকোয়বদা—
চাকলিবা মৈসি আদা—রায়গদৌবে নঙগী কৃষ্ণ;
য়েংউ—ভাওরে যাত্রী, মতোমদগী ঈ থক্লে।
চৎলু কবি—খোংবিরু অমুক্তা মাগী নাক্তা—
শকপিরু চঙহুনা মনাকোং ময়াদা—
'পোক্লম্নবদি লৈরাংগী মপোক্তা, হে খৌরাংলবা যাত্রী !
লৈহৌ মরীক অমতা ওইরমস্নু পীরমগদবনি নঙোন্দা।'
বীনা চামগী খোন্থাংনা হায়য়ু কবি! —
'হে থৌনাফবা হন্থগন্নু পুক্নীং—লানগী ফীরাল হাইগৎলু,
চৎলু যাত্রী নোংশা লিশিংগী থৌনানা
কিগন্নু যাত্রী নতোমদনি খল্লুনা,—
য়েক্লবগী তেঙ্গৈনা শোক্লবা নশাহু ঈনা পুমচোং চোৎসন্নু,
হল্লগন্নু যাত্রী হল্লগন্নু! লাকসন্নু প্রলয় ভীম ভবানী;
মমসন্নু লম্বী থাশিগী অহীংগুম—বকুনা নশাগী শরু
চুথৎনু মৈ থৌনাফবা।' তাও কবি!—
অতিয়া পুম্বা ইনিন নিনথ্রে কনাগী মীকপ মীয়াওমাং
হোগায়হুনা থবাক 'মায়থীবা' 'ইকায়ব'না
থক্লি ঈ খূজোক খুজোক।

নীংশিংউ মীওইবগী ইতিহাস—হন্না য়েংউ কুমজা থয়গী য়াংমদা
আমেরিকাগী কৈথেলদা কাফ্রীশিংবু য়োনখিবা হুইগুন্না পুন্নপা।
মীওইবগী ইতিহাস নত্তে।–ইতিহাস মীওইবগী
শাগী ইতিহাসতগী হন্থরবা তুক্কচরবা য়ারৗনি।
'হাৎন-গুনবা য়েংথী-কল্লকপা ওৎপা-নৈবা শুংশিনদবা'
অসিনি মীওইবগী ইতিহাস। লৌনম তৌহনা নোক্লা নোক্লা
ঐ চুপ্না গুম্বা মীওইবা—শাদগী হেন্না তোল্লবা।
উঃ য়েংউ— তুচুংবনি—আদা লেপ্লিবা মরোল থোক্তবশিং—
মক্লবা মায়থোংদা মাখোয়গী—ইরি কুমজা কয়াগী অরাবা;
দরিদ্রনারায়ণবু কৌরহনা চাকনিবা কয়ানা লম্বীদা।
থরায় হকচাং থাইনরি নুঙ্গায় 'থক্তা ওন্দুনা।

: : :   : : :   : : :

মতম চারে কবি—বাঁশীগী স্থরদা নওগী
পীয়ু পাঙ্গল অশোনবগী, পীয়ু চাক চাকনিবগী—
পীয়ু মিৎ মিত্তাংবগী, পীয়ু লোল লোম্থোক্তবগী।
নমথেকউ নমথেকউ নমথায়য়ু নমথায়য়ু—
অথিংবা-অখুবা অপিকপা-অপনবা।

: : :   : : :   : : :

নওগী বাঁশীতনদি কবি –থোক্লরোই মহুগী স্থর—
পায়থৎলু পঞ্চজন্য –পায়থৎলু লীক্লং-তেন—
চোংথোক্লো কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা–থীল্লে তেঙ্গা থোংলো
পকত্রবসু নশাদা করিসু, কৎলম্মু নথরাই অহুত্তা—
কল্লনাগী মূর্ত্তি—ওইহল্লো অহীংবা মূর্ত্তি।
পীয়ু সঞ্জীবনী মন্ত্র পীয়ু থরাই-পূক্লীং
পীয়ু আশা-থৌনা পীয়ু রাখল থমোই।
থোকলৎলো পাঞ্চজন্য—মপুঙ ফাগনি বাঁশীগী স্থর,
ঈহৌহল্লে। বাঁশীগী থমোই পাঞ্চজন্যগী থোঙ্গেলনা।

ঈহৌহল্লো ঈহৌহল্লো বাঁশীগী থমোই ;
পায়খৎলো কবি পাঞ্চজন্য।
থমোইনা শকপা ঈশৈভনা—পীগনি থম্মায়গী অথনবা পাত্র,
থমোইনা ঈহৌরবতদা থোরকনি মপুংফাবা স্বর।
য়েংউ হোৎপায়দুনা তাজমহলগী নুং—
লৈরমগনি সাজাহানগী পাক্লবা থমোই,
য়েংউ থুগাইদুনা নওগী বাঁশী—
লৈরমগনি মীওইবগী চাক্লবা থমোই।
ঈহৌহল্লো ঈহৌহল্লো বাঁশীগী থমোই
পায়খৎলো কবি পঞ্চজন্য।

শ্রীলাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ

# রহমত

আফগানিস্থানগী চীংগী লৈবাক্তা
আরবতগী লাকই আলিবাবা।
কাবুলগী কৈথেন্দা লৈ আলিবাবা
বাদাম, কিসমিস, মনাকা।
বাদশাহ রসীদ আলমগী
কুনমাথোইগুবা বেগম ফতিজা
তুর্কিস্থান্দগী হল্লকই—
শগোন তোংবা তুর্কিগী
অমুবা মীনাই চাতরেং
উটকী পরেংবা চিংহুনা
কাবুলগী কৈথেল থায়রকই।
সনাগী থাকন খন্দুনা কোমনা
তুংদা লাকই অরাংবা উটকী মথক্তা,
আফগান লানমীনা ইন্দুনা।
রামজানগী অহিংদা
লৈচীন থাংদবা পাক্লবা
অতিয়া য়েংহুনা
ফমহুনা লৈ রহমত
মথন্নভা তুমিন্না।

## কোন্নুং কাং তুবদা

ঐগী চিংনবা—মিংকুপ অমত্তনি
মৈত্তৈ অমা লাকই
থাঙ পায়রুনা লাকই
ঐনা লাউই হো! হো! হো!
চিংনবা লৈতনা চঙখি
থাঙনা য়াল্লে গোবিন্দগী সিংহাসন্দা!
লৈবাকমচাশ! লৈবাকমচাশা!
হো লৈবাকমচাশা!
মুপী অমনা কপই মরোন্দি থোক্কে
অহুন অমনা হায়ঙ্গে কনাসু তাবিদে
লোইনমক হায় ঐদি খঙদে ঐদি খঙদে
খঙদে কনাসু খঙদে
উরবসু উদে
য়েংউ অহাঙবদা তিনখরে জগৎকি মপু!
থাপ্পা লৈ বিষ্ণুগী অবতার
গণতন্ত্রগী গণদেবতাসু মরোল থোক্কবগুম

## তিল্লাইখোম্বী

তিল্লাইখোম্বী মচা ইমা তিল্লাইখোম্বী মচা
সুংশিদরা য়েংউ ইমা তিল্লাইখোম্বী মচা

হাংভোকউ ইমাগী ইবুংগো মুংশিবা
হাংভোকউ হাংভোকউ

## হুয়ানবা মচা

হুয়ানবা মচা অমথক
হুয়ানবা তরুকনা ফারকই
হুয়ানবা মচা অতু মথরায় থায়
হুয়ানবা কুম্হ্রাতরুক্না নেৎলপা
হুয়ানবা নীফুনা শেৎপদা

## শজিবু

লুমনথরে ইমা নহাকী পেনাগী স্বরসে
বীণাগী বাসিগী স্বর নত্তে
সরোদকী সারঙ্গী স্বর নত্তে
ঙমলোইদৌরে ইমা নহাকী পেনাগী
শৈহেক ইনবদি
হায়নৈ ইমা নহাকী স্বরসে
চীংমুংগী সনা লোক্তগী
চেক্লা লমথুমগী ভেংথাখোননি
পাৎকী ঙামু থংগোংগী
কায়না মৈশা লাংবগী ইশৈনি
অসিবু করম্না ইশৈনি শকনি

নত্রগা অসিবু করম্না মীচম্না শকনি
লোক্তাকী চিক্লবা সূরনি
ইংলবা
ইন্নুংবুংগী খোঞ্জেননি
অচৌবা লমদমগী য়ারা নত্তে
অকনবা সমুদ্রগী ইরাওখোন নত্তে
অসিবু করম্না ইশৈনি শকনি
নত্রগা অসিবু করম্না মীচম্না শকনি
শজিবু কোম্বীরৈসে
অশংবস্থ নত্তে অঙাংবস্থ নত্তে
খোংগমেলৈগী লৈচুসে
গুলাপ নত্তে, জুবা নত্তে
মেরাগী সনারৈস্থ নত্তে
বসন্তগী মপুক য়াংলবা খোইমুগী
হলাম মপান নত্তে
শজিবুগী লৈরাং অচম্বা নত্তে
অচম্বা নত্তে শজিবু ইশৈ ।

## সীতা

সীতা সতী রাশকচেৎপী থৌনাফবী
চীংদা মান্দা হিংচা য়াইতম্বা মরক্ত
শামা কৈনা থল্লবা উচুংদা
নহাকীদি রামচন্দ্র
নহাকী পুন্সিগী আশা

নহাকী পুন্সিগী ধর্ম -
অয়াবত নহাকী কপ্পতন নশরুক
য়েরুবগী বন্দী প্রজাগী চিংনবা
অগ্নি পরীক্ষা—অহুবু রামচন্দ্র
অহুবু রামচন্দ্র
অহুবু রামচন্দ্র
কুনশুবা শতাব্দী !
সীতা সীতাদি সীতা
মুপীগী খোঞ্জেল অমনা—
কাময়োই মরূপ ফংলয়োই
লৈত্রে নগুগী সীতাদি
থায়নগী মরূপ পুককবা
শীহরি পি চহুম চহুম নঙ্গীদমক্তা
মসিনা পেন্নে হল্লো মরূপ
ফংলয়োই নগুগী সীতাদি।
অহুবু ঐনা থাজসিরা
খিখিনি ঐহাক্তি সীতা কংখিনি
কুনশুবা শতাব্দীগী চাওখৎপগী মৈশাদা
ভিংথং পানবা মরুভূমিগী লৈয়াং নত্তনা'
শাৎলয়োইদ্রা পৃথিবীদা—কংবা তারবরা
নহাকপো সীতা।
অনোবা যুগকি অনৌবা খোঙচৎতা
সীতা: দেবীগী যাত্রাগী লম্বীদা
মওং য়াওজবা কিদমগী ভূত্তনা
শুমথ্রবা নহাকপো জগোই শাহুনা
হেল্লোইনা চেনথ্রবরা !
অহুগা নহাক্তি মমা পোক্তবীনি

নহাক্না মৈতৈ চনুবুদ খঙলবরা ?
নহাক্কী মেছিনগী কিদম
মেছিনগী রাখল
মেছিনগী লমচৎ

করিসু লৈত্রবা অহিংবা জীব ওইনা
উগ্রবরনে নহাকপো ডারউইনা
মাইক্রোসকোপনা ইকনোমিক্সনা
উগ্রবরনে নহাকপো নহাক্কী খঙ্মোইবো
চাবা হিংবা, হিংবা চাবা
মেছিন ! মেছিন ! মেছিন ?
কদাই মীওইবা দেবতাদি।

মৈতৈ চনু লাইবক চাউবী নঙবো
কপ্পতনা নশিনশাংলনে
চীংদা কাহনা শীংজনবী
পাত্তা কুমহনা থাথিবীরা ?
অনৌবা মঙাল অনৌবা পুন্সি
চেক্লো বন্দীদগী চেনখরো
কান্নত্রবা নহুম চিকখৎলো
অঙাঙবা অশংবা অরাংবা
মুজদরা ফজবী কুরাক ওইনা পাইরো
নঙদি ফজবীনি
নঙদি তাংজবীনি
পুন্সি চুপ্পা নৌজবীনি

অমরাবতি লৈকোন্নি
তাজমহলনি নহাক্কীদি—নহাক্কীদি
নহাক্কীদি মৈতৈ চনু নহাক্কীদি

মহাক্কী পুন্সিগী আশা
মহাক্কী পুন্সিগী ধর্ম
মহাক্কী পুন্সিগী আশা
মহাক্কী পুন্সিগী ধর্ম

## ওইনাম মোহন

পুং তরা তারকপদা
লৌরুংশংগী থোঙ্গান্দা
খণ্ডবা লৈতে ওইনাম মোহন।
— ওইনাম মোহনগী নমস্তে
য়েংদবা ওমদে ঙীক্লবনা
হেন্দে মপান কাংক্লেবুংদস্থ
গৃহমন্ত্রীগী নমস্তেমক্লা।
খাঙবা ওমদে আফিসতা
ওইনাম মোহনগী নমস্তে।
মীগী চুরুপ থকল্লবা
কেরাণীদ হায়জিখী,
'নখুত্তগী চংশ্রিবনি চে পুন্নমক'
পঙথহল্লি কেরাণী
নমহুনা চুরুপ থক্তোকই।
ফি খোংউপ তোংহুনা
নোঙ্গক্লা চংলিবা
গোবর্ণমেণ্ট এল: পী: গী ওঝাদা
জাতিগী য়ুস্বীনি হায়জিল্লি

মচা লাইরিক তম্বীহল্লি
ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর।
ওফিসকী লম্বীদা হায়
এসিষ্টেণ্ট সেক্রেটরীনা
'শাম্নবগী মন্থংদা ফজবসিবু
কোকফাইটিংবু হেনবা করিনো ?
মোহন্না হায়
'পাজনন্থ কন্দব য়াদে
মশাগী হৈ-শিংবস্থ চঙদবা য়াদে
খোংনামতা চোংবসিস্থ
খাঙবা কন্দবনা য়াবা নত্তে।'
পাঙন খামেনগী ভাজানা মহেল্লে
ঈশিং লাকপনা পামজবা।
মোহন্না হায়
'ইউরোপ্তগী লাকপা সাহেবনা
ভাজা চাবা হৈখিবদগী
ইণ্ডিয়াদগী চৎত্তবনি'।
খাকনা খাকনা নোকই ঈশিং লাকপা
পাপীগী মচাগী সাহেব হায়
মুংথিল সিনেমা য়েংই সমুন্দরকী সুন্দরী
ফোং কোং শারবা বোরা চাই
লুর-লুরবা হায়দোরকই গোবর্ণমেণ্টকী অমম্থং বেন্নাম্ভগী
চেলেঞ্জ ভৌই হোটেলদা
মিষ্টর নেহরুগী ফোরেন পোলিসি।
বাসিখোং ক্লদ রিলিফ কেম্পতা
নোল্লুকনা হায় মোহন্না
মত্তেং পাংবিয় অঙম্বা দান ভৌবিয়

মন্না পৈশা অমতা ওইরবন্নু
পুকচেল শেংনা পীনবিয়ু
মীওইবগী মতেং নস্তুনা
মীওইবনা করম্না হিংগনি—
কৈথেন মুপীগী শেঙ্গাওদগী
অনা কেল্লি খুদক্তা।
Lokal council
টি· সিঃ মেম্বরগী মচান্নুপী সরজুলতা
(হান্নদি মাইপাকপী কৌরমই)
লৈমা জগোই শাই অশংবা লাইট কাপ্তুনা
তেংবাংশোগী প্রোগ্রামদা।
খুবাক খুই মোহন্না
লুপাগী মেডল দিক্লেয়ার তৌই
মখুৎ অনী লোম্না।
থেংলবা অহিংদা হল্লকই
খুরবা লৈরক ফাওতুনা
লৈখোম ঈশিং চিনফা পুই।
মৈফু লৈত্রা য়াইমবী।
পুকচেল তপ্পবী য়াইমবী
অহিং তুম্বা শংজদে।
য়াহৌরগা ফৈজোম্ শেৎতুনা
মুপা অনীনা ইন্দুনা
ময়ুমদগী থোরকই,
মখুৎ থাজৎতুন রাশকই লমজাওদা
শেত্তুনা লৌগনি গ্রান্ট ইন এইদ
ফাইনেন্সিয়েল ইয়ার লোইদ্রিবৈদা।
অয়ুক মুপা অনী লাকই স্কুল কোনভর্সনগী
জিথগী রারী তাবদা
মুমগী য়াংলেন ম্নেংখৎচৈ

পুকচেল ভপ্লবী য়াইমবী।
মোরোক্ পোলাং পুথোক্লুনা
তুলসীবোংদা কৌদোকচৈ।

শেঙ্গোক চাথোরকপা অমত্তা
পঙ্কুবা লৈতে মোহন্দা
সুক্রেথানগী ফুরিৎ পুময়াৎ–
মোহনবু হৌদোকপরা হায়নীংই
মানা শেৎপা ফৈজোমস্সু
ময়ামদগী থেম্নদে
মহাক্নীদা য়েংনী ই অহুবু।
সরজুগী লুহোংবদা
মোহন য়েংবা ভাক্তুনি
মোহনগী সনগ্রাস য়েংবদা
অঙাং অমা ময়া ক্লাই।
হুমাংনা চোৎলবা লাইবক্তী চন্দণ
ভক্তিগী তপ্লব পাউতাক্লি।

লুহোংবদগী হল্লকপদা
মুমগী থোজানমক্তদা
খুদাং পায় পাখং অমনা
'অশেংবা হায়য়ু ভাদ মোহন
লুপা চহুম হনগেরা?'
মথাং মেক্তুনা পাখং অমনা
লেপ্তুনা লৈ থ'প্লপা
পুকচেন ভপ্লবী য়াইমবী
ইংবা কৌবদা ফংজদে।

# অহাওবদা চাসি ওসিদি ফজবতা শেৎসি

( কাশি তোশো )

অহাওবদা চাসি ওসিদি ফজবত শেৎসি।
ফজবা ফি রোল শেৎলগা
চীং কাসি ওসিদি
কোম্বীরৈ শেৎকেরা
শনারৈ ইনগেরা
থরো শেৎকেরা
থম্বাল ইনগেরা আঃ ঈওৈলহুম মাল্লে নহাক্তি।
থোরকও থোরকও
ফজবা ফিরোল শেৎলগা
চীং কাসি ওসিদি।
বোকুল বীরেন
বিনোদিনী থম্বালশংবী ওস্থোক্না ফজখরে ফজখরে
থোরকও থোরকও।
ওঃ চেংও তাওবা কা·বু ফি তাংবা কাংবু
চিনি লোৎপা থুম লোৎপা আলু লোৎপা
লোইনা থোরকউ নখোয়স্থ ওসিদি
ফজবা ফি-রোল শেৎলগা
চীং কাসি ওসিদি
অরাংবা চীংদোন্মা
লাইরৈবাক্না শম্নকমদা
শান্নসি ওসিদি লাইশী মচাশিংগুন্না

ফজবতা শেংসি ঙসিদি ফজবতা চাসি
ফজবতা থনসি
ফজবতা মাংশি ঙসিদি
ঙসিদবু ফজনা শেংলবদি
চহী অমা ফজগদৌরিবনি
ঙসিদবু ফজনা চারবদি
চহী অমা ফজনা চাগদৌরিবনি
ঙসিদবু ফজনা থল্লবদি
চহী অমা ফজনা থনগদৌরিবনি !!
অন্থুনা লোইনা থোরকউ ইচিন ইনাওশা।
অল্লাংবদা কারিবা হো ইচিন ইনাও
হো থুরা হো তাদা
ঙম্মোক্না ষজথরেদা নথোয়্'সে!
চীংদোন্দগী অমুক য়েংথরকপদদি
হে ভগবান্! অস্থুক ফজবরনে লৈবাক অসিবো
অস্থুপ ফজবরনে তম্পাক অসিবো
অস্থুপ নানবরনে খ্বাইরম্বনসিবো ?
অস্থুপ লিংজেন মান্নবরনে মৈতৈ'সিবো
ওঃ লিংজেন মান্নহৌরো মৈতৈ পুন্নমক ঙসিদং
চহী চুপ্পা লিংজেন মান্ননবা
অথাপ্পদা লৈবা অনকপদা লৈবা
চীংদা লৈবা তমদা লৈবা
তিন্নহৌরো ঙসিদি
চহি চুপ্পা তিন্ননবা
পুকচেল শেংহৌরো ঙসিদি
চহি চুপ্পা পুকচেন শেংননবা
চৈরাওবা মুমিৎ অসিদা ঙসিদি
ফজবতা চাহৌরো
ফজবতা শেংহৌরো।

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

# চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি

চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি
থাবলগী ঈপাক মথকসিদা হিহোনবনা য়োঙমত্রবা লমদমচুদা
কনানসু উত্রবা কনানসু খঙম্রবা কনানসু তাত্রবা—
চত্তা মচৎসি চত্তা মচৎসি হংলকয় রাহংদো
"করিগীনো অসিদি"।
থেঙত্রবা অহিংগী লৈহাউ লৈরেনগী কোকিল
কাওকাওগী রাশক লৈথোক অমতগী লৈরাং অনী
ঐহাক্কী নত্তে ঐহাক্কী নত্তে।
ঐহাক্কী মুংশিবদি গুপ্তচরনি
মহাদেবগী মমাঙদা খাঙত্মদনা চেল্লিবা কামদেবনি
শামু খোঙয়েৎপদা খম্বগী হকচাংনি
দুষ্যন্তগী সন্তাদা ফীরুক খুমজিন্না লেপ্লিবী শকুন্তলানি।
খঙইনে ঐহাকসু খঙইনে
য়াম্নখিদেনে মুমিৎতুদা নহাক্না ঐহাক্কী ফীজি
ওইখিদে নহাক্কী শগোল তোংবা পাখং
পাউমেনজখিদে কদৌঐ নিংথোলগী খোম্লেন মঙলান চাদা
তৌখিদেনে ইলিং থাদোইনা লোক্তাক মপান্দা থমংখোংগী
খোংজীন্দা
"মানি নহৈ অচানবী"
তারেদনা নহাকসু লৈরাংগী তেংথারোল বসন্তগী রারবা খোজেল

উরেদনা লৈচিন্না কুপগ্রবা শরৎকী পুৃণমা।

ঐগী খুৎসি পায়য়ুনে চণ্ডশিল্লকউনে ইনাক্কা

হা-ইমা! করিনো হন্দোক্লিবসিবু

নহাক্কী শমলাংগী নীংথিজববু ঐহাক্কা কয়ারক উগ্রবগে?

মরোল অহুমমকপু শুদ্ধাৎপা ওয়বা নহাক্কী মুংশিরবা শম্লাংগী অমুবা লৈচিল অহুনা

কৃপশিনবীরো চান্নবী! তাওহল্লোনে ঐহাক্কী মিৎ অসি মমহল্লোনে।

ইখুত্তগী লৈসি উরবরা?

পায়নীংঙ্গবসু কৈদৌগে নহাক্কী শমজিদা থেৎকেসে

নহাক্কী শমজিদা থেৎকেসে চণ্ড শিল্লকউনে।

নওনদি খওলোই

নওনদি খওলোই

নওনদি খওলোইদো মুংশিবী!

করিগীনো ঐহাক্কা শরৎকী থাবলদা কপ্লিবা

বসন্তগী লৈরাংশিংবু থদংলিবা মলয়াগী ঈথিন্দা মিপাইরিবা

করিগীনো অমংবা লোংগী মপৈ উবদা

থম্মোইদা খাওতমদবা চৈনাখোল থোক্লিবা।

তারিরোই নহাক্তি উরিরোই

ঐহাক্কী স্বর য়াওগ্রবা ঈশৈ ফোংদোকপা ওমত্রবা খোওচৎ থাদোকপা ওমত্রবা

ধ্রুবতারাগী ছন্দ

পাউথুম মাওগ্রবা তত্ত্বা হ্রাহং লৈকংলাগী মিরবা তেংথারেল।

আঃ নহাক্তি য়েংলিদো মীৎ-কুপ্তনা অহাওবা অতিয়াদা

অহাওবা অতিয়াদা অহাওবা অতিয়াদা!

য়েংলকউনে ঐঙোন্দা অমুক্তং

ঐহাক্কী চোকথরবা মিৎকমসিদা

মত্তাল রাওব্রবা মায়খোংসিদা।
খাবলগী ঈপাক মথকসিদা
চৎলসিনে কদাইদনে৷ ইবানি।

## নীংশিংলিবরা মনোরমা ?

**Do you remember an Inn, Miranda ?**

কৌক্রু চীংগী চীংদোন্দা ইবানিনা শাগৎলম্বা উনাগী খাংপোক
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
মওং নাইত্রবা উনাগী খাংপোক হায়ফম খঙত্রবা কৌক্রুগী ফুংশিং
পল্লেপকম খঙত্রবা মীওইবগী পুন্সি নঙতনা খঙবা ঐগী থম্মোই।
ফুংশিংনা রা রা শীংৎলকপা নোংলৈনা উরুউরু লৈশিল্লকপা
ফুংশিংহৈত্রবা মমশিল্লকপা অমংবা নোংগী মপৈ
নোংথাঙগী তথক্লবা শাথেক
অকিবা নোংখোং।
( মতম অহুদা নহাক্না ঐঙোন্দা চেৎনা কোন্‌শিল্লকপা
অমস্তুং মহুদা ইবানিস্থ কয়াদা নোকমিন্নপ্রবা ! )
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা ?
বসন্তগী নামিবা মলয়া চৌক্লবা উনাশিংবু তনিক তনিক লাউহল্লকপা
ঐহাক্কী থম্মোইবু নীকহল্লকপা
নহাক্কী থম্মোইবু নীকহল্লকপা।
অহুবু য়েংখোকখিবদদি কনা উদবা উনাগী খাংপোক নত্তনা
নহাক্কী উনাগী খাংপোক
ঐহাক্কী উনাগী খাংপোক
নঙ অমস্তুং ঐ

ঐ অমসুং নঙ ॥
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা ?
অমম্বা অতিয়াগী অহিংদা নিলখোংলবা সহরগী মৈঙাম্দা
নহাক্না নোংমা খুদোম্বী থিন্দুনা খাংপোক্কী উনা অমত্তং হুন্দোকপা
য়াওনীংলকপা সহরগী তপথদবা স্নুরদা।
শক্লকপা নহাক্না কৌক্রুগী অরোইবা নাইদবা ঈশৈ
মলয়া সুংশিংকা কোম্লবা লৈরাংগী শাথেক তিম্লবা
অমসুং ঐহাক্কী থম্মোইদা তিল্লবা ॥
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা ?

নঙনা থাজবা কৌক্রুগী লৈরাং মখোঙ শোমজবা কৌক্রুগী হৈরাং
নহাক্কী পুন্সি লৈরাং ঐহাক্কী থম্মোয়গী হৈরাং।
হৈরাং-লৈরাংনা শাগৎলবা বসন্ত নামীবা মলয়ানা থৌগল্লবা ঋতুরাজ
কৌক্রুগী চীক্লবা চৌংদোনগী স্নুর
নহাক্কী পুন্সিগী স্নুর ঐহাক্কী পুন্সিগী স্নুর
স্নুরগী অরোইবা পল্লেশকম থম্মোইগী শান্তি ঈশৈকম
ইবানিগী উনাগী খাংপোক।
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা ?

কৌক্রুগী উনাগী খাংপোক্তা
থাবল কয়ানা নোকখ্রবা বসন্ত কয়ানা শাৎখ্রবা
হৈরাং কয়ানা কেনখ্রবা বসন্ত কয়া হৌখ্রবা।
অমংবা নোংগী মপৈ কয়ানা ইবানিগী থম্মোইবু নীকহনখ্রবা
অহিংগী অমম্বা কয়ানা ইবানিগী পুন্সিবু মমশিনহনখ্রেবা ॥
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা ?

অহুবু নহাকস্থু খণ্ডলিবহুমণ্ডাই
ইবানিগী উনাগী খাণ্ডপোক্তি লোইত্রে উৎ ওনত্রে নোংমা কৌক্রগী
চাকহনত্রে খণ্ডহৌদনা লম্মে অমদা অকিবা ফ'না চাকখৎলন্নবা চৌংদোন্দা
ঐহাক্তী থম্মোইবু চাকহন্নকপা নহাক্তী থম্মোইবু চাকহন্নকপা,
অয়োইবা নাইত্রবা মৈ'রি
নহাকী পুল্সিগী মৈরি
ঐহাকী পুল্সিগী মৈ'রি॥
মৈরি অহুগী মঙাল্দা, ইবানিনা চেৎনা কোনশিন্নদুনা কয়া কুইনা কপখ্রবা
নহাকস্থু কপ্পা ঐহাকস্থু কপ্পা
কৌক্রস্থু কপ্পা।
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা ?
কৌক্র চৌংগী চৌংদোন্দা ইবানিনা শাগৎচরম্বা উনাগী খাংপোক
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা ?

রথযাত্রা হুমিংকী হুংথিলদা
কংশি, মাণ্ডগং, পূংগী মখোলগা লোয়ননা
"জয় জগন্নাথ" "জয় জগন্নাথ"
নিল্লি মায়কৈ 'পুম্বা মণিপুরগী।
অহুবু মণিপুরগী অভিয়াদদি
অমকপা, য়েংথিনবা থম্মোইদগী খোরকপা
লোইবা নাইত্রবা চৈনবা খোল্লাউ

অমুবা অরণ্ডবা প্রোপগণ্ডা
কংগ্রেস, সোস্তলিষ্ট, কম্যুনিষ্ট, প্রজাশান্তি
হিংসা, অহিংসা, রাজসি হাসন।
"কলোমদনো লম্বেনসিবু—
চীনগা খুৎকা মায়দবা,
লমথুংকমগা লম্বেনগা শম্নদবা,
কিদমদগী মীশক্লা লুবা?"
হংলি নহাক্তি ইমা মৈতৈলৈমা।
মজাইবেমা মমোম লাংলেন থোইবীনা শাথোবা
কাক্তাগী লুংশিং নামিবা
নিংঙোলবু মোগী শীংদা চলহনবা
লাই হরাওবগী জগোই—
থেক-থেক নৌগ-নৌ হায়না হুম শ' থেকপা
গুন্দ্রংপা বাঁশিগী স্থরদা,
অণ্ডকপা পুংলোন্দা জগংপু কাউচনা
ঐখোয়না য়েংজবা মৈতৈগী জগোই রাস
নীংশিংলিবরা ইমা মণিপুর?
নচাশিংদি য়েংলি; অহুবু কাউরে!
হৌজিক্তি রুদ্রগী তাণ্ডব জগোই
পৃথ্বী থক-থা ওলহনবা নটরাজ শিবগী
প্রলয়-ঈদিৎ লৈপাক লৈমা চেকথায়দোরে
লাঞ্জবী, পুন্সীচুপ্পা রাজরবী
সতী সীতা অচুম্বদি চণ্ডথিগদোরে
চণ্ডপ্রবরনে ইমা মহাত্মা গান্ধীগা লোয়মনা?
আঃ ইমা নঙনদি য়েংজগে হোৎনবা শারি—
অচুম্বগী মঙাল, ধর্ম্মগী মৈত্রী,
থম্মোয়গী শেংলবা অতিয়া
তারেদনা নহাকপু উরেদনা

এটোম বোমগী মখোল, অয়াকপা, অকিবা,
মৈরিক-মৈথু অমুবা চাংমুক য়াংবা
রাশিয়াদা 'জার' নিংথৌনা নৈব-ওৎপা ঐ চুপ্পা
বন্দী বনবাস মী লৌশিং কয়াবু মতুংদা কম্যুনিজম
স্তৈলিন !!
শেংলবা চুংথিলদা নীংথায়দনা খোংলিবা
লমহুইগী কাংবু এশিয়া অমসুং আফ্রিকাগী
অতিয়াদা পাইরিবা লণ্ডনগী শঙ্খু
পাইবা শাইনে কৈরাল ইট, এন, ওদা
"হাফমাই" গান্ধীজীনা নোআখিবদদি
অয়াবা কোওদোকই মখোয়না—
মীওইবা জাতিগী অমাওবা অমা !
অহুবু ইমা নহাক্তি
কম্যোক্রমলে হিদেনতাকম অহুদা হিংসাগী
স্বার্থগী, পার্টি পোলিটিক্সগী
শকুন্তলাগী নীংশিং খুদোপ
নহাকপু কাউরে, নচাশিংনা হৌজিক্তি
নহাকপু ইমা মৈতৈ লৈমা !
থিরখিনি নচাশিংনা নোংমদি
শিন্নরকপা পিগা লোয়নবা
অনুতাপ্পা চাক্লবা ছুষ্যন্ত !
মতম'হুদা নহাক্তি কদাইদা
কদাইদা ইমা, কদাইদা ?

# ওসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা

ওসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা
নীংথিবী। নহাক্কি জগোই শারি—
গুম্লাংপা শাখেক্তা মোমোন নোক্লি
নহাকী মীৎচিগী ভেম্না
এতোম বোম পোকখায়বগী মৈথুগুম্না
কৃপশিল্পক্লি ঐহাকী মিৎয়েংগী জগৎ।
অদুবু নহাকসি
কয়াদা থাপপ্রবা।
হোৎচিল্লি ঐহাকী থম্মোইস্থ
কামগী মমাই কারবা ছন্দসু
থৌরমদাই জীপকী ইনজিন মখোলগুম্না।
অদুবু নহাকসি
কয়াদা থাপপ্রবা।
ওইরে পুক্নীসি লেপকম খণ্ডবা
চীংশিন্নবা অমসুং থাপতোক্লবগী শক্তিগী লানফমদা
থেংগায়নরি মীকুপ খুদিং
কৌরব পাণ্ডবকী ভেংগোনগুম্না
কাওগা খম্বগা নম্নবগুম্না
চঞ্চলক্লরোই নীংলুই ফজবা অপাম্বা কয়া
মনীং ভম্না ভপথবা লৈতনা।
খল্লকই ওইরেদনা ধন্য ঐহাকী পুক্নীসি
কংলগা পুন্নমক অসি পুক্নীদা।
অদুবু মাথল অসি মারানি—

পাইয়ম্বদগী চপলেপথিবা উচেক্কী শাখপকুম্না
লম্মৈ চাকপ্রবা উমংগী মশামরেং চাকথোকপ্রবা
তরক তরক লেপ্পা য়ুংলিবা কাহৎলবা উপালগুম্না
পুম্নমক অসি লেঙদে – চপদেপই
নাইতোম লৈরি, রারী শানদে।
অহুবু অঙকপা মায়াগী থোরী লিচিংদা
ঐবু পুশিল্লি তত্তনা ফজবগী লাংদা
থৌজিল্লি ঐগী থম্মোইবু তপথবা লৈতনা
মাঙদা উরিবা ফজবীগী নাক্তা
অহুবু অসিমম্ম মায়া'ন মংগী মশক্লি—
খোঙকম অমা থা জিন্দে তশেংবদি
চাকা ফুকওমত্রবা কর্ণগী দোলাইগুম্না।
অহুবু নিংথিবী! নহাক্তি জগোই শারি
কৌশিল্লি খুৎলাম তোয়না
ঐহাকম্ম য়েংলি নহাকপু মীৎকুপ্পুনা
অপাম্বগী তপথত্রবা সিটি বসকী ইঞ্জিন মখোম্দা
নহাক্তি জগোই শারি—জগোই শারি।
হৌজিক্তি ওইরে পুক্সী অসে
লৈই অসিগী করুকম—অপাম্বগী অমম্মুং লাপথোক্লবগী
চিংশিনবগী অমম্মুং থকতোকপগী
ওইরে মতম পুম্বদা অথাপ্পা
নাইতোম নাইতোমগী জগৎ।
মাঙপ্রে অমকপা অমতা ওইবা মতমগী সত্তাতাদা
ওইরে মতম পুম্বদা অরাপ্পা অহাংবা॥
ওসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা
নিংথিবী। নহাক্তি শারি জগোই।
অহুবু নহাকী মীনোক অমম্মুং ঐহাকী লাংতক্লবগী ময়ক্তা
লৈরি অহাংবা

নহাক্কী শাথেক অমস্তুং ঐহাক্কী থাওঙমজবা কামগী শাক ময়েকা
লৈরি অহাংবা
কৃশ্মিল্লকই নহাক্কা ঐ তম্না ঐহাকসু হোংচিন্নি
অদুবু লৈরি অহাংবা
ওইরে পুন্সীসি জগোই রাসকী খুৎথেক শাথেক
অয়েংববু চিংশিনবা অমস্তুং থাপতোকহনবা
কৌস্থু কৌশিনবা অমুকসু তাম্থোকপা।
ওক্কবী মুখীগী কংলবা মীনেৎকুম্না।
ওসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা
নিংখিবী। নহাক্কি জগোই শারি—
অদুবু ওইরে পুন্সীসি অহাংবা
অহাংবগী অহাংবা ওাক্কা
মিৎতাংবা লোম্থোক্কবা অনী লেপমিন্নবদৌনা।
মাওঙ্গে লম্বী নক্কবগী অমতা ওইবগী
থম্মোয়গা থম্মোয়গা তিন্নবগী
খুৎশম্নহনা ওাওনা থাবল চোংবীগী।
হৌজিক্কি উরে অহাংবা ওাক্কা
থাপ্লবনা কুপশিনগ্রে পুন্সী অসি
দ্বীপ কয়া কয়া থোকগ্রে তিন্নবা লৈত্রবগী
শক থঙনদবগী থম্মোয়গা থম্মোয় তিন্নদবগী।
অদুবু নিংথিবী। নহাক্কি শারি জগোই
ওসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা।

# লম্মাংনবা

"In this immensity my thought sinks drowned,
And sweet it seems to shipwreck in this Sea"
*—Leopardo*

সভ্যতাগী খিংঙমত্রবা খোঙচৎ অসিদা
ঐখোয়না রাংলবা চৌংজাউ কয়া লাম্মোক্নুনা
নীংথিজরবা তম্পাক অসি কাংজরে
হকচাংমখৈদি পোশ্ব জরে, অদুবু থম্মোইদি
মিৎয়েংদি !
মীওইবা জাতিগী চাঙথৎপগী ঐথক মথক্তা তাউদুনা
কদোমদনো ঐখোয়গী পীক্লবা হিসি !
মীওইবা সভ্যতাগী নোংলৈ নুংশিত্তা
নৌরবা ময়োলসি থাঙজরিদো হাইনা হন্না
তাখি ঐখোয়না খেঙলবা অহিংদা
নুংশিবা নৌরবা সুরগী ঈচেল
দীন হীন ভাগ্যচক্র
অদুগা ঐখোয়না তখি অমস্থ
তাখি অমস্থ
কদোমদনো কদয়দনো করম্বনো ?
ঐখোয়না তাখি ঐখোয়না তাখি।
ঙরাং নুমিদাংরাইরমদা অসিদা লাক্লম্বা সাধুবাবুদুনা
ঐখোয়দা করি হায়রম্বগে ?
কনানো য়াচঙবদা ফীভোনা থুমদুনা থঙহৌদনা মাঙখিবদুবু
লাঙগোল লুখোই !
করম্বা হিদেন তাফমদনো হোঙ্গিল্লসিনে ঐখোয়গী হিসি

অন্নাং চাউখোং ছিদেন্দা ?

নত্তে নত্তে অতোপ্পা ছিদেন্দা

অতোপ্পা ছিদেন্দা

আঃ কল্লিগীনোনে চাউখোং ছিদেন্দা মহায়বসিবো ?

কদায়দনো মরাইবক খীরবা মণিপুর —

মেহৈল লৈন্না মুংজুম্পান কদাম্বদি লৈম্মুংশি।

কদাইদনোনে নহাক্কী ঈশৈগী মন্দির ?

কদাইদনো থাক্লগদবা নহাক্কী লূম্নবা পোৎয়োম

কদাইদনো হেক্লুগদবা নহাক্কী শমজগী লৈহাউ

কদাইদনো শাহৎনগদবা নহাক্কী থম্মোইগী লৈরাং

আশাগী লৈরাং রাথলগী লৈরাং পূন্নমক্লা য়েংবীত্রবা

নহাক্কী পুন্সীগী লৈরাং ?

য়েংউ লায়রবা ! যজ্ঞগী মৈরাদি চাক্লেসে

চাক্লেসে চাক্লেসে অঙকপা ফংনা অতিয়া ভম্না

কন্সি দেবায় ?

করম্বা লাইদনো ? হৌদোকমিন্নরকপা মৈহৌরোনগী

লাইদরা ? থম্মোয় পীবীরকপা হিন্দুগী লাইদরা ?

পোথাবা কংত্রবা মতমগী লাইদরা ? মায়থুম য়াওরিবা

ভবিষৎকী লাইদরা ? করম্বা লাইদনো ?

লৈজরেনে ঐখোয়গীদি -- ঐখোয়গী আশাদা

অনৌবা ময়োল হকচাংদা অঙকপা শক্তি, রাথলদা

থিংভমত্রবা ঈচেল, থম্মোয়দা নৌরবা লৈরাং

অতুবু করম্বা লাইদনো ? করম্বা লাইদনো ?

মীচিক মীরাওখোল তাত্রবা থেঙনবা অহিংসিদা

অমুকম্নু সুন্দ্রংপা বাঁশীগী স্বর

ওম্মোকপনিদকো থম্মোয়বু হূরিবা ব্রজগী মধুকরশ্যাম

করম্বা লাইদনো ?

# নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী

হে পৃথিবী। চহী যুগ যুগ কয়া চংলক্লি ইতিহাসকী লামাম্দা
লাক্লোম্লুই আটলানতিক মহাসাগর,
পোখরুই ট্রোয় লমদমগী হেলেনগা লোয়ননা,
কৌক্রগীংগী চীংদে ন্দা লেপ্তুনা য়েংলুই হৌথ্রবা ইতিহাসতা মণিপুরগী—
কোয়মিন্নরুই পাখংবগা গুরুগী কাংখোও,
কয়ুই কিয়াম্বা নিংথৌগী সভাদা মাওমিন্নরুই সন্ধ্যাদা লাংগোন লুখোইপ
অগোই শারমই শিজ লাইরোইবীগা নাপদা চঙ্হনা পাউহংলুই।
চোকথরবা হকচাংনি মল্লবা থম্মোয়নি মিংৎকমনি মণ্ডাল মাওত্রবা
অদুবু, থওহৌদনা নোংলৈ লুংশিংকুম্না
বারুণী চীংমায়দা অহিংগী থাউমৈ পরেংগী মিংৎকমগা লোয়ননা
তাজমহলগী কুচু মাল্লবা শকফমনা
থামম্লবা কৌক্রগী অমম্বা মচুগী চোইজাইনরবা শমলাংনা
চীংথে লাইরেম্বীগী মীনোক্তা
ইনাক্তা চঙলহনা কমথরৈ নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখীনা ॥
হংলকই—ঐবু থওলিবরা ?
ঐনদি তোয়না শোজবা মশক্কি উবা কংত্রিবা,
ঐবুদি কাউবা লৈতবা, উগে হায়বদি ওমত্রিবা,
অদুগুম্বা মুপীগী মতোংগুম্না—
পুন্সীগী থবক লেপ্লবা, পীথোক পীশিন কারবায়না থম্লবা
অথেওবা অহিংগী মীকুপ্তা পোদোনগী মৈরাতা ভায়রবা—
চঙশিন্নকই ইনাক্তা, ঐভোন্দা য়েংলকই নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখীনা ॥
থাজরুই ঐহাকসি অমুক কুইবসি
পণ্ডিতনি, কর্ম্মীনি, দেশভক্তনি, কবিনি

ভুমিং পাইবা য়ারমদে মরৈগী থাংলোন্দা শক্তিগী মৈথুরক্তা।
পুন্সীবু লৌরম্মী, হে পৃথিবী, শান্নবুংনি অচুম্বগী কজবগী।
অদুবু ইথা থাজদনা য়ারল পাংকী কোম্বীরৈ মচুমাল্লবা কীজোন্দা,
কাক্তাগী মুংশিং নামিবগী খোঙখাওদা,
শ'ব'ম্নরবা লৌবুক্কী ফৌনা মাল্লবা মথুংনা—
তুমুগী লমদম পাংনা খোংখিবা থেঙলবা থম্বগী তৌত্রি মখোলগুম্না
লেংবান্দা পাম্নরকই য়েংলকই মিংচাননা নিংথৌখোংগী চন্দ্রসথীনা॥
ইতা। করম্বা পুংফমদা করম্বা মীকুপতা
উরুরবা শ্যামবু কদম মখোঙদা?
পুন্সী হায়রবু করিনো—থবক্তি কারবারান।
মুংশিবা হায়রনা কদায়নো—ওইদবান মীনম্বনি। মায়ানি।
হাওবা নত্তে মীকুপ অমতং, কেল্লক্লবা মালিকা লৈরাং য়েংজনবা
তাবা নত্তে কোকথক্তা অয়ুক্তা বোকুলগী লৈরাংনা চাইথরক্লুনা।
অদুবু থেঙলবা অহিংদা নোংয়ায়গী মীকুপ্তা অমম্বা অতিয়াগী মথাদা
নম্বুল তুরেলগী শাথেক্তা লেংয়ননা চঙশিল্লক্লুনা,
অগ্নি লৈহাউ মাল্লবা মিংকমগা লোয়ননা,
ভূতপ্রেতকী শউমগা লোয়ননা;
হকচাং কায়াৎ পুম্নমক ভুচুংহন্নুনা
কোকলগী স্বরবু ওমজনা—
ঐঙোন্দা কোল্লকই মীকুপ অমতং নিংথৌখোংগী চন্দ্রসথীনা॥
১৯৬৩

# অরাবা

ঐদি শজীনি পোক্লকপদদি
অদুবু ওল্মীংলে হৌজিক্তি কৈজাউ
অসিনি ঐগী অরাবা —

ভথক ভথক্লবা ঐহাক্কী মিংন্নি
চেরমই থর'য়ীদমক শাত'নবগী শউমদা
অদুবু হৌজিক্তি মিৎসে ভাংশং ভাঙলে
লুমহুনা থুপ্তুনা শজীদা চোংশিন্নীংলে।

অকোয়বদা লৈরি কৈগী শঙ্গুনা
চারি শহুম শেংল শেংলহুনা
ঐনা উরগা কপ্লবা লাক্লে
অদুবু নোক্তবা য়াগ্রহুনা নোক্লে।

নাকোং থাংগৎলি শজীগী মখোলদা
য়েংলে মিৎসিনা ভনৌরিবা হানৌশিন্দা
অদুবু ঐহাক্তি তুমদবা য়াদে
কৈগী শজুনা কোয়শিল্লহুনা।

Hungary গী মমিং চৎলবা কবি Attila Jozsef কী শৈরেং "অরাবা" হায়বদু নীংশিংদুনা ইবা।

# ঐগী ইমা

থা খরসি চহী খরসি নীংশিংলি
ইমাদো মপামদা চৎখিবী মপী তৈথোক্লকনা।
ঐনা কপচখি লাউজখি—ইমাবু খাম্বীয়ু।
ইপাদা কপচৈ—ইমাবু কৌশিনবীয়ু।
ইমাদো চৎখি খো'ঙ্গুথাঙ তপ্না
য়াক্লবা কালেনগী সুংশা মরক্তা।
ঐনা লাউজখি—ঙাইখো' ইমা চৎপা য়ারোই
ইমা লৈতবা য়ুমসিদা ঐহাক লৈরোই
চৎমিন্নসি ইমা ইচা—
ঐবু পুবীয়া থুৎশন্নহনা ইমানা
হুন্নফাওবা য়েংলমদে ইমানা
চৎখি মোৎলবা ফীজোন্দা মকোক মক্ক থুমহনা।
হৌজিক্কি উজরে ইমাগী শক্তি
ইমাগী থৌজাল ইমাগী সুংশিবা
লৈরম্লে ইমাদি বন্দীশঙদা নচাশিংবু কাহনা পুম্বিবা
চেন্নমই ইমানা নচাশিংদা কাপ্পিবা নোংমৈ গুলি মরক্তা।
চাইরি ইমাগী শন্নাংনা কৌক্রগী লাইমতোন ফৌরুংবা
ওইরি মিৎয়েংনা ইমাগী লোক্তাকী লাইজগা অমতা॥

---

* Hungary গী কবি Attila Jozsef কী শৈরেং "ইমা" হায়বহু নীংশিংহনা ইবা।

শ্রীশিজগুরুময়ুম নীলবীর শর্ম্মা

# সমুদ্র দর্শন

মাঙদা উরি চীংনা লেম্না উরি প রু। চাউনা তাম্না
ওমথৈ লৈতে মপাল নাইদে তিংখরি স্নুনতরংদা অরাপ্পা
হৌরি ঈথক্লা চীংত্থমগুম লাউনা খোংনা হৌনা ঙংবা
ঝম ঝম রা রা লাউরি নিল্লি ঙংলি মায়কৈ পূম্বা।

চাউর চাউরবা তুরেলশিং তিনশিনথি লূপশিনথি লোইনবা
মানি মানি পোত্থাকল্লি ঈচেল পূম্বগী তিনকল্লি
চীং-মাল উমং-রামং লাম্না লাক্লি তুরেলনা থিরি
ঈচেল পূম্বগী নঙনি ওমথৈ নঙনি মুক্তি নঙনি শান্তি।

হে সমুদ্র নঙনা তাইশিন্নহল্লি মহাদেশকা মহাদেশকা
কোল্লি নথাদা চেৎনা লূনা দ্বীপ মহাদ্বীপ কয়া কয়া—
ঙৌনা লূনা থেক্না খোয়না শাংল-তুরেল লংলানা পুল্লি
পুল্লি নঙনা চেৎনা চান্না মালেম লৈমবু স্নুংশি-লিচিংনা।

ঈমাইদা তাউরিবা হিথক্তা তোংলিবা হি-হোনবা পাখঙনা
শক্লি তান্না খুলং ঈশৈ স্নুংশি-শৈরোলবু থাদ্বনা
ঈথক হৌরি জগোয় শারি হরাউরি স্নুংঙাইরি পেঞ্জরি
মপান্দা লেপতুনা ঙাই'র লাংতক্লবী য়ুমলৈমশিংনা।

হে লাইজ নিংথৌ সমুদ্র চীং লেম্বগী শক্লোল পুবা
নথাদা লোৎলি তাঙলবা মণিমূক্তা কয়া কয়া—
লোৎলি চীংজাউ কয়াস্ত্র তমথীরবা তিনি গুম্ভীর
অম্বুবু নঙদি পীনহৈবনি নঙদি খোজালগী মশক্লি।

বাসুকীনা খুংলাক্লা মন্দর'চলবু চেপচিংনা
নৈত্রে নঙবু শাখিমা লাই হিংচা চঙহনা
থৌরাংলবা তাইবংনা থিঁরি নখাঙুংদা লুপতুনা
পীয়ূ ঙসি অমৃত চক্ষু পীয়ূ শিদহিদাক মালেমদা।

হৌরিবা ঈথকসে ঈমাইদা মানি নঙগী অৱা ঈথক্লি
কারিবা কোঙ্গোলসে ঈপাক্তা মানি অৱা মৈশা থুদল্লি
নঙগী ঈপাক্লা নঙগী নোংলিক্লা পীতমত্রে অইংবা চুত্তাইবা
নঙগী থৌরাং পূম্বা কাম্নত্রে কোক্তে মালেম মৈচাক ঙসি।

তাইবংপানগী থনবদা রারি হে পূকচেল চাউবা মঙম্ব কপলি
য়েক্লবা ভমথীবা হাংমবা থাঙঙমত্রে নহাকম্ব থাঙঙমদে
থোক্তেলসে নত্তে লাউথোংবা মানি মানি তেংথা নাংওইবনি
মালেমগীদমক পিরাং চেন্নবনি তাইবংগীদমক থুমহি ঈপাক্লবনি।

ঈচেল পূম্বনা তিল্লহুনম্ব নঙগী চাংজৌ পাথোক্তে
নোংলিক কম্লা লৌথোক্কুনম্ব নঙগী ময়েং তাথদে
নঙনি অরেপ্পা নঙনি অচৌবা যুগ কয়াগী শান্তি উপাসক
পীয়ূ শান্তি পীয়ূ মুক্তি শান্তি-মুক্তি, মুক্তি শান্তি।

মীওইববু মাঙতাকহনবা পৃথীবু উং ওলহনবা ঙম্বা
এতোম হাইড্রোজেনগী চাংয়েং নঙগী অক্লবা ঈরোম্নুংদা
অত্নবু নঙগী চীং-লেম্ব, মিপাই চাউদবা থম্মোইগুংদা
হে পুকচেল লেপ্লবা যোগী পুরো শান্তি মুক্তিগী মাইকৈদা।

ঙসি কুনশুবা শতাব্দীদা কপ্পি সীতা লিশিং লিশিংনা
রামদি কদায় রামদি কদায় নঙবু পন থিংবা রামদি কদায়
হায়য়ূ সমুদ্র তম্মু চিরন্তন কৈদা লৈগ্রে অযোধ্যাপতি
রাবণনা থম্নে মালেমসি চাউথংলে হিংচা শাগৈনা।

# শাগ্নো নওগী তাণ্ডব

চানবী হৈবী ভারত লৈমা
অকনবা পোকপী অথৌবা মোকপী
য়েংঙু ইমা য়েক্লবনা লালশিংনরি
নঙবু নৈগে থৌরাং তৌরি।

করিগী মিপাইগনি করিগী রাগনি
কাউবরা নচা কোটি য়াঙথৈবু
নিংশিংদরা অকনবা পোকপী নমিংবু
লাকসঙ ইমা লৌনবা থাগী।

য়েংঙু ইমা শেম শারে রাম
পায়খৎলো রাম নওগী লীকং
সমুদ্রবু থিংঙম্বা হিংচাববু তুমহনবা
ফুদোক্লো রাম নওগী থৌনাদো।

কাপ্নো লক্ষ্মণ নওগী তেনদো
হিংচা-সঙ্গুনা শীনথ্রে অতিয়া
হিমালয়গী অতৌবা চাংশা নাপোমদা
চেলহল্লো ঙসি য়েক্লবগী ঈথেঙনা।

কৈদা চৎথ্রে পার্থ সারথী!
নঙবু কৌরি ইমানা ঙসি
থৌরক্লে য়াংনা অর্জ্জুনগী দোলাই—
খোংলো পাঞ্চজন্য লাউরো সিংহনাদ

পারখৎলো অর্জ্জুন নঙগী গাণ্ডীব
চুহল্লো ঙসি মৈগী নোংজু
সুমিৎ ভাগ্রি মতম লৈরি
হাৎলো লৌবম চাউবা য়েক্লবা।

লাক্লে ইমা নঙগী অর্জ্জুন
পাইরক্লে দোলাই মালং ইরোইনা
লীরুং চেৎপায়না লীরী নাখোঙ রুং
কুজিনব্রে পামেল কুকপা মালংগুম।

ইমাগী অগ্নি-পরীক্ষা মতমদা
করিগী তুমখল ভাগ্লি ভীম।
হৌগৎলো বীর য়াকাইরো পার্থো
ভাইহাক থাদোকখো নঙগী শর-শয্যা।

কুরু ক্ষেত্রগী লালগী ঈচাওদা
ভাউখি কাউশিংগুম য়েক্লা মীশানা
হোইহল্লো ঙসি ঈগী ঈথক
তাউহল্লো ঈমায়দা য়েক্লা-মীশানা।

হে কর্ণ! রাশক চেৎপা হে অথোইবা
মীরাহখি থন্দুনা ইমাবু রারৌরি
নত্তে হে বীর মতমসি ওইরবগী
ইমাবু কল্লু য়েক্লবগী মথুঙ্গী।

কদায় রাণা লাকলো শিবা
বীর জগৎ শূর সুক্ত য
দুর্গা শায়োনবী ঝান্সী-লক্ষ্মী
পায়রো ঙসি লালগী থাংশাং।

লান্দবা ভারতভা য়েক্ল লাল শীংনরি
শান্তি পাম্বা ঐখোয়দা কাইহৌরি
শারো শঙ্কর সংহার তাণ্ডব
থাক্লে ভারতস্ত লালগী পুংজাও ।

## থিজবা

লমদম কৈদ লৈবগে
শকখণ্ডদবা নহাকপু ।
পনথুংকমস্থ খণ্ডনা
চৎলি নঙগী লম্বীদা ॥
মালংনা ঐবু কৌরম্মি
থাজনা নপাক্ত ভম্মি ।
লৈরাংনা নঙবু য়েংহৌই
পোম্বীনা নগুণ শকহৌই ॥
উনীংবনা নহাকপু
কপ্নি ঐগী থবায়না ।
মকম কৈদা লৈরবা
শকখণ্ডদবা নহাকপু ॥
খোঙচৎ য়াংবী তুরেলনা
নঙগী মাইকৈ ভম্মি ।
থম্মিচাক পরেংনা
মিৎকুপ্পনা য়েংনরি ॥
হৈনৌ মপাল খৌবুমখন
খৌবোংননা খোংলিবা ।
বসন্ত-কোকিল নহাসে
মানি মঙবু কৌরিবা ॥

যুগ যুগান্তর কাওহনা
                    লৈচিল খেৎপা চীংজাওনা।
নঙগী লম্বী য়েংজরি
                    নোংজু মুংশা খাওহনা ॥
কুমগী নোংখোং অহানবা
                    মানি নঙগী নপাউনি।
তাইবা মালং নথুৎসেম
                    নঙগী শান্তি পাউজেরি ॥
পিরোইনবা মিথয়েংনা
                    উদবা নঙবু য়েংজরি
শরাইদবা নহাকপু
                    থম্মোয়না তোয়না কৌজরি ॥
নঙবু খৌরাংজরবা
                    ঐগী পূরীং শজিনা
তাইবং লৈকংলাসিদা
                    থিরি ককতাওনহনা ॥
লমকাং য়াম্বা তাইবংদা
                    শুক্রা মম্বা মালংদা
য়োগে নঙগী নরমদম
                    নঙগী থৌজান মৈরিদা ॥

শ্রীএলাংবম রজনীকান্ত সিংহ

## মঙাল অমা

মঙাল অমা উথি,
চিক্ল লেম্না অচিকপা অহোংদা
থরানমিচাক মরক্তা, থাগী লৈবাক্তা
মঙাল অমা উথি।
মীওইবগী সমাজদা, শানবুংগী চীংদোম্দা
উথি মঙাল অদু, কাওরকথি মীওইবগী বিধাতা।
সঙ্ঘ্যাগী নীংথিজরবা শমলাংদা, লৈতেংবা থরানমিচাক
নত্তে মঙাল অদু।
পাকলবা অতিয়া মকোয়দা
অহোংচুপ্পা থাজনা, মশা লীশিং পাম্বুনা
কোয়না পাইহুনা থিজবা, শুমহত্তুনা মতোকই,
কংবা কৌবা মঙমদে।
অয়ুক কোরৌহনবনা দোলাই খুত্রুপ থৌহুনা
থিথি মঙাল অদুবু, য়ৌবা কৌবা মঙমদে,
কংবা কৌবা মঙমদে, নোংমা নোংমা মহৌথি।
তাইবং সমুদ্র মপান্দা থোজেল কয়ানা নিল্লরি।
হে হিহোনবা! লম্বী লাম্লি উদরা?
মঙাল অদু য়েংশুদো।
'ওৗবমচু' মুনা য়োম। অমুববু 'ঙাংনা য়োম
লৈচিল য়ুখল রাংমদা লিক্লাই মচু মাল্লবা
মঙাল অদু উদরা?

ভাইবং পোকপী পলেমনা লাইজ ঊরিক খিক্তুনা
ওমচাক্লরবা ভাইবংদা ওমহৎলাংনা কুপতুনা
পামদবনা পাম্বা শা—
ষুংশি লাঙ্গোম্নতুনা খজাই লেংওন চুপচবা
পেনবা লৈতে কাউভংদে, শাবী থংলেন মচাবু।
ভাইবং মণ্ডলান মীকপ থোক, পুন্সিনা ষুমিৎ তারকলবদা।
পুন্সি নম্বো থাহুনা -ভোর্ব্বান থক্তা ভাইবদা
কনা ঊথি খনবরা, মণ্ডাল অহু নত্তনা।
ভাইবং শমজি খাইহুনা ফুদোংলবা সনাগুম
সনা লাংবুম তরেৎ খাই, লুপা লাংবুম শেৎনখাই
থম্মোইগী চীক্লবা মন্দিরদা—
ধূপকী মনমগা লোয়ননা, সনাগী থম্বাল ময়াইদা
চিক্লা ইংনা ভাল্লিবা মণ্ডাল অহু খণ্ডবরা?
ভাইবং শান্না ভাল্লিবা?
মতমগী পাকলবা সাগরদা
মুনি ঋষি কয়ানা শাগৎলম্বা দ্বীপ কয়াদা
মৈরা অমমম চমখৎলম্বা মুৎপা লৈত্রি ভাইবংদা।
সভ্যতাগী থোঙজিন্দা মণ্ডাল অহু লাকপদা
য়াকাইরেদো মীওইবা মমিৎ লাওনা পাওহুনা
ষুংশি কোলোই শক্তুনা মপু মাগী শিন্থাবু।
মণ্ডাল অহু মুত্তরি, ভাইবং শেম্বা মপূনা
লোৎনা থুপনা থমলিদো থন্নানমিচাক মরক্তা
থাবলগীদি মরুমদা।
মপোপ অমতং কাইদরি, মম্নিক অমভং মুত্তরি।
মুত্তরিনে হৌজিকস্তু ভাইবং ষুমথোং খুদিংদা
মালেম পোকপী ইমানা লোৎনা থুপ্না থমলিদো।
য়ুমজাও কাজাও তরেত্তা মণ্ডাল অহু মাওদরি।

ঙুমিৎ থাহুম ঙাল্লিদো, তাইবং য়ুমজাও থন্না ঙান
মুৎপা লৈতে তাইবংদা, মন্থা লৈতে মঙান্দা
মমনা মমনা ঙানবনি, ঙান্না ঙান্না লংবনি।
ঙাল্লিদো মঙালদি, ঙান্না ঙান্না লৈহৌরি।
ঙান্না লৈবা তাইবংনা মমনা মমনা চৎখিনি।
মঙাল অসি মাঙকদে মপু মাগী মৈরানি।

## তীর্থযাত্রিক

ঐহাক তীর্থ যাত্রিকনি
মতমগী পাক্লবা তোর্ব্বান্দা
ঐহাক তীর্থ যাত্রিকনি।
হৌপ্রবা যুগকী তোর্ব্বান্দা
লম্ফুল্লরবা নত্তে ঐহাক।
মচুগী লৈকোন্দা কণ্ডাওনরবা
নত্তে ঐহাক; ঐহাক তীর্থ যাত্রিকনি।
মীওইবগী বিধাতা, ধর্ম্মগী লাইশঙ, সনাগী মন্দির নত্তে,
ঐহাক তীর্থ যাত্রিকনি।
মমলবা লোক্লুংদা থুরবা কাদা
ওইত্রবা খুৎশেমগী মঙ
য়েংউদে, তাক্লদে; ঐহাক তীর্থ যাত্রিকনি।
থাঙবা ঙমত্রবা মতমগী শাফুদা
তাউথরকপা মল্লবা সমাজগী চরৈ,
কুমজা কয়াদগী পৈশিল্লক্লবা মীওইবা সভ্যতা
ৱাংলবা চীংদোল সংস্কৃতিগী য়ুম্ফম
শোদোকলক্লবা উননা গঙ্গা সাগরদা,

ঐনা উই খল্লুই ওহাক মিকুপ অমত্তং
ঈংলসিরা পুন্সি অসে সাগরসিদা চোংথরুনা।
নত্তে, ঐহাক ঐগী খোঙচৎ লেপখ্রি।
মাঙদা উরিবা অমুবা সাগর, ঈথক ঈরাউখোল কল্লবা,
ঐবু কৌরি, চাউরবা ঈথক ঈপোম
লাউ, খোঙকাপ লাওনা।
সমুদ্র নত্তে, তীর্থ নত্তে, লৈরমদে ঈশিং মরীক অমতসু।
শারবা মরুভূমি, চাক্লবা মৈরী
মরৈ লীশিং তমলবা, ভৈরবীগী মূর্ত্তিদা
লাউরকই ঐগী বিধাতা—মূরবা খুৎ অসিনা
থারবা শক, ভিংখং পাল্লবা হকচাং অসিনা
মেত্তুনা শেমলবা ঐগী বিধাতা, ঐগী লাইবক, ঐগী পুন্সি।
সমাজ নত্তে, ঈশ্বর নত্তে, রাজনীতি নত্তে।
ঐগী বিধাতা, ঐগী লাইবক, ঐগী সংস্কৃতি।
ঐনা শেমজৈ মূরবা খুৎসিনা মেত্তুনা, তাহনা;
মসিনা ঐগী বিধাতানি।
নোংচুপ সাগরদা চাক্তাবা উচেক শজ, শজুনা
পাইরকলবদা নোংপোক তেংর্কবান্দা।
তীর্থযাত্রিক কয়ানা মুনা য়েংই লমদমসে
মতমগী য়াওল্লি হায়নখি!
নত্তে, হিমালয়গী লমদমদা অচিকপা পান্থা পোম্বীনা
মানসসরোবর পুখ্রীদা নোংদম্বা মাবু ঙাইজবা।
মতমগী নোংলৈ চুংশিংনা হুমলকপা পাক্লবা লাইজ ঈশিংনা
ঈরৈ খায়না চেস্থরকপা কনানা খিংবা ঙমগনি।
মীয়ামগী ঈপাক্তা মচুগী শজুনা তাউথরকপা
লৌবা হৈবা কনানা চুংশি খুদোললনি মথল্লি।
লংলবা ঙক্ষা লীক্লাংস্ত খোঙনেৎননা মাঙহল্লি।
সনরিক পরেং কজবা হম্নমক্তা য়েংউদে।

তাইবং-মালং লম্বাংদা ঐদি লম্মকনরবা
তীর্থ যাত্রিক অমনি।
করম্বা পাক্লবা ঈশিংদা, করম্বা মতমগী তীর্থদা
লেঙলবা সমাজগী শক্তম
উদে, লৈতে, খঙঙুদে।
খোঙেল অমা তারি—মুংশি চেংলৌ নীংথিবা
পাম্মু খোইরাং তুজুংবা,
কৌরি—য়েংসিলাও লমদমসে,
থরানমিচাক সিশিং খোকলবা, থাবল মঙালনা য়োমলবা
সনাগী তোর্বান্দা মচুনা ঈহৌরবা
খঙব্রা লমদমসে—, উব্রা মঙালসে, কজরনে মালেমসে।
ঐহাক তীর্থ যাত্রিকনি, লুপসিন্না মিকুপ অমতং।
ইংগনি পুন্সিসে—লুপলবদি মচুগী ঈপাকসিদা।
কনানা শঙবীনি, ঐগী পীক্লবা নম্বোসে
পুন্সিগী শাম্নপোৎনা থল্লবা
ওমখিদে মীকুপ অমতং থানবা,
মতম্মগী নহারোলনা খোঙগাউনরবা চরৈ ওইহুনমু
থাদোকনীংদে মীকুপ অমতংমু, ঐগী পুন্সিগী শাম্নপোৎসে।
ঐহাক তীর্থ যাত্রিকনি।
মতমগী খোঙজেন্দা লাউররি—
কদায়দনো তীর্থ অশেংবা, ইংজগে থরায় অসিনা।
মীওইবগী কল্পনাগী চীংদোন্দা শারিবা সভ্যতা মন্দিরদা
মীকুপ অমতং পোথাক্লবা
ইংবা লৈতে থম্মোয়না, মৈরী হৌই খঙহৌদনা
তাজ উবদা মোগলগী অচৌবনা অতোনববু নৈহৎপিবা।
নিংথৌরেনগী শাকুদা পুন্সি উকুল ওনখিবা,
কনা উহৌই খঙখিদে।

অমাংবা চীংদোল কয়াদা
দিগ্বিজয়ী কয়াগী ফিরালনা পাইবা শারি ইতিহাসতা
ঐদি তীর্থ যাত্রিকনি, লমদম তাম্না লাকলবা।
পোথাফম খণ্ডদে ঐহাকসে
চংলি ঐগী খোঙচত্তি, লোইবা নাইদে, লেপ্পা লৈতে মিকুপ অমত্তং
ভুংদা লৈহৌরে মুত্রবা খোঙচৎতি
লংলবা মণ্ডালগা লোয়ননা।
করম্না লানগনি মাওগী উমংসে
মমলবা শোঙলবা, ভুচুংলবা লমদমসে।
চত্তবা রাদে পুন্সি খোঙচত্তি,
মণ্ডাল অদু কংগল্পা, ইংলবা তীর্থসাগর অদু
ঐহাক তীর্থ যাত্রিকনি।

শ্রীশজেনবম বেদজিৎ সিংহ

# নীংশিংলক্লে

নোংবু ঙান্দরি
শজিক তরং তরং থোক্লি
চৈংথৈ মশক উদরি
লাক্কুনা নহাক্কি
শক্করে নহাক্কী ইশৈ
স্বর চামা শোক্লা।
কায়হনখি ঐগী নিঙাইদ্রবা তুম-খুন
শাউজ্জনা নঙবু
তাম্হোকখি ঐনা
ঙাজনিংদ্রে বঁ'শিদো নঙগী।

সুমিৎ য়ৃংবা কাল
সুংশামপী কুইনা হোল
লৌরাং শুরুবা কারকপা
লৌতাং-শঙ তম্নকপদি
লাইরা-তরা লোইরমদে।
য়াংগেন ফকপু শাহ্নুনা
লাইরা চরা ঙাইরিঙৈ
লাক্কুনা নহাক্কি
লেপ্পরে সুমাংদা
লাইজা খুয়া'মতা পীবিস্ত

য়েংলখি নহাক্না
অত্তংপা লৈভনা ঐঙোন্দা।

মুমিদাংব্নাইরম

সন্ধ্যা গৌরিকাল
নখুত্তা থাউমৈ পায়হনা
অমুকস্থু লাক্লমই
লাইরা লৌভাং খাংপোক্তা—
ক'রিবু নিবা লাকলিবা?
উনররোই খন্দুনা
লোত্তুনা থাংখি
থোংজাও পৌরোল থাহনা

ইমুং মমৈ ওইরকপদা
লাইর খাংপোক্তি মমথরে
লোংখাক লোংনা হিপ্
ইমুং চেক্লা মকুগী খোঞ্জেল তাবদা
তুচুংখরে—নীংশিংলক্লে নহাকপু
অয়ুক্তা তাখি নঙগী ইশৈ
মুমিৎয়ুংবদা লাক্লগী লাইরশংদা
মু'মিৎতাবদা চঙলক্লমই
উনথিদে নঙবু উনহৌদে
থেংলবা অহিং মমৈসিদা
কৌজরি নঙবু হন্না হন্না।

# ঙরাং অহিং নৈকোন্দা

ঙরাং অহিং নৈকোন্দা
ঐনা নিখি নঙোন্দা
ঐনা পিখি যৌবনগী অমৃত।
নঙনা থকখি পেন্ন থকখি
নখুৎমক্কা লৌখি ঐনা পিখি
নিংঙোলগী শাইনোনঃলক্কা থেৎলবা
নাচোম—'মুংশি নাচোম'
ঐনা লৌখি নঙনা মোকখি।

নঙগী চৈরে মাইথুম হাংদোক্লুবদা
নঙনা নোকখি নঙনা নোকখি
ঐনা য়েংখি পেন্না য়েংখি
নিংঙোল মাইথোং 'মুংশি চেংলৌ'
থম্বাল্লকা মাঙবী মিৎন্না অনীমক
উইশিনখি ঐনা য়েংখি।

হৈনম নৈনমনা চুন্নবা শন্নাং
'মুন্নবা শন্নাং'
মুরাগী থরান্নগুম থমজবা
নিংঙোলগী শমজি
ঐনা থোকখি ঐমা থোকখি
নঙমা নোকখি ঐনা চুপখি।

থাজ মামা সাক্সী ওইথি
ঐনা পিখি নঙনা লৌখি
নঙনা পিখি ঐনা লৌখি।

অঙনবা অয়ুক্তা ওসিদি
লৈরাংনা শাৎপা উবদা
লিক্লনা পি শিস্থরে।
নিংঙোম্না চেঙহি শম্বাক্লাং
অশেংবা ফিঙৌ শেৎ
মন্দির ওম্না লাকপদি
কৈদগী লৈরাংনো য়েন্দাই থম্না হেক্লকপদি?

মন্দিরগী নাকন্দা
হৌরিবা পামেল মখোঙদা,
লেপ্তুনা য়েংখি ঐনা য়েংখি
নঙনা কৎখি লৈরাং খুজোক
ঐন্য কৎখি ভক্তি লৈরাং।

## ঐহাক বন্দীনি

ঐহাক বন্দীনি
ইবুংঙো নঙগী বন্দী ওইরে
পুন্দুনা থম্বীরে নখুৎমরক্তা।

মতম অমদা ঐনা খল্লুই
ভাইবংপাল, শক্তিহীনি

তাইবংপান, লনগীনি।
ওইসনু ওইনিংবতা ওইসনু
ঐদি শোয়দনা দোলাই কৈনা ভোংখিনি
আলেকজেন্দর, নেপোলিয়ান
মাইথীবা লিখিনি
হিমালয়দগী সনাগী লৈহাও হেকখিনি

শেল কয়া খোমলুরে
ঐগী পূকৈদ পৈতুনা থমে
হিরা মণিমুক্তাগী জাৎ সুরে।
ইথস্তগী পাঙলনা পৈতুনা থমে।
তুম্মিংবনা খুতুম চন্দুনা
মুমিং তাবদা ভাইরিঙৈনা
যাভারে ভুমখুন তাল্লে।
হৌগৎলকপদা বন্দী ওইরম্লে
ঐদি বন্দী ওইরম্লে
ইবুংঙো নঙগী বন্দী ওইরম্লে
ঐহাকী ইয়ুমসিমক্তদা।

হজিক্তি থদংপা ওমত্রবা
য়োহ্নিং
ইথুংমক্তা শাখিবা
ঐবু পুন্সুনা থম্মীরে।

"তাইবংপানশিবু পুল্লগে
থদংপা ওমত্রব য়োহ্নিংসিনা
ঐতনা ইমীং ভৌগে
রাখলসিনা চিংহুনা

অহিং মুংখিল থংদা
অমুক মৈ ইক
হুমাং মরিক শিঙ্গনা
শাখিবা য়োহ্নিলংনি
তাইবংপাবসি পুক্সগে।

শাবা লোইরবা কাল
তাইবং কনা 'মতনা থদংপা
শুমত্রবদা
পুন্দুমা থম্বীয়ে ঐবু
ইবুংঙো নঙগী খুৎমক্তা
ঐনা শাজবা য়োহ্নিলংসিমক্তা"।

শ্রীএ, রহমন

# কংলৈ মীনোকখোন চাউনা নোকচরগে

পোইরৈচাদি পাংগনবা
লৈময়োনলমগী ঙাম্নাইবা,
কংলৈপুংদি মুংশি-পুং
শম্ম-লমলেন লমথোই-পুং
মরৌচাউবনা লৌওনঙৈ
লৌশিং থুপলৈনবনা লৈরুঙৈ,
মীমাম্নবা ওমদরে
মীথা থংবা শরুক ওইররে,
কল্লকইদা কল্লকই।
কল্লকইদা কল্লকই!!

মাঙলে করম খাঙগনি
চীং ও, ভম-ও কমদৌনি,
ইমা লৈবাকসে পুনথরে
তয়ুম নাইগুম থমথরে,
লমলানবনা য়ুমলক চঙহুনা
হাইনা হুমনা নীংতম্নবা
লোইচন ফম্বাল তোংলরে
পোইরৈ খোঙনেৎনররে,
কম্নকইদা কম্নকই।

লোইরম-লীপুন কল্লরো
লৈময়োন লমদম কল্লরো।
মীমাম্নদনা হিংলুব
পুন্সি লাইমন ওইরক্নে
থম্মুং ওমচাক্নরক্নে,
কয়া কুইনা খাঙখিনি
কয়া কুইনা লৈখিনি,
লাও, অথৌবা খোরক্নো
পোক্নফম লমদম কল্লরো,
লুপা-না খোথাং য়াঙ্গগে।

নারে, নারে, নাথুরে
থম্মোইসে পুব ওমদরে,
লাক্নোগবা অথৌবা
পাংগনবাও, লময়ানবা।
কখোক্নসি পুন্সি ওসিগী
অমত্ত ওইনা হয়েংগী
মাঙপ্রবা শকফম ফানেনবা,
ওঃ নীংজরুবতা ঙাইর'জ্রা
অপাম্বসি থুংলরোইজ্রা।

কল্লকইদা কল্লকই ।।

নঙবু কৈল্লা চাউল্লবা
নঙবু শমু লেংগনবা
নখোঙ না-মা থীনবদা
লোইবী-চীংজাও কিম্ববা
পাম্বোম না-মা ঙাবদা
পামেল-উজাও তেক্লবা
হাদ কৈশকপা থোল্লক্লো
বৈরেন শাজোং তম্লো,

মতে, নীংহন অয়োইসি,
অথীংবছ্ লাম্বোল্লসি,
য়োল্লক্লে মতম ঐখোল্লগী
ছিংবগী খোদাং উৎপগী,
শম্ন-লমলেন শন্দোক্লসি
ঙমখৈ পল্লু য়ুংল্লুল্লসি,
কুইরেদা হল্লাও পুক্লিং থুংজল্লগে
উনবী কল্লক পেঞ্জল্লগে
কৈল্লা পাম্থোং য়েঞ্জল্লগে
কংলৈ মীনোকখোন চাউনা নোকচল্লগে

শ্রীঅয়াম ইবোহল সিংহ

# থম্মোইগী ঈশৈ

থোক্কে মখোল্ ঐগী বীণাসে
খ্রেং-খ্রেং মখোল ঙংলবরা তারসে।
শকচনীংবা স্থুরদি ওমচাকনরে থনুংদা
অরা-মুঙাই ঈশৈনি নীংঙমদ্রবা পুন্সিদা ॥

মারবা থম্মোইসে পুবা ঙমদরে
কায়রে নীংখায়রে আশাগী ফুরা।
হয়া য়েংবদা করিস্থু উদরে
ঙপ্ ঙপ্ তারি অহিঙগী লীকলা ॥

নহাকমা শীজবা হুহু চাবদা
থোকলে ঐঙোম্মদি অমৃতগুম থুমলবা।
শীজিন্নদে থাংশাংসে থরায় লৌবদা
পুরিবনি খঙউ থরায় কন্নবা ॥

থোঙউবা হে বীণা ফোঙউবা থম্মোয়গী য়ারোল
শুম্লাংতুনা মেঙনা নৌনা থোকহন্নবা নখোল্।
চান্নবী মকাদা নীংজবা য়ারোল কম্নাসে
চনবীয়বা কাইদা-কাইদা পুন্সিগী পাখোংসে ॥

বীণা নঙবু তৎলবরা খুৎহৈবা কনাদা হায়সিবা
অথনবা চক্ষুশুম্বরা থম্মোয়সে টৈশৈনা থম্নবা।
তমজনীংবা নাপচীকনা মহাক্তগী নাকোংদা
লীজনীংবা চিলোকননা নীংবা কায়বা ভারেদা॥

থম্মোইগী মৈচাকস্রু থম্মোইস্নুংদা কংসম্নু
উবীনবা য়াওদনা ভাবীনবা লৈতনা।
য়ারবা পুন্সিস্রু য়ানা অস্নুম লোইসস্রু
অথাপ্পদা উজরে লৌবা লাকলে হিহোনবা॥

শ্রীথুমন্নেম প্রকাশ সিংহ

# চৎলসি মঙলৈবাক্তা

চৎলসি মঙলৈবাক্তা, মৈশামৈথু য়াংম লান্না
শারুরগে নঙগীদমক শঙগায় অমা নীংথিরবা ॥
চুমথাংদগী মচু লৌরা শংলগে মচু তরেৎমক্লা
শংলেন নাপু ভাঙ্গা শংবান তগুপ তরেং লংলনি শঙগাই
থাবলগী মেঙল মঙান্না ভালহনগে থাউমৈ ওইনা
থরান্না থাম্বা ফিজংতনা মায়কৈ মরি তিংলুগে ॥
নঙনা শন্নাং চোইজাইনমা ফমলি থাজ য়েংলি মোমোন নোক্লা
খোইমু ইন্নি শমজিরক্তা লাঙতক্লা য়েংলি ঐনা নঙবু
কয়া মুংঙাইগবা ঐনা - কয়া কজগবা নঙনা
নোংদোলথক্তী লাইরেম্বীনা কল্লক মীহৌসন্নু নঙবু ॥

শ্রীকাংজম পদ্মকুমার সিংহ

## ঐনা শিরুগা নীংশিংবিগনু

ইরৈবাক্ ইরৈকাই মচাশিং।
ঐনা হয়েং শিরুগা
ঐবু নীংশিংবিগনু।
ঐনা পীবনা থাংলি
নখোয়না তৌবিবনা হেল্লি
ঐনা নীংবনা মরীকনি
নখোয়না থুংশিবনা সমুত্রনি।
কালেনগী শারবা থুংখিল্ চুপনা
ফমমিন্নহনা
থুংশি থারী শামিন্নবা
মোমোন্ মোনোন্ নোক্মিন্নবা
থুংশি পাউখোং চন্মিন্নবা
অরা থুংণাই পুমিন্নবা
করিনা লমন্ শিংগনি?
নোংমগী থুমদাংথাইরমদা
ঐবু থুংশিবা অমনা
ঐগী ইরমগীদমক
ইকাইবনা লুতোন শাংখিবা
করিনা লমন্ শিংগনি?
লৈকাইসিগী মী
ঐতোম্বা লাইনি

লুনা নীংগদবনি মখোইভনি।
মকমসিদা পোক্পনি
মখোয়গা লোয়ননা চাউবনি
মখোয়গী লমলদি শিংহুনা লোইরোই
করিনা লমল শিংগনি ?
কুমগী বসন্ত লাক্তুনা
লৈরক্ কোম্মোং হৈ-লৈগী মনম
নমবা কাল
ফিজোল অহন্বা হোংহুনা
কোয়মিন্নবা হরাও হরাও
করিনা লমল্ শিংসিগে ?
কুশৈ মতমদা
হরি মন্দির কয়াদা
কোয়না চেনহুনা শান্নমিন্নবা ;
ফুরেলগী তে'র্ব্বানদা
লৈশোইগী ফুম তাহুনা কাওনখিবা
কাউররোই কাউররোই কাউররোই।
নহাগী মতম্ ওইরক্পদা
অনৌবা তাইবং লৈকোয়্ংদা
লোইরোই লোইরোই লোইররোই।
ওসিম চৎমিননরি
ইংলবা নিংথমথাগী সরক্সিদা
য়ারীবাতাই শামিনরহুনা
মসিগী লমলদি করিনা শিংগনি ?

শ্রীগুরুময়ুম জয়ন্তা শর্মা

# য়ূমসিবু ঐনা মুংশিজে

য়ুমসিবু ঐনা অমুক মুংশিজে
কায়নজনিংদরেনে ।।

খুংলোম্নরছনা হায়জরিনে ইবুঙো
কায়নহনবিনু ঐখোয়'নি ।

মল্লবসে থরায়গুমলে
থরায় হায়বা করি ত্তোপ্লি
মুংশিবনা থরায়নি
'সিবু করম থাদোকসিগে ।

খোংশাল্লমদাই য়ৌরক্লেনে
চল্লবদি য়ারোইদৌরি
নিলখোংলি শুমাংসিদ
পামজল্লব নিলখোংব
ঐনী য়ুমস্থ পী শিন্থরি
ওসি কায়নরমদাইসিদা ।।

শ্রীশগোলশেম ধবল সিংহ

# নঙগী অমৃতগী মায়ক্ অমত্তং

মতম্ অহুগী রানি ঃ
তাইবংগা মঙ্গা, অনীমক
অমত্তা ওইনা চেন্নম্বা ইচেল,—
রাখল্গী উমংদা নত্তম্ শাংলম্মী।

শংফানবা মালেমগী শনরিক্ মচু,
লংলানবা নোংগী তথকনবা নোংথাং,
তনিক্নবা থমোয়গী চুমথাং-জগোয়...
করিগুম্ব'মা কংলবোয় নীংখি।
কবি কয়াদি ঙাওখি,
ঐস্থ এ্যাওমীংঙি,—
অহুবু ঙাওবদি হৈতে,
অহুনা ঙক্খি।

নঙনদি হায়খিবদায়,
অসিনি ফজবা, অসিনি নীংথিবা, অসিনি পুন্সী;
অহুগী রানি রাকৎলিবসে ওসি।
কদায়,
কয়া'ম্না রাহনবিথরে ঐবু
নংগী পাউতাক্ অহুত্তনা?

ঐগী থমোয়গী লৈরাংনা শাংলক্পদা
খোয়নু কয়া, কুয়াক্ কয়া
ঐগী পাম্বোম্ অসিদা ভোংলম্মী ;—
থওখিবরা নও্ ?
অমগী মথংদা অমা
মহুগী মথংদসু কয়া—
প্রমাণদি,
থমোয়দগী হৌরক্পা মীৎলুগী লাইজতনি।

× × ×

মন্থরক্লে ঐগী থমোয়-লৈরাং অসিসু—
লৈরাং-লৈহী য়াওরক্তরে,
লৈনম্তমক্ ঙাইরে।
কংলরোয় ঙসিদি
লাইজা মরিক্ অমত্তং
ঐগী লৈকংলাওম্রবা থমোয়'সিদা।

অহুমক্তদা,
পাইরকই কুয়াক্ কয়া—
অতৈসু পাইরক্খিগদ্রা থংদ্রি।
বার্তোন্ য়াওদবা অতিথি ঙাক্তনি…
পুম্নমক্সু পাম্মি ঈশিং মরিক্ অমত্তং,
মতম্ কুইনা থক্লক্রবা,
ফংশিহৈত্রবা তাইবংগী চৈরাক্ ফংলবা,
থরায়গা হক্চাংগা খাইনগদৌরবা
য়ারবা ঙাক্তনি।
অহুবু মথোয়'সি থওদে—

ঐগী থমোয়্'সি পাৎ নত্তে,
মরীচিকানি।

× ×

ঐস্থ খৌরাংনা ঙাইরিবনি মরূপ্,
স্বর্গগী লাইজা মরিক্ অমত্তং।
ঐগী লৈকংলাগুম্লবা থমোয়গী তোর্বান্দা
মালেম্গী হৈরাং লৈরাং পুম্নমক্ হৌরসন্থু;
নঙগী ইংলবা অমৃতগী ইচেম্না
ঐগী থমোয়গী লৈকংলাদা চেন্থুনা
অনৌবা স্বর্গগী অমরাবতী শেম্লসন্থু:
য়ারবা খৌরাংলবা অতিথি শিং'সে
ঐগী থমোইগী কুঞ্জদা পোখারগা
অরাবা কোক্পা ওইসন্থু।
অচুনবু নিবনি মরূপ,
নঙগী অমৃতগী মরিক অমত্তং।

## নোং অসি চুখিনী

ওসিন্থু নোং হেক ঙাম্নকপদগী চুরি—
চুবগী লেপপা লৈত্রি,
য়াম্না কম্নস্থ নত্তে, য়াম্না তপনস্থ নত্তে,
চাংদা অমদা...তপিৎ তপিৎ,
লেপ্না মুক্লাই নাইত্রি
চুরিবা নোঙ অসি।

নোংজা চুবা নত্তে
ময়ক মরক্তা মুংশিং অসিস্থ অত্থম্বক শিংদি
য়াম্না কময়্থ শিংপা নত্তে,
কনদেমকস্থ হায়বা য়াদে—
ঙাওরি-কৈরিবা শজীবুগী নোংদৈ মুংশিংকুম
অমুক অনীরক শরৈ হায়কেং কম্নগী ;
ইপানা শাবিরম্বা ঐগী শঙজাও অসি
নৈথায়গদবগী মঙংঙম
অমুক-অনীরক হাই'ঙম লাককুম ভৌরুরে
তুরগদবোয় খক্সুরে ।

ঐগী এম্নথাদা হৌরিবা কুথাপ-পাম্বী অসি
মশীং নাইদবা নোঙ মরিক কয়ানা য়ৈহক্তনা
পুমচোং চোংলে ;
রার্ডসরার্থকী ভেকোঙিলগুম্বা
মশীং নাইদবা মনম মুংশিবা দৈ ময়াম অত্থদি
বসন্তগী মমৈ ওইরকপনা ভৌবমাল্লে,
লোইনা কেনখ্রে ;
দৈ য়াওদবা কুথাপ মশাশিংত্তা
নোংনা মুংশিংনা য়ৈহংত্তুনা
হাই হমত্থনা থাঙঙি ।

অত্থবু কয়া কুইনা থাঙগনি ?
নোংমদি কুথাপ পাম্বী অসিস্থ
তেকত্থনা কংত্থনা মাঙখিনি
ইপানা শাবিরম্বা শঙজাও অসিস্থ তেকখিনি
ঐস্থ শিংলিবা মুংশিং অসিগা লোইনত্থনা
মুংশিং ওন্দুনা পাইখিনি
চুম্নিবা নোং অসিগী খোংগুন লীত্থনা ।

মত্থদগী শজিক নানৌ ময়াম অমা
ইপানা থম্বিরম্বা ঐগী থুক্ষম অসিদা

চোঙথৎলকনি ঃ—

মথোয় অদো কপস্থ ওইবা য়ায় তিংথৌন্থ ওইবা য়ায়
নত্তনা পেরুক লবুক য়েংনথা কয়াস্থ ওইবা য়ায়
মতম অত্থদস্থ নোং অসি অত্থম্মক চুগনি
থুংশিৎ অসিস্থ অত্থম্মক শিৎকনি
ঐতনি মতম অত্থদা ঐবু নীংশিংলয়োই।

শ্রীশৌগাইজম ব্রজেশ্বর সিংহ

# ঐতদি

তারমদাই নুমিৎকী মঙালসিদা
ঐনা মিৎচৌ খংলগা নোকপদা
নোকত্তে চাখুমগী মৈশাদগী পাইথোরক্লিবা
মরি মরি তেলদাময়ামসিগা লোয়ননা
হুমিদাংগী অমমবদা তিনখি মহাক্সু।
নোক্পগী লৈমা নোক্পী ঙসিদি
মঙ্লানগী তালোয় কাদা চনগ্রে।
নীংথিরবা সনা কুপশু উতোং অমদা ঐনা
থম্মোই চরু ময়াম্না চেংনা খুমহুনা
মালংনা পাথরবা ঐগী পাঞ্জাবী ফুরিৎথাউদা
নুংশিজরবী ঐগী নোক্পীসি হাপ্তুনা চৎপদা
কিলোমিটার অনৌ চৎত্রিঙৈ মহাক্সে উন্না লাইজরাদা
মালেমগী মালংদা তপ্না তপ্না তিনগ্রে।

ওম্মোক্পনি! ওঝা বিমলগী লাইবকসে
কেলেন্দার ময়ামসিগী মঙ্গুংদা নোক্না পানজরম্বা পুক্সীসে
অনৌবী! লমতা থাগী হুমিদাংদা তুম্লম্বা মনাক্ত
চৎনবীসু য়াউরী। ধর্মসু য়াউরি। অহুবু করম্বা ভুতনা
নয়া পয়সা য়াওথৈ হেন্না পিহুনা পুপ্রবা
মহাক্তদি ময়াম তানবা লাউরি, কপ্লি।
অহুগা ঐথোয়গী মীয়ামগী য়েৎকী খুৎসিদি

ক্ষং ক্ষং ক্রপ ক্রপ চৎলি, লোনশিল্লি—
ব্ল্যাক্ মারকেটগী নিংথৌ হৈনজবী
ইলেকসনগী শাদানবশিংদা কানা কানা পিজৈ
কারখানাদগী পুখোরক্পা ম্নারৌ ময়ামসে
হুই হৌদোং ময়ামসিস্ু হরাওবনা লোইগ্রে
তারব্রা? মন্ত্রীমচাম্নুপীস্নু ইরোইবসিদা মনা কংগ্রে।

ঐদি। ঐদি। তারমদাই মুমিৎকী মণ্ডালসিদা
অমুক হন্না মিৎচী খৎকে হায়দুনা ওম্মোরকপদা
মুমিৎকী মণ্ডালসিস্নু ফং লাউনা শাউদুনা
অদুগুইও জরাসন্ধনা তৌরম্বা মৈগী পুত্রীদগী ঈশিং লৌরগা
খুজোক্ খুজোক্ চাইথরক্লে।
কৈথেলগী ভারি অসিস্নু মিকপ্ খোরক্লে।
অদুগা ঐভদি··············খোরক্তে।

# ঐগী বৌদ্ধগয়া

ঐদি লমলম কয়াদা চৎলি ইতিহাসকী খোঙ্চৎতা
ঐ কৎদুনা থরাই পুরকে হোৎনরম্মি
পলাশীগী তম্পাক্তা
চাক্লবা মৈগী মৈরা-সিরাজউদ্দৌলা।
মাগী কোকী লুছপ য়েংবিনবা লৈতনা
মীচিক্ মীরাউখোল্ ভাত্রবা লৈকংলাগী তম্পাক্তা তাবা মতম্
য়েংলুরসি-য়েংলুরসি হুজিকন্ত, তথক্লবা-মী-ইনিংথৌ।
মকম অদুদা লিক্লাগী য়ান্না খোঞ্জেল তাখিদে।
অকণ্ডবা উনাগী য়েন্না-থিম্নবগী খোঞ্জেলতমক্ তাখি

মাগী মরু মপুং ফাখি
নীংতম্বগী চাংজৌদা অমী থোক্না চিংখাইহুনা
ওসিগী ভারত অমসুং পাকিস্তান।

ঐদি লমদম কয়াদা চৎলি, হুজিকসু চৎলি
হিমালয় চীংথোংদগী কুমারিকা ফয়া
কৈথেল অমদগী অমা,
সাহাজাহান্ য়াউত্রবা পিরুবা তাজ কয়া
উরম্মি হয়ানবগী ফিজেৎতা।
অমুনা মখোয়দি লেপ্পা ওমদে আগ্রাগী তাজমহলগী মমিদা
থাবল করবা অহিংনি
চৎলি ঐদি অশংবা শজিকৃথক্তা।
মাংদা চেনলম্মি ঈগী ঈচেল অমা,
উরম্মি-পিরাংনবা শক্তম্না মপুং ফারবা জুপ্রাবী কয়া
মপুরোইবা কায়নবা ঈগী ঈচেলদা-ঐগী বুদ্ধগয়া
ঐগী অরানখুবমনি-চৎপগী পনথৈনি।

শ্রীরাজকুমার মধুবীর সিংহ

## উক্রোঙ অহোবগী ঈশৈ

ওঃ অঙকপনি মতমসে !
খল্লুরগা ইশা নীল্লা তু-চুংই
তু-চুংই খল্লুবদা—
লিরি হুম্বা, ঈংলবা মালংবগী
মহুত্তা, ফুরাওনবা উকুল-য়াইফুলগী
নোংলৈনা শিংলি, ঙাইহাক্তা লেপ্তা
ঙাইহাক্তা লেপ্তা শিংল্লি
মিংসি পাঙবা য়াদনা
মিংসি পাঙবা য়াদনা।

শংনা শংনা কেল্লে উহৈ খিবিকস্থু
কেনঙমদবা কয়াম্ব কংহুনা মাঙলে
লৈহাও ফংদ্রবা উশাশিংদা',
কপ কপ চিংনা ঙানা খাঙবগুম
ঙানা খাঙবগুম, তোর্বানগী লৈত্তোইথক্তা।

লীলাদি তাইবঙগী মমিনি
পোথানবা শানবা, মিকুপ'মক্তং
অত্থুবু কদাইনো খেৎনরিবা
অশেংবা তাইবং অমস্তুং লীলা ;
কদাইনো খেৎনরিবা।
তমলবদা লীলাগী মতো, তাইবংনা

ঙঃ পোৎশক্লা কদাইনো, মম্নিনা কদাইনো
ওইরবদা পোৎশক্লা মমিগী মমি।

কৈদা চৎশ্রে, ভাইবংবু কাউওম্বা
কৈদা লৈশ্রে, পুন্সীবু কৎওম্বা
সুংশিবগীদমক সুংশিবগী থস্নোয়না!
হৌনা নোক্লে, ডারগা য়ারি
লাইরবা খম্ব মণ্ডং লাংগী
নোক্লা থৱায় থোইবীনা কংখিবা;
কনানস্থ ঙসি নীংশিংনশ্রে
থস্নোয়দা থস্নোয়না লীবা
থৱায়গা থৱায়গা তিন্নবা
য়ারিদো রোমীও-জুলিয়টকী।
নহারোল পুম্বগী থস্নোয়স্থ
খুহ্নম চনশ্রে কুরাংপালভগী তৌশিন্নবনা;
ধর্ম্মতনা গুণ ওইবী মুগীশিংগী
ওইরে লেমজনকম; লৈরে ইজ্জৎস্থ
য়োল্লবতদা কৈথেনদা, দুকানগী পোৎকুম;
অশেংবা থস্নোয়গী চাক্লবা শৈশক্
তুং-ইন্না, নুংলোন অম-মম হাপ্তুনা
শাখিবা তাজ যমুনা তোর্ব্বান্দা
ওইরনি শোয়দনা নোংমদি ফি-য়োনকম
কুল্লরনি হামেং, কাওশিং মুমিদাংদা
কুল্লরনি হামেং, কাওশিং।
থৌজাল লৈশ্রে মফমদা, ইনাক-খুনবশিংগী
হুরাল্লে, মী হাৎলে, মহৈ-হৈবশিংতনা
চারে মীনা মী, শাগুম, ঙাগুম

লেপ্লরে চাকনিবন, চাকনিবগী খোঙজিন্দা
লেপ্লরে চাকনিবা, চাকনিবগী খোঙজিন্দা।

উননীংবা মীদি শুককং ফ'দে উনবা
হোৎনবদা মাপা অমুক্কং উনগে
খোংনৈ তোয়না উননীংদবা কয়া
য়েংনীংগ্রবা, হক্তায়রবা মায়খোঙশিংফুনা
তোয়না তোয়না নোক্লম্মী, উনা খুদিং
তৌশিল্লবা, তানীংগ্রবা রাইহ কয়া
তম্বনা হায়রম্মী হয়া হয়া
হায়রম্মী খেংনা খুদিং, ঐঙোন্দা
তৌশিল্লবা, তানীংগ্রবা রাইহ কয়া।

তানীংদে, ঐ তানীংদে
মথৌনা মশাগীস্থ নৈজদবা
মীগী মতেং লৌরগা
য়েক্লববু মায়থীবা শীবা
মশাবুনা মীঙোন্দা য়োক্লাকপা
মীকিখীশিংতুগী রাবি, তানীংদে ঐ
লীরম্ম তোকলো, নাকোং অনাসে ফাওনরে
তাবদা তৌশিল্লবা হারক্যাপিস
শাজিল্লবা শ্যামশনশিংগী রারীদা।
কংগ্রে পুকচাওবী নম্বুল তুরেল
নৈক্রেক চংলে লোক্তাকস্থ
লোইবী চীংশাং, নোংমাইজিং চীংদোল
নৈচেং ওন্দুনা গুয়া তাউথগ্রে

ত্তিনগ্রে থুমহৌনা থল্লবা সমুত্রদা
ত্তিনগ্রে ওম্না লৈচে্ং ওক্সুনা।

* * *

নোংপোক-নোংচুপ, খা য়াং
ইহাও হাওলে মাইকৈ খুদিং
শিংলয় লেপ্পা শহুম কল্লবা
মরুভূমিগী, লৈঙোইনা থল্লবা
মোংলৈ মুংশিং—মীমুংশি পুক্তুবা
কুক্কুনা হুমদোকগ্রে, হুপতেক-নাতেক
চেকশিন্না শাজবা য়ুমশিংদো ঐখোয়গী
ঐখোয়গী য়ুমশিংদো, চেকশিন্না শাজবা
কুক্কুনা হুমদোকগ্রে, শুপতেক-নাতেক।
কৈদা লৈনি ঐখোয়দি হৌজিক;
করম্না হিংনি ঐখোয়দি ঙসি;
হোনগনি করম্না স্বর।
ওঃ করম্না হোনগনি!

## চরুগী মী

লৌবুক্তী কাচিন কোয়াদা
ইখোলগী মচি ময়াদা
ছাটিন কি মচেৎনা য়োমশিনবা
অকায়বা উয়ানগী টুপী উপ্পা
মমায়দা ওস্থ তৈবা
উচেক ঙাকলম্বা চরুগী মীশিংদো
ঙসিদি ওম্না খোরক্লে।

পুন্নপ পুন্নপ মকোক চুক্শিদৈ
উনরগা মথুৎকাসু শোকনৈ
শোড়োক লমজাওদা
চক্লগী মী মন্নাম।

চক্লগী মী—
মশাসু চক্লনা শাবা
মকোকসু চক্ল ঙাক্তা ঙারবা
পিজরগা চাবা, পিজত্রসু কৈসু হায়দবা
মক্তি মরোল খরা শেৎচিল্লগা
লমজাওদা হেক্তা চৎলে
কৈথেনদা হেক্তা ভিলৈ।
অদুগা, মরৈকাসু য়েৎনৈ
য়াম্না লুবা রাক্মদৌনা
উকিলশিংনা কোর্তা তৌবগুম;
কলদি তানবা হোৎনদে
মানা মানা ওয়বা ঙাওনৈ
ওয়ত্রগা খুৎ থোক্না ফুনৈ
মক্তি-মরোল শিংনা শাই
চক্ল ইকাপ কাকৎলি
মথোয় মশেন ঙাক্তা
চক্লগী মী মন্নাম
মথোয় মশেন ঙাক্তা।

কনাগুম্বশিংনা উচেক ঙাক্লবা
নৈগে হায়না থিররসু
হেক্তা য়োম্নোকই, চক্লগী মী
চক্লগী মীনা,
অশিংপা মমল খরদা।

লৈরকপা মপু অন্থনা
ইখোল মভোন্দসু থম্বীদে
লৌরক্তসু উচেক ঙাকহন্দে
পৌলাংখোক মভোন্দা পুনশিন্নগা
চেৎনা, চরুগী মী অমদি
নিঙাই চাউবা মচা ময়ামদা
নাওরী অমমম পিন্থুনা
খুৎ চুম্বা তাম্নহল্লি।
অঙাংশিংনা স্কুল চৎথিরৈঙে
ঙাইহাক্তুং পোখাবা কংজবদা
খল্লি চরুগী মীনা, মভোমতা
মুনিনা ধ্যান তৌবগুম
লমন অমুক্তুংদি শিংগৈ হায়না
হয়েং অমুক্তী মপোক্তা।

ঙরাং অহিং তুম্মমদাইদা
হিপ্পা হিপ্পা ঐগী রাখলদা
কাংবু কাংবু হৌনন্থুনা
শোড়োক লমজাওদা, কৈথেনগী লম্বেলদা
রা-রা রারি শাহুনা
চরুগী মী ময়াম
উরকই পুল্লপ পুল্লপ চৎপদো।
ইখঙ খঙহৌদনা ঐসু
চৎলুই মখোয়গী মরক্তা
তাকুই রারি শাবহু
য়াওকুই মরৈ য়েৎনবা
চরুগী মীশিংহুগী মরক্তা
চরুগী মীশিংহুগী।

শ্রীতোকপম ইবোমচা সিংহ

# তিনহনবীয় নঙগী নাচোমলক্তা

মুংশিদকো মুংশিদা থাংজিং লাইরেনবুং
নহাক্কী লেপলিনে তুমিন তুমিন্না
মীচিক মীরাওখোল তাখিজরবা তাংলৌসিদা
নীংশিংলিবোই মাঙলমচংকী থৌদোক।

পুন্সি কন্নাগী ন্নারী থুংশন্নবা চঙলকপা
তুজুংলবা রাথোক্কী মপৈ.........মপৈ......
তিনগ্রবনিকো নঙগী য়ুমকমসিদা মুংশিদা
নীংবা কায়রবশিংগী লোইনাইজরবা চোয়রোল।

লোক্কাক্কী ঈচেন্না পুশিল্লকপা ন্নারী
নথুরাদা চেনশিনখরে, তিনশিনখরে
ইতিহাস কন্না অরা-অনানা থজবা
তুজুংলবা লমথাংগী রাথোক, কাউওন্নরোই।

চিক্ক' অহিংদা খোইরি কৈথেল লাইরেম্বী
অঙাওবী' মওংগুম হিক্কা হিক্কা তেংথারক
মতমক্তুদা নঙনা সোরা লমদম য়েংলগা
মওং করম থাংখিবা নীংশিংলিনি ওসিন্নু।

লোক্তাক লাইজা ঈরোনম্নুং য়ুম্ফম কয়া লুপথ্রে
পুক্সি রারী লোয়নননা, মাঙথ্রে কনাস্সু খঙহৌদনা ;
য়ুম্ফম কয়া অমনা তাউরি লুপকেৎ-লুপকেৎ
মোংফমগী হাবু' লোয়নননা ; ঈথক ঈপোম মরক্তা।

অথেংবা অহিংদা নিংথৌতা ঈরেন্দগী
শাউরনা ময়াই কারবা—"থঙ্গ্রা হিরেল!"
লোক্তাক ঈরোম্নুংদগী "রাগহি শ্যামজাইবা!"
খোঞ্জেল নিক্লা লাউ-খোংলক্লিনি মুশিরব। থাবন্দা
মরাং তুরাংলবা লোক্তাকী ঈমায় থকসিদা।

ওক্তশিংদা থাশিরা, অপংবীনি হায়সিরা
মুংশি তিন্না চিকপনা পুক্সি খোঙচৎ কায়রবী
জোন্না মদোম কপথিবী, "কোম্নু" লমহেনবী!
অমদি মুঙাই কোল্দা নৈহুনস্সু অরা শক্লোন পুরবী
পাম্মু ঈথৌ লাংবনা—থকথিত্রবী পিরাংনি তোম্নুগী।"

পলেম পম্ভৌ য়াওদবনা লাইরা মৈচাক্লরবী
রাথল মমি শামথ্রবী কপচেৎকনবী "থম্নু"
জোনম চাউবী নশাইগোল্দা মাঙথ্রবী "পাম্মোইবী খোজুল!"
রারৌ পুকলৌ চাউগনবী, রাথোক রায়ামগল্লবী
অহিং মুংথিল থাকুনা লেপত্রবী থোইবীগী পাউদম—

নঙগী খুয়াদা তিনথ্রে মরোল মরোল
লোইনাইত্রবা পুক্সি রারী মপৈ·· ···মপৈ···
পুম্নমকসি তিনথ্রবনিকো নঙগী য়ুম্ফমথকসিদা
ঙসিস্সু নীংশিংলরিনি মান্নরেনে দৃশ্যসে।

কোংদোকলকপনা খরতা থোকখিবনা লিশীংনি
অচৌ পিশক অমত্তনি কায়ন-মৈশা লাংলবদা
অদুতৌদা নত্তেনে ওসিস্থ করি ব্লাংকনি।
পৃথি খোঙচং লেপত্রিতৈ মীওইবস্থ লাঙোল্লি
লোক্তাক ঈচেল লেপ্তুরি হৈরাং লৈরাং শাংলিনা।

লোক্তাকী ঈচেল্লা চেনশিল্লক্লি তাংথক নাইদনা
পুরক্লি মাইগৈ কয়াদগী তুজু'লবা ব্লারী লোয়ননা
নঙগী লীলাদি লোইখিরোই লাকখিনি হয়েংস্থ
কংলখিনি মপোক মপোক্কী হৈরাং-লৈরাং

তাইবং ঈরেনবু:সিদা ওসিস্থ ওলাং থাগী অহিংদা
কায়না মৈশা লাংলবী শাবী-শানৌ কয়ানা
পাঙদল্লরি পেরি পেরি খোঙ্গেল নিঙ্গা
মাইগৈ কয়াদগী পুরক্লি চৌং-মান লাম্বুনা
অব্লা-মুঙাই ব্লারী তিল্লরি নঙগী গভদা।

য়েংঙু। অথেংবা অহিংসিমক্তা অঙাওবীগুম
চঙলক্তুনা নঙগী ওম্পাক্তা কপ্পরে 'মস্থ
কনানস্থ খঙগুমক্কবা ব্লারী পুথোরক্লে লোম্লা
লৈমাই থক্তা ওম্বুনা খাংলে, মশম মনা কোয়রক্তুনা

সমাজগী মরক্তা অব্লা-চৈফুনা তারবী পাঙদবী
ইকায় খীবন লৌশিং মাঙলবী ওল্লবী লোম্বোক্তবী
অদুগা মুংশি হৈত্রবা খাইনা মৈচাক্লদি ঙাওহল্লবীসে
লৌশিনবীরোনে নওম্পাক্তা হে—থাংজীং লাইরেনবুং।

নগুমী মনীং থাঙমত্রবা শিঙেল নাচোম মরক্তা
হৌব্রবা অঙক-অঙকপা মারীশিংগী মরক্তা
খোঙেল নিক্বা পাউদমলম্নিবা থম্মোইমী মায়োমসে
তিনহনবীয়োনে পাম্ম, মুংশিংগী মারীসিন্থ
তিনহনবীয়ুকো নঙমী নাচোমলক্তা।

## মোনালিশা

লেপ্প।
চঙলকলিবশিংবু মায়োক্নবা
নোক্বা
কপ্পা
হয়াও তয়াম্নবা শকফম্বা
শুকথরবা মিংয়েংনা।
হৌথরবা ওইরিবা
তুংগী পুন্সি লাককদবা,
মায়োক্নখিনি মত্তৌ অম্মা

×

মিংশেলগী মঙং লৌরবা
শককমসিনা
য়েংলি তাইবং কুইম্মবু মায়োক্তা
থমত্থনা।
থোকলিবা পৌদোক মত্তমগী
মঙ্গংদা
তক্কনা ওল্লিবা শাইঙল

থোদোকশিংদা
শাজিন্নরিবা পুন্সিশিংগী মওং
মতৌ ভন্নিবশিং
নোক্নিংখরেদা
কপ্লিংখ্রেদা।
কনানো ম্নৌনা শিংলবা,
কনানো ম্নৌনা পঙলবা
কনানো মুঙাইবগী অয়োবা
ফংলবা
কনানো রাবগী পম্লেং
ম্নৌরবা ?
লাও, চঙশিন্নকউ,
মতমগী রাংম লাম্নবা অথোইবা

×

শক্লাইদবী।
মতম অমদা অন্নাবনা থল্লবা
পুক্নিংগী মৈচাক হল্লবা
য়েংলুই নওগী মাইথোংদা
লৈরম্মী নওনা থোইনা হেন্না
ৱারবা শকফমদা।
মুঙাইরবা মিকুপ অমদনা
য়েংলুই থম্মোইগী রা পাউদমগে
হায়না—
লৈরম্মি নওনা রারোল পুম্বহু
থওবীরবশুন্না।
শাউনিংলুরেদা
থল্লুই অহৈ অপা শাজনীংবা
মাইথোংসি মুংশিন্রেদা।

নহাক্না হান্নি কোংদোকপা
"ভৌজ শান্নিবগি লোক্লিংথম্লেদা"
ফজরবা চিত্র অমা য়েংলুই
নহাকসি য়েংবা
য়ারম্লোই থম্মা লাকই ;
য়াওরম্মী নঙগী মাইথোংদা
অঙকপাহু নমথৎলবা।
মগানগী মিৎ অসি
লৈহৌই
নীংথিরবী মুজা'মগী
মিস্রাদা
চঙখি
থম্মোইগী মিৎনা
নঙগী মিৎ অনিদা।
লাইবক ফবদগী ফজবা
চিনবান অমদি
ফংজকয়ে শোকপনু
মতমচুমক্কদসু
কাওঙমদে নঙগী চিনবাস্তবু।
লেপ্লে হৌজিক্কি
মীওইবগী পুক্নিংগুম
য়াওদবা লৈত্তে মাইথোংসিদা
ফজবা অপাম্বা কল্লকপা
মিহৌবা
মতম পুম্বদা
য়েংহনভা লৈজনিংবা।

×

উৎলু নিংথিরবী শক্তম অহু

মিৎয়েং অমত্তগী মাইথোং
মপুং ফানা ফজরবা
নপুক্লিং ফাজিনবা
থোংহনপে যল্লশিং অসি
থোজেল অমত্তদা
মমি অমত্তং অয়েক্পা লেঙত্রবা
মাইথোংদা অহোংবা
লৈতনা তাননবা।
কাম্রে থৌশিলসি।
পুক্লিং, মমি তারিবা
মাইথোংসিনা
ফোংদোরকই হেক্তা
পুক্লিংগী কা।
যল্লশিং অসিনা থোক্কে
থক থোজেল অমত্তা ওইনা।

# রেখা

৬।

মালংবা,
ঐগী খোঙনাওগী পারবা পর্দারিস্থ হাইদোকুনা
নঙনা কনাবু য়েংলি, থেঙ্গ্নবা অহাংসিদা?

ঙসি ঐগী মমবা কা মন্থুংসে
ঐহাক অচুম্মক কমলি, হৌখিবা অহাংগুম;
লায়থুংনা মচেৎ মচেৎ কায়রবা, ঐগী হকচাংসে
কায়বা লোইহ্রি কাওবদি
নৈরমখিনি নঙনা লাকপা খুদিং
ঐনা রেখাতবু য়েংহনা।

চৎপ্রো,
য়েংলমু,
নঙ লাকই থঙপ্রবস্থ কৰিঙবা
ঙৎ নৈররোই ঙসিদি
ঙৎ নৈররোই,
হৌখিবা অহাংগুম, ঐঙোন্দা।

নোংমা নওগী শউম ফংবদা
মানা হাই-হুমহুনা,
ফক্লাংদা মখুৎনা
তক্ল-তক্লহুনা,
তম্ভনা ঙংখিবদো, থাদোক্লবগী ঐঙোন্দা,
ঙাইহাক্তগী পুন্সিনি
পোলোইনিকো মীকুপতুনা।

নোংমসু শুক্ল মল্লবা
থাশিগী অহৌং অমথক্তা,
ঐনা থনখি
ঐগী রেখাদি, ঐগী অশেংবা মরুপী।
কনাগী খোঙ্গেলসু তাক্লবা, কনানা অমুক্তস্তু লেপ্লক্লবা
মল্লবা ঐগী কা মল্লুংসে,
লৈয়মইনে মহাক্তদি
মুৎশি মুৎশিরবা, থাউমৈগী মরুমদা
নোকমি নোকমি।

অহৌং অমদনা ঐনা লৌখি
ঐগী হৌগ্রবা পুন্সিগী য়ারী,
মীকুপ অমদনা ঐনা তাকখী
ঐগী পুন্সিগী ইতিহাস,
অরাথা অমত্তুং মুংঙাইবা।
মানি,
অচুম্বমক রেখাদি, ঐগী অশেংবা মরুপী।

৩।
ঐগী মিপাইখিবা মীকুপ
কাউরমখিরোই নঙস্থু নোংমচু
ওইহৌবনি নঙন্না মুমিৎতুগী সাক্ষী।
অনা চৈথেং কংলবা
নীক্লবা ঐগী খুৎসিনা, কোঙ্গোয় চেৎনা লাকখীবৈ,
কোম্লবা মাগী কিশিদা
কিশিগী মরোল হাপখিবৈ,
লোম্ন্নোকত্রবী মাগী চীনবান্দা
ঐবু মুংশি হায়হৌবদো, তুমীন্না
অশেংবমক রেখাগী, ফোংদোকপ্রবা রাশন্নি।

হে প্রকৃতিগী লৈকোলশা,
লৈখোক লোয়রবী লৈরাংশা।
হাংপ্রবা লমহাংগী
তান্না তান্না হৌবী পামেলশা।
অম্রুক্তদি লক্লরকউ কৈদৌগে
অম্রুক্তদি কৌথোকউ, মালংবসে লাক্লেনে!

৩। রেখা—
লোল থোক্লম্লবদি নঙস্থু
হায়রমগনি মালংবসে, চৎখিনবা ঐহাকম।
নত্রগা,
চৎওম্বগী পাললতা লৈরম্লবস্থু, নঙনা
লাক্লমগনি লোৎনবা, ঐগী ফিজীগী মরুমদা—
ওসি ঐগী মীৎয়েংসিদা।
মাঙপ্রবস্থু থৌনা চৎওম্বগী
লোন্না চৎখিল্লি, লোন্না

অহীংগী মীৎকুপ অমতং,
ঐনা ভূমথুল ভাল্লিঙৈ, লোমা চৎখীনি।

লাক্লমগনি,
নঙনা নীংশিংলকপা মতমদা, ঐহাকপু;
য়েংলমগনি চাক্লা
পর্দারগী মরুমদগী, থোঙনাওগী মপান্দগী,
লৈরমগনি অমুকস্থ
থংনবা কাগী কাচিন্দা কমত্থনা,
শিন্থরমগনি পীরাং, নাহে খোঞ্জেল তাত্থনা
নতোন্মতা কাদুদা।
শোয়রম্নোইকো নঙস্থ শোয়রম্নোই,
ঐনা শোক্কনি কিরবী
ঐগী চান্নথোইবীগী, পিগী মরীক মরীক্লা
কংলবা ঐগী পাম্বোমদা
শক্লগী থবাক মথক্তা,
চেম্থরম্বদো, ঐনা মীকপ্ খোরকপদা
য়াওরমগনি রেখা—
নঙগীস্থ মরীক অমতং য়াওরমগান।
নত্রগা, থেংলবা অহীং কয়া-কয়াদা
ঐগী থোঙজীল থোঙবাদা পায়ত্থনা
চেপথত্থনা য়েংলকপদো, মূনা মূনা ঐহাকপু
য়াওরমগনিকো রেখা, য়াওরমগনি নঙস্থ নোংমদি।

অত্থবু,
নঙদি নোক্লিকো, রেখা—
ঐগী মন্নবা কাগী মন্থংসিদা অস্থম্মক, নঙদি নোক্লিকো

য়েংহুনা লৈমি হৌজিকসু
ঐতবু নঙনা,
য়েংহুনা লৈমি, মমবা ঐগী কাসিদা
নত্তোম্মতা লেপ্পুনা।

অহুগা হৌজিকা অমুক কদোমদা
কদোমদনো ঐগী রাখল, কয়াদা ওক্লবা।
মীকুপসিদা পাইরক্লি
অরাপ্পদা, অনকপদা, মৈথুগী মৈথু।
নমী কনাগুম্বশিংনা নীংবা থুংনা,
মৈথুসিবু মমা কাহন্দুনা "সুহাগ সিন্দুর"
রাশক চেৎনা নুরাসিদা।
ঐসু তিংথোক্লি ঐগী খুযাক অমী
হাপ্পবা "পূন্য পাত্র"
ঐনা নঙতবু য়েংহুনা।

হে ব্রাহ্মন,
হে চানবীহৈবা—
খুম্বিমনে মাগীসু অমুক্তা
পারবা চাদরনা মাইথোংসিবু।
নঙনা চেং-থোয়দীং কৎতুনা
হৌগৎলিবা যজ্ঞগী মৈফম,
অতিয়া পক্লা কাহল্লিবা
নঙগী মমবা মৈথু,
ওইহনু ঐগীসু রাশক চেৎপগী যজ্ঞ।

ও!
কয়াদা নীংঙমত্রবা

ঐগী মাখল ইত্তোমত্তনা লাম্লবা!
শীরমত্রে ওসিদি শীরমত্রে
নঙগীদমক্তা ঐগী মাশক, মাশক চেৎপা,
ওম্নরে ঐগী আশা
মঙতবু পুন্সিগী।

য়েংলম্বনিকো রেখা—
য়েংলম্বনি নঙগী পুন্সিনা
পুন্সিবু মশক তাক্লবা ;
লৈরম্বনি নঙনা অহীং খুদিং
নোকমি নোকমি কাসিদা,
পুন্সি হায়ববু কদায়নো, তাক্লবগী ঐত্তোন্দা।

কুপ্পরে হৌজিক্তি কুপ্পরে,
মরোল অমদগী মরোল অমা
নঙগী মাইথোংদা মৈখুগী মৈখু
পোখাত্রি,
হুমলক্লি ওসিন্থ
মতম্না মত্তমগী মৈখু!

৩।
কদোমদগী লাক্লিবা
কদোমদনো নঙগী মীৎয়েং
কদোমদবু য়েংলিবা ?
ওইরম্লবস্থ ওসি, নঙগী মীনোক
অর্থ কয়ানা থল্লবা,

হেল্লমত্রবদি খল্লক্লে, ঐনা ঐতগী রাখল
কায়রম্নোইকো ঐগী রাশক্তি, কায়রম্নোই ;
পুরকনি পুন্সিগী শান্তিসু
নঙগী মীৎয়েং খুদিংনা।

৬।
য়েখা—
কদোমদনোনে
পুন্সি হায়ববু কদায়নো ?
লৈহৌরি ঐদি মকমসিদা অসুম্মক
লৈহৌরি ঐদি, মকমসিদা
তমগনি ঐনা মালংবদো লাক্লগা
লোনথোকত্রবী নঙগী মীনোক্তা,
শেমগৎলুবা ঐগী আশা।

অদুবু,
য়েংনীংলিকো অমুক্তংদি, ঐগী খম্মোইনা
মরোল চাম্মনা কুপশ্রৈঙসু
নোক্লমখিগত্রা মহাক্তি
লোয়া অদুম্মক, লোয়া।

৬।
য়েখা—
তমগনি ঐনা মালংবদো লাক্লগা
পুন্সি অদে', মীকুপ কয়াগী।

## লাই অমগী বিন্দু

ঐ লাইয়েকপনি,
ঐগী নোঙ্গবা ভুরিসে
তসবির কয়ানি ঐনা শেমখিবা।
ঐনা য়েকনি ঙসিসু
ফজবা তসবির অমা
মপুং কারবা,
নীংথিবা,
পুক্লিং হুরবা।
লেঙদনা লৈয়ু নঙনা
ঐগী মাঙগী ফমবা
ঐনা ভাকপা লৈকোনসিদা।
ও!
খরদং নোকউ
ঐনা পাম্বতা,
ঐনা উখিবা মীনোক অচুদা
শেম্নগে ঐনা, ঐগী ভুরিনা
ঐগী পুক্লিং হুনবা।
লৈই অমদগী লৈই অনি, অমুমক
চিংলগে ঐনা, ঐগী পেমবা।
নীংশিংউ—
অচুগা য়েংউ,
অরাপ্পদা,
য়াম্না লাপ্পদা,

সমুদ্রগী তোর্বান্দা, অম্বুকপা উমংচুদা
লোৎতুনা লৈহৌবদাই নোংলৈগী মুংশিং ?
লাক্লগনে ঐগী মাকসিদা
চেক্শিন্না পায়রিবা ঐগী তুরি,
শমলাংনা নামা চোইখিডৈ
নঙনা অমুক কপকনি
নঙনা অমুক নোকনি।
মতমচুদা ঐস্মু তুমিন্না,
ওইনগনি লোন্না
কৌগনি ঐনা অমুকস্মু নঙবু
ও !
ওইনচাউবী—
ঐগী ওইনচাউবী !
অচুপা,
ঐনা অমুকস্মু রাগনি
মীকুপ অচুদা খনগনি।
মুংশিবা নঙগী তসবিরদা
মঙলান অমা মঙখিডৈ,
অহীংগী লাইরেম্বীনা চনখিবা
অর্থনা থল্লবা পাউখোংদো,
ঐনা ফোংবা ওম্বরোইজ্রা
লোননা লোৎখিগজ্রা তুরিনা ?

ওসিদি ঐনা কোয়রুগে,
কোয়না চৎতুনা য়েংলুগে,
আর্টিষ্ট কয়াগী মিউজিয়মদা লৈহোবা তসবির ;
অহীং চুপ্পা খোৎতুনা

চন্নম্বা মখোয়গী লৈইগী পাউখোং
কোংলুগে,
কোয়না চৎতুনা কোংলুপে।
মণ্ডলৈবাকী শুমহৎলবী, হেলোইগী মীনোককুম
আর্টিষ্টকী মিৎয়েংদা, তসবিরগী মিনোক
য়েংলকে,
পৃথিবী শীন্না য়েংলকে।
থন্নাই পাল্লিবা কয়া, পাম্রবা লৈশিং
পুরক্লনি ঐনা লোৎতুনা
ঐগী নোংবা তুন্নিদা, নওগী মাইথোংদা তিন্নবা,
ও!
কদোমদনোনে
ঐগী তসবির!
বিন্দু অমত্তনি ঐগী থম্মোইগী,
ঐগী পেন্নবা বিন্দু অমা
কোংলগেনে ওসিদি
অহুতৈ লাইরেম্বীগী পাউখোং।
ওসি ঐনা য়েংবদা,
হাইকেৎ নোক্লিবা চিনবান্দা,
হাইকেৎ শুক্লিবা পীশুমদা,
নৌরবী নওগী খুজেঙদা,
ঐনা কদাইদা নমলসিগে?
ও!
কদোমদনো ঐগী বিন্দু।
বিন্দু অমত্তনি ঐগী থম্মোইগী।

শ্রীনোংথোম্বম বীরেন সিংহ

# ত্তোল্লবা শাদুগী ৱাখল

খুরবা মল্লবা শারংছুদা
মখোঙ মখুৎ লোইনা পুনশিনলবা
ত্তোল্লবা শা অছুনা
নাইতোম কমছুনা খল্লি :

পুশি হায়বসি শাথিনা ভমথিরবা কাগি অমনি
মরমদি
কৈশীনো
উচি অছুনা থোরল্লিবা
অরাংছুকানগী
মীনা কুক কুক ইম্নরবা
কার, মোত্তোর, ত্রক
একাগারি রিক্সানা কুংনা চেল্লিবা মরক অছুদা
য়োং নাল থারবা খোঙউপ কাওবা খাওবা ভমত্রবদা,
কৈশীনো উচি অছুনা চেম্প্তোরকলিববু।
নাকন অমদগী চেম্প্তোরল্লগা
হনজিনবস্থু ভমদ
লাম্প্তোকপস্থু ভমদ
কল্লাদা ল্লাওবা।
মকোক অছু উক উক লৈনা ভাওখি।
কৈশীনো অছুক ভমথিবা কাগী অছু তোকরিবা

মান্ পীক থম্না হাপ্না
লুম্নবা চাউরবা ত্রক শকথীবগুগী
কত্রক কত্রক লাউরবা
ময়া চৌরবা চাউরবা কাংখোওহুনা
উচি অহুগী মথীবোং খোকপমখৈ
মখোন খোকপমখৈ
তকথাম্নখিবহু কৈগীনো ?
অহুক চাউরবা দগি অহুবু
কনানা মাঙোন্দা করিগী পীরিবনো ?
মাগী মমিং মচাহু মতমহুগী
ওঃ অরাবনি, অকিবনি।

অহুগা
পুন্সি হায়বসি থাজবা য়াদবনি
মরমদি
অহুক খোংজ খোংজবা লৈনা পানবা
মমিং খঙদবা লৈ অহুনা
নুংগাই বিলামাডিগা তোংনহুনা হৈত্রবা
কংলবা নুংচবরা কল্লাংহুদা
থিন্দোকুনা শাংলিবহু করিগীনো ?
মসিবু কনানা থাজগদৌরিবনো ?
অহুগা
অহিং অহুদা
রাহৈ অমথঙগীদমক
অহুক ইং ওগ্নবী লৈশাবীহুনা
মশাদা পকপা মকি পুম্বা
লোইনা লৌখোকখিবহু কৈগীনো ?

ঐনা হায়
ঐনা হায়রিবসিনা কৈ।
নওনা হায়
নওনা হায়বচুনা কৈ।
খঙবা হায়বসি ভাবনা শাবনি
অথীবা হায়বসি ভাবনা শাবনি।

কা অচু হেন্না মমশিনলকই
খোঙ্কেল অমতা ভাদে
পুনলিবা য়োংলিচু হেন্না নশিনলকই
নাইতোম হেন্না ভাই।
খৈৗ অচুম:

পুন্সি অসি অরানবা অমনি
মরমদি
কৈগীনো ঐবু
থাদবিরমলিবা উমাইবী পামদত্রা।
মকমসিদা?
মকমসি পামত্রা পামদত্রা।
ঐওোন্দা অমুক্তসু হংবিরম্মুদনা।
কৈগীনো থাদবিরমলিবা ঐগী পুক্নিংগী
রা ইহং হংবিদনা মকমসিদা?

ঐনা হায়
ঐনা চুম্মী। নওনা হায়
নওনা চুম্মী।
অচুম্বা হায়বসি ভাবনা শাবনি
অরানবা হায়বসি ভাবনা শাবনি।

পুক্নিংগী মমল তাবনা লেপ্পনি।
অকক্লবা মমল লৈত্তবনি।
অচুম্বা হায়বসি অকক্লবা অরেপ্পা অমতা লৈতে।

কৈগীনোনে
থাদবিরমলিববু উমাইবী অহূনা
মকমসিদা ঐবু।

## ঐবু ইমিং অমতং থোনবিয়ু

ঐগী ইমিং থোক্রি
ঐগী লৈকমন্থ লৈক্রি।
ঐসি কনানি হায়না
তাল্লসিগে নত্তোন্দা;
অহূনা
অহূনা হংলকখিল্ল নও।

আঃ টেবলগী নাকন নাকন্দা
নওগা ঐগা মাইওক্লনা
বাংলবা রেষ্টুরাসিগী মতোন্দা
চিল্লবা কাসিদা
কমলি সহর মল্লায়সিদা
মকমসিদা নওগা ঐগা।
থুরিং থুদাংদগী হেন্দোরকপা
পুম্বুম তাবা থুপীগী পাম্বোম মক্ম,
থুপীগী হকচাং মনম;

ওঃ। থম্বাল লৈকাগী লৈনম্মা
মচু তরেৎকী কুন্নাক্ ওনহল্লি ঐবু
ওনহল্লে, কোম্বীরৈ, নঙনা ঐবু ওনহল্লে।
অহিংগী মিত্ত্রংশুম্নবা কম্‌ৎবু
নীংশিংহল্লি।
মাহংসি থনবু থল্লুদে
ওহানমখৈ। নঙগী নঙ্কুংসিদদি
কোম্বীরৈ, নঙগী নঙ্কুংসিদদি
হৌজিক্তি হংলরনি মীপুম্ন তিংনা
ঐগী আইদেম্বিতি। থম্নবহন্তা
পুন্নমক মাঙত্রে —
ইশাগী ইমিং, ইকুম
ঐগী ধর্ম্মসু লৈরমত্রে
লৈননবা ম্নমসু লৈরমত্রে।
ঐগী পারি-পুরিসু লৈত্রে
ঐগী শাগৈ নাতৈসু লৈত্রে
শেৎনবা কিরোলসু লৈরমত্রে।
লৈজরম্বা পুম্বহু খোঙপাক্লা
কাওহনা থুগায়ত্রে, মাঙহনত্রে, হুন্দোকত্রে।
ওসিদি,
মাইরোক্লনা কমলিবী
কোম্বীরৈ,
অখৈল্লে শাবানগী কোম্বীরৈ
নঙোন্দা
উৎলি ঐগী কি শেত্রবা
হকচাং কয়াৎশিংসে
থাগী ঈচেল করিবী মুগী নঙোন্দা।

অঙ্গগা
সমুদ্রগী ইথক্ ইপোম মঙ্গোন মরোম্দগী
হন্দোক্না কন্নিবা ঐ
কম্না কম্না
মথোন তরামন্নিগী য়েন্দ্রাসিগী মতোম্দা
ভূমশিনথি ঐ অসুম অহাওবা মাপংদা
ওইরিবন্থ মাওথি অসুম্মক্।

মথাদা চেন্নি লেপ্পা নাইদনা
কার, মোতোর, রিক্সা, ট্রক, স্কুটর, একাগাড়ি
মীনা উমাই পাথোক্না
পুন্সি কয়ানা। পুন্সি কয়ানা।
ঐনা অসুম্না ভূমশিন্নি ঐতোম্দা
মশক্ উবা কংদনা ভূমশিন্নি।

ঐনা হাকৈ:
ঐসিবু কনানো
কনানো ঐসিবু।
ঐগী ইমিং করি কৌবগে?
ঐগী ইমা ইপা কনানো?
ঐ কনাগী মচানো
কনাগী মচানো ঐকো?
ইমুংসু লৈয়মক্রে
লোইনা থুদেকখ্রে
ঐ হৌজিক্ কদাইদা লৈপনি?
কদাইদা লৈতা হায়রিবনো ঐখোয়বো?
ঐগী লৈকম অমত্তা লীবিহু

ঐগী লৈকম অমতা পীবিয়ু
লৈকম অমতা পীয়ু
ভুং কোইনা লৈবা য়াবা
লৈকম অমতা।
ঐগী ইমিং অমতং খোনবিয়ু
মীয়োল খুদিংদা
পৃথিবীগী লৈয়োন খুদিংদা
হোংলয়োইদবা মিং অমতং।
কোম্বীরৈ
ঐগী ইমিং অমতা খোনবিয়ু
ইমিং অমতা খোনবিয়ু
ইমিং অমতা
ইমিং অমতা
কোম্বীরৈ
ইমিং অমতা।

## তাংখুল হুই

অমৌবা লম্বী শেম্বা লাকই
নুংজাউ নুংজাউ হৈথরকই
কংকুক্ কিলা কিলা পৈরৈ;
খোংনা শাংপী কোম্বীরৈ অমা
নুংজাউ ময়াম্না ননশিনখি।
লম্বী শেম্বনা হুয়া কাওবা খোংখিদে
য়োলর লাক্লগা মথক্তুম তকখি।
হাউরেক কারক্না অ্যাইজন্না।

মোৎলবা মম্না উৎতুনা
অশিংবা মীনোক্তো
থাক্না থাক্না নোক্নখি।
মমাক্তা কুনলম্বা
তাংখুল হুইজাউ অমনা
হৌনা হৌনা ভেংথাখি
থম্মোয় শোক্না।

## অপুম্বা পেঙবা

মশা মারবা
অপুম্বা পেঙবা অমনা,
পুম্নম শামন্না হারবা
কৈথেনগী মোৎলবা ঙায়োনকমদা,
লুক্মাই অমগী মথক্তা
মঙ মঙলি—

শ্রীগোবিন্দগী ওয়রদা ঙাম্মোইরিবী
শ্রীমতি রাসেশ্বরীগা
ঐগা কৈস্থ খেন্নদে।
হেল্লি ঐনত্থুম
মাদি ঈস্থ চেন্দে।
পিক্লবা কা মম্থুংদগী
চৎথোক্পা ঙমদে।

ঐদি,

অমুক্তা লুপা মণ্ডাদগী ভাদনা

শিংদি

নোংমত্তা পোংশিং হন্দে।

মথল মথেল

খোংনবগী

হৈনবনা চেম্বরিবা

ঈচেয়ি

ঐগীদি।

লুংঙাইনা লেঞ্জরিবা ঐগী পুন্সিমি।

নত্থে যমুনাগী ঈয়ায়দা, বৃন্দাবনগী কদম মখোঙদস্থ।

মায়ি খোংবান্দনি, লক্কাংদনি অশাংবা অমম্বা লৈরক্তী;

য়েনখাদা খোঙজুম লুখাক্ হৈদোকপদা।

অদুবু

অর্থদি লৈ। পুন্সিদি লৈ।

শীয়ম্মী মাগী পুন্সিগী দিকিমিসন।

২

খোং নম্থোনবীদা

অতংপা লৈত্রবা পুন্সি খোঙচংনা

যস, ত্রক, রিক্সা, একাগাড়িদা

চঙংননা চেম্বরি ঈচেল।

মথা ভানা থম্বে—

সীতাগী মৈ ইক্লুবগী মায়ী

সাবিত্রীগী যমগা থবায় মুয়বগী মায়ী

ঙসিদি মস্তে

থরায় অনীগী
খুংশি রারী।
পাউখুম.—মত্তে থম্মোয়গী, ওইরে নম্বর চামগী ছাত্রগী পরীক্ষাগী
থারবা লাইব্রিরী—হৈতিহাসকী
ছাপা ময়েক্ অমদি মুকী ভিন্নবা লৈতে।
রাহৈ মপৈগী চায়বী,
প্রেস মপুগী শেল পীবিনবা।

সিনেমা হোলদা
মীনা চগুংননা ভিনবদা
হাথু হাথু
ফং ফং হেনগৎতুনা
থাংলরে পুন্সিগী লেপত্রবা খোঙথাংসে।
ওসিদি ভিন্নত্রে পুন্সি
উমেশ হোটেলগী
কপ প্লেট মরক্তা
খুংতি খুংতিগী
মুম্নরি—
থরায়
ঐগী পুন্সিগী ডিকিনিশন অনীগা।

ঐগী পুন্সিদি অশিবা নত্তে;
মেচিনগা লমজেন ভান্নরিবনি।
সীতা সাবিত্রীগীদি চেল্লবা ঈচেম্নি
ঈ তোং য়াওত্রবা রারী ওইরে ভানীংত্রবা।
ঐগীদি নোংমা নোংমগী
পান্ননা ভান্নরক্লিবা রারীনি।
পুন্সি ঐ শরুক্ চপ চানা য়ারি।

উরকই
মত্তোমতগী মমিৎতা
হয়াউ তয়ায়া
চেন চোংছনা শায়বা ঈপাক্লুংদা।
অস্থয়া পোত্তজরি শিরবা পেত্তবাহুনা
হিংলি হায়না।

৬

(দাবী)

হিংবনা ঐগী দাবীনি
পুন্সিনা ঐগী অপাম্বনি
ঐহাক চপ চানা ইথৌ তৌরি।
ঐহাক সতীনি
অহুগা
পুম্নমকনি।
পুম্নবা
তেক্লবা খোঙ্গেলসিদা
ওসিদি শাংকল্লা খোংলবী
পুন্সি লৈরাং,
থল্লায়গী লীলাদা
ভুংশিবগী মচুদা।

নমথীরবা স্বর মনমছ হোন্দোক্লহুনা
হকাম লাওনা চনলহুনা
ওয়-খোইনা থাওলহুনা
হরাউনা
পুন্সিবু লৌশিনলি
পুম্নবা পেত্তথাহুনা।

# সিনেমা

নিউজ রিলদা
পি. ডব্লিউ. ডিগী চাউরবা বুলডোজর
থৌজীল্লকই ঙং ঙংদুনা।
সনাকোন্নুংগী শ্রীগোবিন্দগী ওক্তা
থম্বাল চামনিপালগী লৈপরেং থোম্লি
ঝোন ঝোন লাউনা।
খঙহৌদনা লৈনা রাকৎলকই
লোকেল পেপরগী হেড লাইন্দা:
"ঐ লৈ ওইবা ওমজররোই,
ঐ লৈ ওইজনীংদ্রে, ঐ হুই ওইজরগে।"
অসুম্না ওনখি হুই অমোম
শ্রীগোবিন্দগী ওক্তা লৈশিংদো।
অদুদগীদি
সহরদা লৈ অমত্তা শাংদ্রে।
খুদক্তা জেমোনাইসন লাকই
লৈনা ওনবা হুই অমোম ময়াম;
মথোয়না পায়রিবা প্লেকার্ডতা ইরি:
"হুহু ওইনীংঙদ্রে, লৈ অমুক ওইনীংঙদ্রে
লৈদা ওইশিজরগে অমুক।"
হোন মনুংদা মী অমত্তা লৈতে
সিনেমাদি লোইদ্রি,
থেঙলবা অহীং অহাংবা
হিক হিক কম্মী
সহুর শিনবা থুংবা লৈনা ওনবা হুই অমোমশিংনা

শ্রীপুখ্রম্বম কুঞ্জো সিংহ

# পামজেনে ইমা
# আপত্তি লৈত্রবা পোৎলূম

পামজেনে আপত্তি লৈত্রবা পোৎলূমদো (ইমা)
পুক্ষগে মাগৈক খুংবা কোয়না
নিংথৌরেলসু চৈনবা, মীনাইবুসু হুইৎপা;
লাইমকসু পেয়দা, তাইবং লিচৎসু হুজোইনবা—
মকম লৈতে অচিকপা— লমচৎ লৈতে অপেনবা।
চীংদা কারো পূর্ণীংবা খোয়রাংকমদা পুখি,
সহরদসু লৈজরো কগ্নকপনা নিংদোল পোম—
খুজাংদনা হেন্নমুক, সহরগী পুনশিত্থু পাম—
অরোই অথম নাইত্রবা তান্নবগী সংসারসিদা
পামজৈ আপত্তি লৈত্রবা পোৎলূমহুত্তা॥

য়েংকী লেংখোংদা পুবদা হুমাং মচুম তারপা
ওইগী লেংজূমদা অমুক থাকত্তূবা পুক্ষগে।]
লেং অনীমক চোকথরপা
কোকথোং অমুক পুত্থনা সমাজলক্ত চৎচগে।
করিগুম্বদা অরাবনা ওমথৈ পঙ্গেং য়ৌরক্লগবা
থেংনরুবা মকমহুদা—ওইরম্নবা তাঞ্জাহুদা—
অহুমক্ত:, মহুদা:,—

থম্বদা কমানন্থ, খুনবীদবা পোৎলুমদো—
অহুগুম্বা-পোৎলুমদো পামহৈজ ঐনা,
পামহৈজনে, পামহৈজনে ( ইমা )
আপত্তি লৈত্রবা পোৎলুমদো ।।

ঐগী কাম্বা থন্দবা, ঐগী শেন্দোং ভান্দবা,
কমক-য়েংথি-অপাম্বা মিহৌবস্থ পোক্তবা,
ভাইবং পুনব্জি মিৎয়েংদদি—
ইচম চম্ম অহুমক
য়েংবত্তদা তুংঙাইবা অমা মায়থোং কোক্লবা
পোৎলুম অহু পুজগে ! পামহৈজনে !
আপত্তি লৈত্রবা পোৎলুমদো ।।

ঐনা শকপা শৈশকী মহোলথুদি থঙ্নবা,
ঐনা থাগৎলুমদা মথোয়নদি চাউথোক্তবা ;
ঐনা চৈক্তবমত্তা মথোয়নদি শাউদবা,
ঐনা থীনা হায়রগা মথোয়নহুম হরাওবা ;
ঐগী পোৎলুম উবদা
ঐগী ঘোষ পুম্নমক মিৎকুপ্তদা কাউনবা
অহুত্তবা পোৎলুমদো মিৎকুপ থুদিং পুজবা
পামহৈজ আপত্তি লৈত্রবা পোৎলুমদো ।।

ভপাকথকী পারী মমোম্মক্তগী
চম্না নোংদম ভমঙমত্রবা, অহুপা—
কোটি কোটি মমক্তা
মীকপ নাহে খোম্না খোজেলমক্ত শিথপ্রবা—

নৈহৎপিরবা—
মঙ্গীং থীঙমত্রবা মখোয়গী মরক্তা
তোল্লবশিংগীদমক্তা—
পুন্থনা চৎচগে ঐগী পোৎলূমদো—
খৌরাংজৈ থম্মোইনা, পামজৈ পূক্লীংমা
আপত্তি লৈত্রবা পোৎলূমদো ॥

শোয়নি তোয়না থম্ম-লংজীন ওইননি;
অরু অথেন য়াথনগী; থোওইজবা ভাগ্রাহ্ন্দা।
লাকনি করিগুম্বদা য়েংবা তজনা, ঐগী পোৎলূম
করিগুম্বদা হজনি ঐঙোন্দা—
"করিনো অস্থক য়াম্বা ময়াম অসিদে, করি করিনো?"
ফংলোই পাউথুম অশেংবা।
অহ্ন্দা, অমুক ওকনি; মযুমদা অমুক হন্নখিনি।

থর ফুইনা হোন্নতনা, ময়ুমদগী—
পোথাগেভা নীংলকপদা
"ওসাই পোৎলূমদো" হেক নীংশিংলকপদা—
পূক্লীং শান্তি ফংননি।
অহুম্বা পোৎলূমদো আপত্তি লৈত্রবা
পামজৈনে ঐনা, পামজৈনে পুজবা, থজৈনে য়াথম্মা
আপত্তি লৈত্রবা পোৎলূমদো ॥

শ্রীয়ুমলেম্বম ইবোমচা সিংহ

## অরোয়বা বা

তুম্নসি মরুপ তুম্নসি
ঙসিদি ঐখোয়
মুংঙাইনা তুমখুন তান্নসি ;
হংলক্লগনু অমুক
  "পুন্সি হায়বব্ন করিনো ?"
চংলকলে ঐখোয় লম্বেলসিদা হীংবগী
হুম্মিংনা হেক মীকপ থোক্লকপদগী
ঙসিদি অমুক লৈত্রে থরাইগী প্লাজল
খোঙ অসি অমুক থাংনবগী ।
তুম্মসি মরুপ মঙ মঙলসি
পুন্সি হায়ববু মঙনি
নত্তে লাল, নত্তে তাইবংপান
লোইবা নাইত্রবা মথোন চাম্ম চাম্মগী দলান্দা
লোইবা নাইদনা কাথংখিবনি
নত্রগা
নীংথায়গ্রবা য়ুমকমদা নৌনা যাত্রা হুনবনি
লোইবা নাইত্রবা অমগী
রাহং অসিদি লোৎশিন্দুনা থম্মু
  "করি কাম্নরিবা হীংলগা
  করি কাম্নরিবা শিরগনা"
পাঙতাক অসি অচুম্বনি

"য়ু থকউ
গজা থকউ
কানি থকউ"
করি কায়রিবা
য়ারগা নজ্রগা মুংঙাইরগা
মুংঙাইবা হায়ববু কদাইনো
মুংঙাইবা হায়ববু করিনো
খুং অমা
উরু উরু উংলি
হংগনু—
"মসিগী কায়বা করিনো
মসিগী কায়দবনা করিনো"
কায়বা অমসুং কায়দবা
করি খেয়রিবগে
হো পুন্সি
য়ু থকউ
গজা থকউ
কানি থকউ
কাওথোকউ তাইবংপুম্বা
মণ্ড মণ্ডও মুংঙাইনা তুম্ম
হংগনু—
"করিগী পোক্লকলিবা ঐখোয়না
করিগী হীংগদৌরিবা ঐখোয়না
করিগী শিগদৌরিবা ঐখোয়না"
হীংবা হায়বগা
শিবা হায়বগা
করিদা খেয়রিবগে
হো পুন্সি

মু থকউ
গঙ্গা থকউ
কানি থকউ
কাওথোকউ তাইবং পুষ্পা
হুংতাইনা ছুম্‌ মঙ মঙঙ্‌
মঙ হায়বগা
তাইবঙ হায়বগা।
কম্রিদা খেম্রিবগে
হে। পুন্দি
মু থকউ
গঙ্গা থকউ
কানি থকউ।।

শ্রীথাংজম ইবোপিশক সিংহ

# নীংথায়রবা মৃত্তি

ভরাং অহীং মথোল অমা তায়
শেগাক কীম্থখিবগী
নাকোংদা নুংথংনা য়ৈশিনখি !
থা-ম্রাং কৈরেংননা চিংথেঙখিবা
নীংথায়রকপগী থুৎচাউ অচুনা
মুহাহাবদা
কুইনা মন্দুনা লৈরক্লবা খ্বাইরমবন্দ বাজারগী
ভাগ্যচন্দ্রগী নুংগী মৃত্তি ভুখিননি।
রাজর্ষিগী ঙক্ ভেক্তুনা
নুহুপ কোয়বা কোক
লৈমায়থক্তা কেল্লমই।

মী শঙ্ শঙ্ চৎখি
মায়গৈ কয়াগী
মীৎয়েং চোইদে ভথক্লবা থম্মোইগী
য়েসন সোত্তা
ঐগীনা হায়া ঐগীনা হায়া
নুংশাদা কীঙৌ কৌরৈ।
চাদবনা ভৎলবা কিজেৎকী ইকাইবা নমহৎলবা
মৈতৈ প্রজা

নীংখাররবা মল্লবা কংলাগী
চোকতেক চোক্‌পনি ভোইরবা খরারগী

অসোমদা
কনাগ্‌ হন্না য়েংলদে ভূমীংকাও ভুবং পাইরমদে
কেল্লবা মকোক
লৈমায় থক্তা তারমই।
অথাপ্পদা কাক্লিপুরগী কোম্মুং অমনবা
মুশূক মুশিন্না উরমই
লৈচিন অরাউবা মরক্তা।

# অনৌবা থুংলবা জীব

সমুদ্র তরেংকী অমা খোমজিন্নগা
থরার পানবা পুম্নমককী
নশানা নিংথৌ শেমজবা
হে মীওইবা
হৌজিক্তি কমদৌরে থৌগী রাল্লুনা শিজরেদো।

ফজবা ফজবা ওঃ মঙ্গীৎ তাওথ্রে উবা ওমথ্রে
মুংশিবা অচুম্বা
চাকথেকথ্রে শক্ত ময়ামগী মৈরিদা
মরাই কাবগী লানকমদা।
পুম্নমক কৈশু রাওত্রবা
কৈশু রাওত্রবা মপুক হোত্রোং হোন্নবা হান্নবা

মীওইবা—লৈত্রে মিংসে ভাইবঙসিদা
শিগ্রে মথঙ্গায় মখোয়গী।
উগ্নিবসিদি কনানো অহুদি?
শাদগীনু হেন্না শাথীবা জীবনি
হন্দকভা নৌমা থুংলবা।
মখোয়গী মমিং খোঙ্গকত্তে।

## খোঙচৎ

পাউনা য়োতকী সোরোক লৈমায়না
থন্নকই—
করিদা হায়রিবা 'য়োব'পু পুং কুম্মরিদা
অমুক্তং পূথলৈলৈ হায়বদি?
হবাগাড়ী মোভোর সাইকল একাগাড়ী
(মীনু গাড়ী)
খৌরি য়াঙনা অরেপ্পা খোঙজেল থাংমদা।
হৌজিকী গাড়ীদি লোইনমক জেট প্লেননি
অত্তপা পুন্সীনা
জেট্টনা পুরিবা পাইলোটনি।
(হৌজিক্কো ওইরগা অতৌবা মচু
থঙহৌদে শং মীংকুপ অমগী তুংদা অমুবা।

সোরোকী নাকচী অমদা
ঈনৈ শক্তি মুচি নহা অমনা
কৌহ্ররবা খোঙ্গেলদা;

থাবর বালাগীম্নু থাবর থাবর
মী পুনবা মকমদা।
সেনেমা হোৎলগী ইনিল
পাৱার হাউসকী নিল্লবা ইঙ্গিন।
পাউনা য়োঙকী কোইলাস লৈমায়না
থক্লি—
বিন্দু ময়ামগী অমুক! বিন্দু ময়াম
বিন্দু অমদগী বিন্দু অমা বিন্দু অমদগী
বিন্দু অমা
মহুনা পুন্সী অমা চোংথোরকপা পুনশিল্লদনা;
কেৎ কেৎ হাইবা
হীরম থুদিঙ অমত্তম্ব থক মরা ভাশিন্দবা।
অচুদি করিদি থেৎ্লে
লৈমায়সিদা পক্লিবা উকুল মরীক ময়ামসিগা
ভিল্লদবা ময়ামসিগা?

নঙ্গুল তুয়েল খোঙহুংদগী নমথীবা মুংশীংবা
সহর মহুংদা শীংলকই,
কথুলোংগী হইখোল
পুনথি মীনিলগী অভিয়াদা।
মায়পৈ থঙকৌদে!
অমুক্তং শাথীনা হমকই নোংলৈ
সহর লৈমায়গী উকুল ময়াম
মুপংথি মমা অভিয়াদা
লপী চৎপা
বিন্দু ময়ামগী পুন্সী ময়ামম্ব মহুদা
নাথাঙ শুকই বুক্তি মমা থাঙহুনা।

পাউনা রোতকী লোয়োক লৈমায়না
থল্লকই—
করিদা হায়রিবা 'গ্লোব'পু পুং কুমরিদা
অমুক্তং পুমলৈলৈ হায়বদি ?

## মীয়েনশঙ

মীৎতাঙবা অমা—
মখুৎ মাপ্ম য়াওদে মখোঙ অনীমক য়াওদে
মনীংগোঙনা শীৎ-শীৎতুনা চৎলি।
পৈশা নিবনি চাদবদি য়াদে শিরুয়বস্থ।

ফুমীৎনা য়াল্লা মশোং কাপ্লকই।
কারখানাগী মখোল সহরগী হল্লা ইঞ্জিনগী মখোল
মী-ইঞ্জিনগী মীখোল ;
মীৎতাঙবগী শরুগী মুরবা পাম্বোম
অহূপা
ট্ট-থাংদবা শেলবা খোনকমদা হয়ে য়াম।
অমুক্তবু লাউদে অহূবু কৌতাহলা শেলগী ক্রোক

ইম্ফালগী মীয়েনশঙদা
ওয়াং নুংত্তা হাংলখ্য়া লৌমী অমগী হকচাঙ
পোঙ্ক মোটৈব ভৌরি ;
মওমসিগী মীদি অহিংবা থম্মোয় খওবা পায়

( অশিবদা পরীক্ষা নত্তনা ; )
উকংগী ছাটাদা হৈহুনা শান্নগা চাউরকপনি।

ঙসি হয়েংসিদা অমুক্তি লাউগনি কৌতাম্নদা ক্রোক
থানাগী বাবুনা ভদস্তগী লিচৈমা খোক;
মরমদি
মীৎতাওবগী থন্নায় অপুম্বা মুংশিৎতা তিনথিবগী
সহরগী হয়িংশিংনা 'গ্রান্দ ফিষ্ট' তৌনবগী।
মতমম্ন্নদা অমুকন্ত্র লেনগনি
হিংবা লেনথ্রবা মীৎতাওবগী হকচাংস্ত্র মীয়েলশঙদা।

লোইরবা